# BINDUDUGI WAARI

*A Collection of Manipuri Short Stories*

**By Ranbir Sarungba.**








অহানবা ফোংবা : ২১, সেপ্তেম্বর ১৯৯৭

ফোংজবি : সারুংবম ওংবী প্রমোদিনি (মেম্মা) দেবীনা
আর এস ইম্ফালগীদমক ফোঙবা

নম্ফম : লময়ানবা প্রিন্টরস,
কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল

মখূম য়েকপা : বীরেন্দ্রজিৎ নাউরেম

মমল : লুপা ৪০/-

# ৱাহৈ অমনিদং

চহী খরগী মমাংদা ঐহাক্কী ছাত্র ওইরম্বা রনবীর সারুংবাগী ফোঙখিবা অহানবা ৱারীমচাশিং পাখি। মহাকসু চপচানা মায়কৈ অসোমদা চখৎরক্কদৌরবরা হায়বগী থাজবা অমসুং অশা পীখি। মদু অরানবা ওইদ্রে। হন্দক্কী মহাক্কী লামায় ৭৫ পানবা ৱারীমচা খরগী খোমজিনবা "বিন্দুদুগী ৱারী" হায়বসি পাবদদি মহাক চপ চানা মতমগী ৱারীমচা ইবা অমা হায়বদু ওইরে। মশানা ফিলোসোফিগী ছাত্র ওইবগা মপানগী সাহিত্যগী ওল্লকইবা মশকসু খঙনবা হোৎনবগা অমসুং মঙোন্দসু ৱারী লীবগী শক্তী লৈবগা অহন্না চুশিন্দুনা মহাক্কী ৱারী মচাশিং থোরকই। য়াম্নমক মনোবিজ্ঞানগী য়ুম্ফমদা (সাইকোলোজিকেল) শাগৎপা, পূন্সিবু কুপ্না উনবা অমসুং য়েংনবা হোৎনবা নিপা-নুপীগী নুংদা চেল্লীবা খঙ্ঙমদবা ঈচেল কয়া মীওইবনা শান্তি অমসুং নীংতম্বা পান্না পান্না কোয়শিল্লিবা সমাজনা খারৌগী মতৌগুম য়েংশিল্লকপা অমসুং উমশিল্লকপা পূন্নমক অসিনা পোকহল্লকপা নাইতোম তাবগী অমসুং পুন্সিদগী (চেনবদি ঙমদবা) মুর্ত্তিশিং ফোংদোকপনি মহাক্কী ৱারী মচাশিংনা উৎকে হোৎনরিবসি।

মহাক্কী ৱারীমচাশিংনা তোপ-তোপ্পা সাহিত্যগী মহাউ পীরি। নীংশিংবগা ৱারীগা চৎমিন্নহনবা, হৌজিক্কী মতমগী টেক্‌নিক ***Stream of Consciousness*** হায়বদুগী মশকসু মতাং মতাংদা য়াওহল্লি। য়াম্নমক চেকশিন্না ৱারী শান্নহল্লি। ৱাহৈ খরতগী ঈঙ্গিৎনা অর্থ কয়া পুথোক্লবা হোৎন্নে। অহানবা পাবদা পাক হেক লাকশিনবা ঙমদে। অনিরক অহুমলক পারগা ভাব তাহল্লকপা মতাংসু য়াওই। অদুবু পাবদি নুংঙাই – তুরেলগী ঈচেলগুম্না চেন্থে। নুংগী জগৎকা পানগী জগৎকা – অনিশি অতৎপা লৈতনা ফাওনহল্লি। অসিনা অপাবদা শীংনৈ – কমদৌই, খঙবা ঙমলিবরা? মরমদি রনবীরনা ৱাহং খরা তত্তনা হংলি – নুংশিবা হায়বসি করিনো? নিপা-নুপীগী চপ চাবা নীংতম্বা করিনো? পূন্নমক্কী মথক্তা পুন্সি হায়বসি করিনো – থাদোকপরা, লৌশিনবরা, নুংঙাইবরা, কথোকপরা? খুম্বগী লোইবা নাইরোইদবা ৱাহং ঙাক্তনি। অইবনা খুম্নবা হোৎনরি – মহাক্কী তোপ তোপ্পা মিৎয়েংদা। খুম্লিবশিং অদুমক ৱাহং অমমম্নি।

রনবীর সারুংবাগী হন্দক্কী ফোংলিবা ৱারী মচাশিংসিনা মহাকসি চপ চানা মতমগী ৱারী মচা ইবা অমা হায়বদু প্রামান তৌরে হায়না থাজে। মাইকৈ অশোমদা লেপ্তুনা চখৎরবদি মণিপুরী সাহিত্যদা তৌবা শীংথানরবা দান অমা শোইদনা ওইগনি।

ইম্ফালঃ এলাংবম লৈকায়
১৫/৯/৯৭

**শ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহ**

# বাহৈ খরদং

ইবগীদি অফবা, অইবা অমা ওইনীংঙী। ঙমদবগী তৌবনি। লুরিবনা হৈতবননি খঙদে হেক্তা ইবদি ঙমদে। ইনীংবগী ইথিলদি তৎতনা লাকই। মফম খঙহৌদে। ইথোকপা ঙমদবসিনা মসিবু হেক হেক নমসিন্দুনা থম্মী। মসিমক ঐঙোন্দা অরুবা বাফম অমনি। তসেংনা ইগে খনবা তারগদি অনৌ অনৌবা মওংদা ইনীংঙী। অনৌবা হায়বসে বাখল মখলদুগী বানি। অতোপ্পা অমা লৈতে। থেংনরগদি হায়ে হামু হামু হায়বদুনি। চুম্মী। ফোংদোকপা ঙম্নমদবা কয়া ময়েক সেংনা ফোংদোকপা য়াই। বাখল মখলদা অনৌবা মানবা অসুম্মক লৈ। তসেংনা হেক, পূম্নৌ নৌবা অমা লৈব্রা হংলগদি পাউখুম খুম্বসিসু হেক লুসন্নকই। অমুকসু ইনরিবা মওংসিদগী করিসু অনৌবা ইথিল অমা পীবা ঙমদ্রগদি ঐখোয় নৌনা অমুক ইরুবগী করি কান্নরি? হান্না ইদুনা লৈরম্মবা মখোয় অসুম্মক ইহনবনা ফৎত্রা?

অদুবু মতম কয়া চংনা অচিনবা কয়া নমথেক্তুনা ইথিবা কয়াদু লাইরিক ওইনা উররে খনবদা নুংঙাই। মসিদা লময়ানবা প্রিন্টরসনা পিবিখিবা মতেং কাওজরোই। মদুগা লোইন লোইননা খূৎই ওইনা লৈরিঙৈদা পাবিখিবা পূন্নমক্কী থৌজাল য়াওরবা লাইরিক্কি। মখোয়গী থৌজালদু লায়না লৌবা য়াদে। থৌনা লৈজখিদ্রবা ঐঙোন্দা থৌনা হাপখিবা ঙাক্তনি। মখোয়না পীবিখিবা থৌনাদুগীদমক লমন তোনসিন্নবনি। মরুওইনা খূৎই ওইরিঙৈদা লোল সুদবগী লোল ওইদুনা তোক্লগদবদা খজিক্তুং মওং মরিল নাইহনবিখিবা ঐগী ওজা নোংথোম্বম শ্রীবীরেনগী লমন কাওবা ঙম্নরোই। তসেংনা বারী খরা য়াম্না পামীন্নরম্নগদি অসোই অঙাম য়াওরম্নরোইদবনি। লাইবক থিবনা মদুদি ওইহৌদ্রে।

মথংদা ঐগী ওজা এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা বাহৈ অম-নীদং ইবিবগী তৌবিমল খঙবা উৎচরি। অরোইবদা মখুম য়েকপিরকপদা নৎতনা মওং কয়াদা ঐগী থাজজবদগী হেন্দোক্না মতেং পাংবিরকপা, মীয়াম্না সকখঙনরবা নহা ওইরিবা অইবা বীরেন্দ্রজিৎ নাউরেমগী তৌবিমল পুন্সিদা কাওজররোই।

লাইরিকসিগী ইসানা খ্বাইদগী পেঞ্জদবদি বনান লানবা কয়া য়াওখ্রিবসিনি। মথং তাঞ্জা চাবা মতম অমা ফংলগদি সোয়দনা চুমথোকচগনি। অসোয় অঙাম য়াওনা য়াওনা খ্বাইগী খূৎতা সিন্নজরি। মসিগীদমক ঐবু লান্না লৌবিগনু।

ইম্ফাল
১৭ সেপ্তেম্বর, ১৯৯৭

রনবীর সারুংবা
সিংজমৈ

# য়াওরিবসিং

# বিন্দুদুগী ৱারী

লম্বী, লম্বী লমখাংদা ...! হায়নীংলিবসি করিনো খঙদে অদুবু হায়বদি হায়নীংঙী। ইবা হৌরুরগা লমখাংদা তোকপা তল্লী। লাইমতোন চীংদোন্দা লেপ্লবদি লোয়না উরমগনি। ইদ্রবসু য়ারমগদবনি। হিমালয় চীংদোন্দা লেপ্লবদি পূম্নমক লেপ্লম্লগদবনি। ঈশ্বরবু নোংমদোন্দা লৈহল্লীসি অর্থ অসুম্মক লৈ।

'কনা ?'

'পমী ...!'

'ঐদি নীংসিংলুদ্রে। কাউরুরে।'

ফনা ঈকাইখি মাগী পাউখুমদো। হংলমদ্রবসু ফগদবা। কৈননো ঙসি নৌহৌনা ৱাহংসি হংনীংলুরিবা? হৌখ্রবা কয়াসিং কাউদ্রি তাক্লা হংলুব্রা? ৱারী অমদি লৈ।

'কৈদৌরবগে?'

'কৈসু তৌদে।' ইতেন তেন্না খুম্লকই।

'অদুবু নুংঙাইতবদি মালহল্লী।'

'নঙবু ঐ নুংঙাইতনবা তৌখ্রব্রা?'

'খঙদে! নুংঙাইতনদি উই।'

অরেংবা পোৎসক অমদা লেপ্পুরবনিনা ৱাখলসু অসুম্মক লেঙ্ঙী। ঙাইহাক্তা পোৎথাদে।

'ঐদি কাওবা ঙমদে।'

'করিবো?'

'তা-পমীদো।'

মাঙ-তুং ...! মীওইবগী মসক লেপথোকপদা মথোয়সিনা খ্বাইদগী চাউবা মচাক্লি। মসিমক লৈত্রবা পুন্সিসু লৈত্রে। চহি কয়ানো? নীংসিংবা থোকত্রে। মসি লাপথোরকপা হায়গদ্রা, নৎত্রগা লাপথোকহনবা হায়গদ্রা? মসি মীওইবনা মীওইবদা চৎপা লিচৎকদি খৈন্নে।

মসিদি মতম্না নমদুনা পীবা খুদোলনি। অমনা মীওইবনা মীওইবদগী চেঞ্চোরকপনি। মসিননি নিরা (ঐগা চৎমিন্নরিবী) না ঐবুসু খজিক ৱারৌরিবা। ঐসু খঙ্‌ঙি, পমীদো মাগী মবুংগুম্বা অমা থোক্লবনি। য়াম্না হেন্না নক্লবনি। খঙদবা কাংবুনদি পোকমীন্নবদৌনা অসুম্মক লৌনৈ। ঐসু অহানবদদি পোকমীন্নবনি হায়না খল্লুই। হেন্না নকসিন্নবদুনা পূম্নমক খঙলকখি। ঙসিদি মহাক ৱারৌরে। ৱাহংদুনরা? করি খল্লবা জাৎনো? মিৎলৈ অমদি তৌখি। লুহোংবা লাকমীন্নরগা মা-ঐ (কলেজদা, হায় স্কুলদা, অয়াম্বা মতমদা অদুক লুনা তিন্নরম্লগা) ৱারৌনরগা অমুক হন্নবা তারিব্রা?

ঐখোয়নীদনি চৎমিন্নরিবসু? কার থৌবদু য়াওরি অসিরা? মাদি ঐখোয়গী মীনি। ৱারী সান্ননীংদদুনা থৈদোক্লবা হায়রিব্রা? তসেংনা মাগীসি রামু তাহন্নীংদ্রিব্রা?

'রামু মাঙদা উরিবা চুথেকসিদা চঙগদবনি।'

'কয়াম সাংনা চঙগনি।'

জ্ঞান লাকপসিনা মীওইবসে পঙথবদগী হে ক-হেক কল্লি। অদুবু চৈনাদি পী। ৱারুবগী লোয়নাইদবা ৱারীদি লীনীংঙী। চৎলম্বা লম্বীদগী সোয়দনা থৈদোকপা তাই। পুন্সিগী লম্বী?

লাঙ্‌ঙী। কোইচেন চেন্নে। (থৌদোক হায়বা অমা লৈরম্লিবসি হিংলুরিবসিগীনি। ৱাখল খন্থবগী শক্তিসিননি ফজবা-ফজদবা খায়দোক্তুনা লম্বী লমখাইসিংসিগী মথি হেক-হেক ফোংলিবসি। হিংবা হায়ববু করিনো? থৌদোক মথং মথং অসুম লেপ্তুনা থোকপা। নোরোক্তগী কাখৎনবা লেপ্তুনা অসুম হোৎনবা। কোম অমগী মথঙ্‌দা অমমুক থেংনবা। হেন্না লায়গনি খল্লম্বা পূম্বনা হেন্না হেন্না লুসিল্লকপা। ইরোই লোইবা ওইনা ইরাক্লবা। ঐখোয়না খঙবদি তাগনি হায়বদং, তাখ্রগা মীয়াম্না কপ্পা। ঐনা করি?) বিনাগী পুন্সিসু ... । (বিনা নলিনিগী ইতোন তোনবী মনাওনুপীনি। ঐখোয়না কলেজ কাবা মতমদা ইন্নগদবগী তৌরকপদা হেক-হেক ফানবদু নীংসিংলকই। মাসু লুহোংলগদবনিকো।) মপুন্সি তঙ্খাই অমগী মরাইবক লেপ্পা লোইখ্রবা মতুংসিদা নিঙোল ওইবীসিংগী পূন্সিদি নৌহৌনা অমুক হৌরুগদৌরিবনি। খেন্নবা হায়ববু করিনো? পা-পী... ? ঙসি লাক্লিবসিনা হৌজিক্কী করম্বা মরীনো? য়ুম পান্নরবা মতুংসিদদি হৌজিক্কী ওইবা মরীদি থোইনা লৈত্রে। লম্বী অমমম্নি। মাগী মাগী ৱারীনি। হৌখিবগী পীক্লবা লংলা অমগী নাইতোম তারকপা কিসিনি। করিগুম্বদনা মীওইবনা হৌখিববু নীংসিংলগা হৌজিকপু কাওথোকই। করিগুম্বদনা হৌখিবা নীংসিংলগা হৌজিকপু সমজিন্নে। মসিনি মীওইবা।

'য়ৌরে! ইবুঙো খাম্লো। নিরা! সিদা নৎত্রা?'

'উম মানি।'

'নঙদি কেববু ফনা হৈরেনে।'

'ঐদি হন্নুরগা তম্বা অদুননি।'

মহৌসা কলেজ তম্লিঙৈদদি মহাক কেবা কয়া হৈখিদ্রনি। বেদ্রো-বেদ্রোনি। ঙসিদি ফনা

মওং তাই। পূন্সিসি হৈনীংবা মতমদা থোকউরবদি পঙফদ-ফজবজাৎনি।

'নঙনা হায়রিবদুবু করিগো ?'

'পূন্নমক অরেম্বনি। পূন্সিগী ফিরেপ্তি মপুম ফারবতদা লাক্কদবনি। ঙসিদি ঐসে ঐ সেংলবনি।'

অঙা ওইরিবঁঙে চাকথোংবী সান্নবদা ঐহাক কয়ারক লুহোংখি। মসিং ...? অমা, অনী.. ফনা য়াম্মী কাওরে। মখোয়দুদা ঐহাক কৈদৌঙে লৈরুদে। লুহোংববু করিগী হোংলিবা? সান্নবগী! লুহোংবা হায়ববু করিনো? ঐহাক খঙখিদে। ফনা লুবা রাহংনি। ঙসিসু খঙদে। চাননা খঙদে। লুহোংবদি হোংলে। অর্থ থোক্তবা পূন্সি অনী মফম অমৎতদা লৈমীন্নে হায়বসিমদি লুহোংবসিনা খঙহল্লে।

'নঙসে রা ঙাংবদা য়াম্না লুনা ঙাঙ্ঙী।' ঐসু খুমখি।

'লায়থোকহনবসু ঙমদ্রে।' মহাকসু খুন্নকই। রারৌনবা হায়বদু মসিরা। মসিবু রারীরা? হৌখিবা পূন্সিবু হল্লকবা থৌরিব্রা? হনবু হল্লকখিগদ্রা? উম! নীংশিংবা লাকখিনি। পৃথিবীনা হন্না মমায় লৈথোরকপা হায়বা সিমদি ওইদ্রবা রাফম্নী।

'ঐসু জ্ঞান তাই। নঙনা হায়বিবদু ঐ খঙ্ঙি।'

'জ্ঞান তাবদি ফৈ। অদুবু অর্থদি থোক্তে।'

'করি হায়বা!' মুন্না য়েংলুই।

'জ্ঞান হায়বসে হৌখ্রববু হল্লকহনবদু নৎতে। ইসাদা চৈনা ফংহৌবদুনি। মদুদি মীওইবনা কৈদৌঙে লৌরোইদবনি। মহৌসানা নমদুনা পিরবা ওইগনি।'

'ঐ খঙদ্রে ...।' মখা তাথনা রা হায়গে তৌরুবদা, মহাক্না নমদুনা হায়রকই, 'ঙাইখো বোর থোরক্লিবসি য়েঙ্ঙু।'

'মমায় অসিদি মী অসিবগী কুচু মান্দ্রা?'

'হে ! লুহোংফমসিদা অদুম্না হায়গনু ফৎতে। ফজদে।'

'অদুবু হৈনদবা অমদি য়াওই।'

'অদুবু হায়রগনু হায়রগা।'

লাঙ্ঙী। উখাক শাথীনা লাঙ্ঙী। মীনিল মরক্তা ফজৈ-ফজদে। মহৌসানা লাঙবা তাই। মসি নুংঙাইবা ফোংদোকপনি। কায়নবা নৎতে। পূন্সি অনী মফম চানা লৈরুনবগী রারীনি। (রারী ওইনা লৌবগী অর্থ লৈ। চৎনবী ওইনা লুহোংবনা পূন্সিবু নমসিন্দুনা থম্মী।) পূন্সি কয়া সেম্নরুবা যুম্ফমনি।

'অসেংবনি তা-পমীদু লুহোংখ্রবা?'

'লুহোংফমসিদা অমুক হৌরক্লব্রা?'

মফম মতম করিগী নাইদে নীংসিংবা নঙোন্দা?

'নঙসে নাতে য়াম্না চাদে। করিগী অদুম্না পেহৌ-পেহৌ হংলিবনো? মতম অমদদি

নঙনা মাবু ইম্বোকখিবা নৎত্রা?'

'ঐনা মাবু ইম্বোকপা...?'

কায়নবা হায়বদু ওইখি। মসি কায়নব্রা, থুংনব্রা? ঐহাক খঙদে। ঐগী থুংনবা হায়বসিদা কনা অমদি ঙকপা অসুম্মক য়াওরমগনি। মা-ঐ তোঙান-তোঙান লৈনৈ। ঐদি নুপা অমদসু য়ুম পাল্লে। পুন্নমকসিদা করম্না থুংনৈ হায়গদৌরিবা? মাগী অপাম্বা থুংহনখিবদুননি ঐনা থুংনৈ হায়গদৌরিবসি। মীওইবনা থুংনবা হায়রিবসি ঐ-ঐগী অপাম্বা ফংবদু নৎত্রা? ঐসু মাগী অপাম্বদুদা য়াখি। মসিনা মীপুম খুদিংদা ঐনা লানবগুম উহনখি। মাগী অপাম্বা ইন্দুনা ঐনা হান্না লুহোংখি হায়বসি কনানসু খঙলম্লোই। ঐ ইসামকসু য়ানীংদবা মতাং ফনা য়াওরকই।

'কান্নদবনি।'

'করিবো?'

'লাইরিক তম্মিবসি ...।'

'করিগী?'

'লায়রবগী নামাদা পুন্সিসি লূৎ লোইখ্রবা মতুংদা তাঙ্গোই ওইনা চোংথোরক্কদবা খজিক্তা মঙায়রে।'

'মদুবু নঙনা হেক্তা খঙবা ঙল্লব্রা?'

' পম্বুং নকসিল্লক্রবসিদদি লোয়নমক খঙলে হায়না লৌবা য়াই।'

'মদু লানবসু য়াই।'

'ঐখোয়না লালহন্নীংবগা হায়বা তারগদি লান্না খনবা করিসু কায়দে। নৎত্রগদি ...।'

'নৎত্রগদি কৈদৌরবা ...।'

'নীংবা কায়বগী চৈথেং অমমুক হেনগৎনবা খনবা তাগনি।'

'উম! ভাপনা সাজিনবদি ফনা হৈরে।'

মরৈ তৎতনা য়েৎনৈ। ঐখোয়নীগী ৱাখল মান্নরক্তে। অর্থতনা সমজিনবা কৈদৌঙে য়াখিদে। পম্বুংফম মান্নহন্নীংবা মফমদুদা চয়েৎনবতনা পীক থল্লী। থাক খেন্নরকই। লাইরিক হেন্না হেন্না তম্লগা খেন্নবা অসুম অসুম হেল্লকই। করি হায়গদবনো খঙদে। তম্লিবা মহৈ সোৎথবা হৌরক্লে। সোৎথরিবগী মতীক ৱা ঙাঙনবসু নুংঙাইরক্তে।

'ঐদি ঐঙোন্দগী মহৈদা হেনবী নুপীগা পুন্না য়ুম পানমীন্নবা তল্লী।'

'মদোমদা য়েংদনা পাঙ্গল কনবা ... ।'

'হৌজিক্তি অকনবগী য়ুগতু নৎতে।'

'নৎত্রগসু সিংবা হেনবগী ...।'

'নঙগী সিংবা হায়বদুনি মহৈনা লেপকদৌরিবসি।'

ঐ লৌথোক্লগা ঐগী অকোয়বগী ৱারী। ঐনা মখোয়দা সৈদাংহনবা? চুম্মী! অদুবু

*ঐগী ৰারী লীবীবা তারগদি মখোয় পুম্বা ঐঙোন্দা সৈদাংহনবা চুম্বনি।* **নৎত্রগদি মখোয়গী ৰারীদি লৈবা য়াই। অদুবু ঐগী অসেংবা ৰারীদি লৈরোই। অসুন্না মাগী মিৎয়েংদুসু নাকল অমৎতগী ওইখি। লুরিবদি, মপুম ওইনা য়েংবদি থক য়ারোই। মচেৎ মচেৎতগী মপুম ফানা সাগৎলকপা তাই। মদুসু মচেৎ খরদি অসুম্মক চিৎথহৌবা তাবনি।**

**কৈনো? লুহোংফমসিদা মপাল থোকনীংলকই। মনীংদা চঙগদবসিবু তল্লী। চঙদবদি য়াদে। কমদৌনি? ইতন তন্না হৌগৎতুনা চঙলুই। ময়ামগী চান-থক্লবা লাংলিবদুগী কপ-প্লেৎ চামদুনা অঙাং অমা লৈরম্মী। মসক নুংসি। অহল ওইরপ তৌবী অমনা হায়খিবা তায়।**

**'বোবী প্লেৎ চাম্বা লোয়রব্রা?'**

**'ঔ!' ইপঙ পঙনা খুম্মী। 'মসিবু কনাই মচানো?' মরক্তগী অমসু হংলকই। 'লিঙ্থোইগী মচানি,' অমসু খুমলকই। 'মাবু ময়ুম পানখিব্রা?' 'পান্দ্রবসু মচাদি পোক্লে।' ওঙ্থোকপা ৰাহং পাউখুন্নী। 'কমদৌরিবা?' 'খঙদে।' 'অঙাংসি মথৱায় নুংঙাইরম্মোই। মীয়ান্না লক্লবিরমগনি।'** 'মাসু লক্লবদা ঙহানৰাইদি সাউরম্মী। হৌজিক্তি সাউদ্রে। মদুগী মহুৎ মহাক পোক্লুবসিনা মমাসে ওক্তবী ওইহল্লবনি হায়দুনা মদোম ৰারৌজে। করিগুম্বা মহাক পোক্লমদবা তারবদি সমাজনা করিসু উরম-খঙলমদবা য়ারম্বনি। হৌজিক্তি হৌদোক্লুরবনিনা অমুক তুমসিনবসু য়াররোই। মিৎয়েং অমদা নৎত্রগা অমদা সোয়দনা য়েংলক্লগনি। লোন্না তৌবা মীদা মনা ফংহনবা তাইবংপান, খল্লু রগা ঙকই। কপনীংঙী। অরোনবগী মফম অমা চাউনা কনসিন্দুনা থল্লিবসি লৈহন্নীংদে', হায়দুনা খুম্মী। 'মাবু অদুম্না খুম্বা হৈব্রনে?' খ্বাইদগী মথা লৈবা অঙাংদি, ময়াম মরকসিদা মহাক্তি। অদুবু কান্নহন্দ্রে মীগী থবক তৌবদা সিজিন্নবা তারে।' 'নুংসিদা।' 'অউবা খুদিংমক্কা কলক্লরবনি।' 'মসিবু অসুম্না অসুম মপুন্সি লোমখ্রগদ্রা?' 'মদুদি কনানা খঙগনি।'

পুন্সি! ইচম চম্বা মানবা ৰাহৈসিদা সংসারগী অরোন-অথুপ পূম্বা ফাদুনা থমবগুম কনানসু মসিগী মরমদা হায়বা ঙম্নদে। মসিদা মমৈ-মকোক, মথং মনাওগী পরীং থোইনা লৈতে।

পমী! মমিংসি ঐঙোন্দা পাউখোংলা? মসিনা পাউখোং ওইবা তারবদি, করিনা পাউখুম ওইগনি। তসেংবদি মসি ৰাহং-পাউখুম নৎতে। হিংবা নুংঙাইনবা সেম্বা সমাজগী চৎনবীগী খোঙচৎতা পেন্দবা অসুম্মক লৈনৈ। মীওই খুদিংমক য়াৎথোক্লবা লৈইনুংদা অসুম্মক লৈয়ু য়ারক্তে? নীং-তম্বগী ঈরিক মচেৎ অমতং ওইরবসু পক্লি হায়না চোংথোরকই। মাসু ...! মাসু...! সিনি ৰারী, থম্মোয়দা কোন্দুনা খুতুম সিংদুনা কোলহৌবা। মানা হায়খি, 'ইনাও মফম খঙদনা মাঙখি। সিফাইনা পুখি। মসিখক্তনি খঙহৌবা। ইনাও ফাদ্রিঙৈদা পাবুংবু কয়াম সাথিনা ওৎখিবা! ঐসু! ঐসু! অদুবু ঐ খাঙখিবনি। খাঙবা ঙমখি। ঙসিদি খাঙবা ঙম্বা ঙমদবগী থৌনাদো নৎতে। মীওইবগী সিংলিদা মীগী সক্তম তাঞ্জনবা ঈচেল চেল্লী হায়বদো ঐহাক খঙহনবা পাম্মী।' মসিমক্তি মাগী অরোইবা ৰাহৈ। মসিদবু ঐনা লানবা তারিব্রা? চুম্মী! পূন্নমকসি ঐহাক কনাদসু হায়দোকখিদে। মসিননি ঙসি ঐনা লাল্লীবা।

অপিকপা বিন্দু মচা মচাসিংনা সেল্লিবা মীওইবগী সক্তম মচাসিং, অমৎতা মান্নদে। অমদা নৎত্রগা অমদা খেন্নবা ঙাক্তনি। অদুবু মুকফম মচা অমদি লৈ হায়বসে খঙফম থোকপনি। মসিসু মুকফু অচৌবা অমা কায়খিবগী মুকয়ামনা চোংথ্রগদি অপিকপা বিন্দু মচাসিংদুদি করম্না উরুনি। মসিননি চৈনা হন্না পীরিবা।

লুহোংবা লোয়সিল্লক্লে। লৈ হূক্নবা মতম য়ৌসিল্লক্লে। ফনা চাউনা হোংঙী, অওং-অউন য়াম্মী হায়নৈ। বোর ফমফমদগী লৈ হূক্নবা লাক্লে। পদ্রাক তাখি। ময়াম ৱা-ৱা লাংনৈ। কোইচেন চেম্নে। খোই মহুম কায়বদু মঙায়। নুপী মখৈ পাখৎনৈ। তুংদগী নুপামচা অমনা লাওরপ হায়খিবদু তারকই, 'ঙসিগী নিসা তৌরমখিরোই অদুননি।'

চান্দিগর
১২/৫/'৯৩

# ঐ অমসুং ঐ

মদু হোতেলনি।

মী মসিং নাইদনা মফমদুদা পুল্লি। মফমদুদগী কায়নখি। করিসু ইনৎ নৎতবদা য়াম্না তাঞ্জা চানা পূন্সিগী য়াম্না মরুওইবা অনৌবা চুথেক অমদগী লম্বী হৌবগুম ঐগী পূন্সিদা মসিং থাবা য়াই। মসিনা পূন্সিবু নাকল অমদা চিংথোকখিদুনা হান্নে পূন্সিদগী হেন্না ফবা নৎত্রগা ফৎতবা হায়বদুনা অতোপ্পা অমনি। হোতেলদুদা মহাক য়াম্না কেবা ফিজোলদা চংলকই। ফজৈ। হকচাংগী ফিভম, মাইথোং পূন্নমক তৌথোরক্লিবদুগা ইচান্দ চান্নে। য়েংনীংঙী। ফিজেৎতু খজিক্তং ইন্দ্রিগী পূক্নীং থৌই হায়দবদি ঙমদে। মতৌদুদা ওইরম্বা তাই, ইনখৎলক্লিবা নহা খরনা য়াম্না কাম্বা মওংদা মাবু লকুবি। হোতেলদুদা, মীয়াম মমাংদুদা মাবু খোনচোপ থাদুনা লকুবি। কনাসু করিসু হায়নদে। মাসু তুমিল লৈ। ইকাইবসু ফাওদবগুম তৌই। লক্লহন্নীংবসু পোক্তবা মাল্লি। ইচম চম্বী নুপী অমা ওইরম্বা তারগদি সোয়দনা লাল থোকলগদবা ব্রা মথং মথং হেনজিন্না হায়জিল্লকই। ঐ পিং লাউই। তানীংখিদে। মখোয়বু মসি মীয়াম মমাংনি হায়বা খঙদ্রবজাৎলা? অদুগা নুপীসিনা তুমিন তাসিন্দুনা তানা তানা তাসিন্নদ্রিবনা করিগী?

ব্রাহংসিংসি ঐ খঙ্গদবা ঙমখিদে। হেনজিনখি। মাদি করিসু নৎতবগুম মহৌসা ওইরবা মওংদা অসুম্মক লৈ। অসাউবনা মাঙওইনদুনা ঐহাক মাবু লকুরিবা মখোয়গা খৎনরুই। মতমদুদতা মহাক নুপী মাল্লকই। য়াম্না ইকাই থিগল্লবি অমগুম মমায় লুকথখি। অথোৎপা কয়ানা সন্দোকলবা মাগী মায়থোং মপুম ফানা উখি। য়াম্না ফজবা হেনগৎলকখি। নুপী ওইবিগী গুনতনা নুপীবু তসেংবা, মসাগী ফজবা সক্তম মপুম ফানা পুরকপা ঙম্মী। পেরি পেরি পূন্সিদা চৈনা কয়া খাংখিবগী সক্লোন মথং মথং পুথোরকখি। ঐঙোন্দা য়াম্না নকুরবগুম নাওথি সারকখি।

'ইবেম্মা! হৌজিক্তি হল্লগদ্রা?'

'হল্লগে তামো। অদু অস্বাই ফাওবদংদি ...।'

'কনানসু কৈসু তৌররোইদা।'

'খঙদে। য়াম্না কিজে। পিদোন্না হিংবা তমজরকপগী খাংজবা ঙম্বগী থৌনাদি লৈ। অদুবু অকিবনদি মতম খূদিংদা কোইথৎ থৎচিন্দুনা থম্বী।'

'হৌজিক্তি ঐসু লৈরেদনা।'

'তামোদি মিৎকুপসিগীনি। পূন্সিদি মিৎকুপসিনা লোয়দে। মিৎকুপ লিসিং লিসিংনা তুংদা মরোল নাইদনা কুপসিন্দুনা লৈরি। অদুগুম্লবা মিৎকুপসিংদুদা করি থোকপা য়াবগে হায়বদু ঙসিগী মিৎকুপসিদা সিংনবা হৌরুরবনিনা হায়বা ঙমহন্দ্রে। অদুগা অমনা, হান্নসু হায়জখ্রে। ঐদি বিষ্ণুপুরদগীনি। ইম্ফালদদি অতিথিনি। মিৎকুপসিগীদি মিৎকুপ খরসি লোয়খ্রগা মফমসিগী হরা-নুংসিৎতগী নাম্থোকখ্রগনি। মতম খূদিংদা লেংদনা লৈরুগদবা মফমদুগী খুদোংথিবদি লাপ্না লৈহৌরবা তামোনা উবিগদবা লৈতে।'

'চুম্মী। অদুবু অসিমসু খঙ্ঙু। হৌজিক্তি সংসারসে য়াম্না পিকসল্লবনি।' ঐগী ৱাহৈসিদা মহাক য়াম্না হরাওজখি। মবুং অমা ফংলবগুম নাওথি সারকখি। ঐবু তসেংনা মাগী মনাক্তা তৎতনা চৎতুনা অৱা নুংঙাই মাইয়োক্লবা ঙমখিগদ্রা? ঙল্লোইদবা লৈরগনা করিগী অদুক চিল য়াংলুরিবনো? ইসাগী পান্দমফম অমা লৈজনা হিংনবা হোৎনজরিবা ঐহাক, মহাক্কা থেংনবা মিৎকুপ খরসিদগী পূন্সিসি মথক মখা ওম্থোকপা তারিব্রা? য়াম্না চমম্নখি।

লৈকায়গী, ক্লবগী চাওখৎ খোঙথাংদা কোয়চেন চেন্দুনা য়াম্না থবক চিনখ্রবা মতম অমদা মাগী অপিকপা চেরোল অমা মফম খঙদনা ইফমদা য়ৌরকখি। থোইনা সাংদে ইতেন তেল্লী। চুম্নতগী মাবু ঐনা কাউথোরুপিরে। মবুং অমা লৈ হায়বগী করিসু কান্নদে। অসিন-চিংবা ৱারৌবা উৎপগী মমি অমখক উৎলৈ। ঙকখি। মাবু কমদৌনা ঐগী থিকনা থিরমগনি? মাগীদি ঐঙোন্দা মাগী থিকনা পীরম্মী। ঐগীদি, মানসু হংখিদে। ঐনসু পীখিদে। ঐবু ঐ ইসাগী অচেৎপা ফিদমসি থুগাইরগদ্রা? চহি কয়াগী লিসাং অমনা পুনসিন্দুনা থমখ্রবা ইসাগী পান্দমদু করিসু ইনৎ নৎতবগুম অসুম্না হেক থুগাইরগদ্রা? পীক্লবা কোক মচা অসিনা খন্থবা ঙমদ্রিঙৈ তাখি ... 'মদুই মীদু নুপীমচা অদুদা ঙাওখ্রমাল্লে।' 'পীক্লবসু পীক্লা থবক অমা তৌরবনিনা অফাওবিদুদি নুংঙাইরে।' 'হৌজিক্কী ফিভমসিদা মদুদি ওইহন্নীংদে।' অসুম্না লৈনরিবা ফিভমদগী সরুক চাম্মা চাম্মা হেন্না পাউথোকপীখি। মসিনা মাংলমচৎকি ওইখিবা পূন্সিগী মসেক্তা খঙহৌদনা মচু মমেল থোকত্রবা কুচু অমদা হাজনখি। হৌজিক হিংলিবা পূন্সিদা চনৈনবতনা পীক থলহনখি। মসিমক্লা ঐগী পূন্সিদা য়াম্না চাউরবা অহোংবা অমা লাকখি। চপ মান্নে, ঐনা অদু ... তৌবা নৎত্রগা তৌদবা খেন্নবা অমৎতা লৈতে। খৈন্নে খল্লগনা ওইরিবা ফিভমসিনি। খেন্নদে খল্লগসু ওইরিবা ফিভমসিদা মান্ননা য়েংসিনবদুনি।

তৌবগীদি ঐ ইসাদদি য়াম্না খেন্নবা অমা লৈ। ঐনা করি তৌখিবা অমদি করিনা তৌখিদবা ঐহাক ফজনা ময়েক সেংনা খঙ্ঙী। মসিদা মীয়াম্না য়েংবা মিৎয়েংদগী য়াম্না সেরান্নবা ফিভম কয়া লৈখিদবা নৎতে। তসেংনা মা অমদি ঐগী মরক্তা মীয়াম্না উরিবা অসুক সাথিবা মরী করিসু লৈনদে। নোংমা উনরুবদু ইচম চম্বা ৱারী খরা সান্নরগা অসুম্মক হল্লকই। মসিদা করিগীনো মা ঐ হেক লৈমিন্নবদৌনা পাউথোক্লিবা? নুপা-নুপী হায়বসি ইচম চম্না

মবুং-মৌপা ওইবগী মরী অমা লৈনবা য়াদ্রব্রা? মসিনা মীওইবগী ওইবা মীনুংসিগী সক্তমসে মাঙহনখিবা য়াই। মসি ঐ য়ানীংদে। মসিগী মিৎয়েংসিনা কৈদৌঙৈ অচুম্বা পুথোকপা ঙম্লোই।

ঐহাক করিসু নাচুংবা পোক্লকত্রে। ঐ, ঐগী ওইফম থোকপদুদা অসুম্মক হিংগনি। পুন্সি হায়বসি মখোয়না নৈনবদগী পুথোক্লিবা মসকসি নৎতে। মসিগী ৱাংমদা অহিংবগী মুর্ত্তি অমা লৈরি। মুর্ত্তিসিগী অসেংবো মসক্তি নৈনব-খক্তনা পুথোকপা ঙম্লোই। মুর্ত্তিদুমক্লা লৈজরিবা মওংদুনা তাক্লক্কনি। মসিগী মুর্ত্তিসিদা অসেংবা, অচুম্বা সনা পাম্বী অমা ওইহল্লগা লোয়রে। মসিনা পূম্নমকসু মঙাল অমা ফংহল্লকপা য়াই। মসিমক খন্দুনা ঐহাক মাগী মনাক্তা চৎখি। নকসিল্লুই। অদুবু পূমপং পংথখি। মাগী মিসুম লাইৱাদা ঐহাক অতোপ্পা সক্লোন অমা ওনথোকপীখি।

'তামোনা ঐসে য়াম্না লাপ্পা খনবী। নক্লনীংদে হায়বসু খঙঙী।' মহাক ৱারৌরকই। কপ্লি কপ্লি ঙাংলকপা ৱাঙাংদুনা নুপা ওইবগী থম্মোয়দা খাংঙমদবগী ঈথিল পী।

'নৎতে, ঐনবু করি তৌখ্রবগে?' ঐসু তৌফম খঙদনা হংলুই। মহাক করিসু হায়দনা হিক হিক কপ্লি। মমাই অদু ঐগী খুউ কারক্তা উপসিল্লকই। পাক হেক হৌগৎখিদে। মাগী ইহাং হাংলবা মনগন্দা নান্দুনা ফনা কুইনা থেমখি। য়াখিদে। ফিদোল চিংখৎলগা সেৎপা কনেক্কী হৌনবি ফিজি কোমথরকই। অদুবু মাদি করিসু খঙদবগুম তুমিন অসুম্মক লৈ। ঐদি নহানি। পুন্সিদা অসিগুম্লবা অমৎতা থেংনরকত্রি। মাগী ফজরবা কুচু, সদান ...। ঐ, ঐ ওইবা ঙমসিল্লত্রে। মাগী মনগন্দা নান্দুনা সান্নবদা মফিদুসু ফনা য়াম্না সিৎথরক্লে। মনগনগী সরুক্তু পুমহাং হাংলে। মখাংদা সুপ্নতগী মফি অমা সেৎলম্মী হায়বগী মওংদা পৈদুনা লৈরি। করি খল্লবনো খঙদে ঐঙোন্দা মমিৎ হক্কৎনা য়াম্না নুংসিরবা মওংদা য়েংলকই। মাগী মমাং -থংবা হকচাংগী সরুকতুসু তুংগী মফি সিৎথবদা য়াওরম্লে।

হৌজিক্তি ঐনা লৈরিবা সমাজসিগী ৱাখল ঐহাক কা হেন্না খন্দবা ঙম্লে। লৈনরিবা মা ঐগী মরীনা হেন্না চেৎনা পুনসিল্লকপগুম তৌরক্লে। সমাজ হায়বসে মা ঐনা লৈরিবা ফিভমসি য়াওসিনগদবনি। মাদি ঐখোয়দসু তাংঙী। অদুগা ঐখোয়বুসু কোনসিনবি।

মতম খরা য়াম্না নুংঙাইনা লেল্লে। কুইদে। য়াম্না তেনবা মতমগী মনুংদা ঐখোয় অনী পূন্না চৎমিন্নগদবা থবক কয়া মানা তৎতনা সিল্লকই। হৌজিক্তি ঐসু মানা হায়বা য়াম্না ইন্নীংবা মতম্নি। মসিনা ঐঙোন্দা অচোপ-অরেম, ইকাই ইকি কয়া চংদবগুম তৌরক্লে। অদুবু মীওইবা হায়বসে সাউনীংবা লাকই। মরক মরক্তা খৎনৈ। মাসু ঐঙোন্দা য়াম্না থৌনা লৈবী নুপী অমা ওইরক্লে।

'নঙ ঐনা হায়রিবসি তাদ্রে।'

'করিবো?'

'নঙনা নুপা ঙাংনবা চৎপদা ঐ খক হৌরক্কনু।'

'অদুবু কৈদৌরবগে? ঐ মখোয়গা হেজিনবা থবক্তি তৌবা নৎতে। সুপ্নতগী ৱারী ঙাইহাক সান্নবদনি। নঙ য়াওনা য়াওনা ঐনবু নুপা ঙাংনবা ঙমগদ্রা?'

'অদুবু করিগীনো নঙনা নখোয় অনীতা হেক হেক অতোপ্পা কা অমদা লোন্না উননবা

তৎতনা সিল্লিবা? করিগী ঐঙোন্দগী কন্না লোৎকদবগী তৌরি?'

'নঙ ঐবু য়াম্না থাজবিদে।'

'নঙ নসানসু নঙবু থাজনবা খক তৌজদে। ঙসিদি ঐহাক নঙবু য়াম্না কন্না ওক্তবী অমরা হায়না কন্না চিংনরকই।'

'খরা কুইনা লোইনরগা ফরক্কনি।'

'চুম্মী। ফরক্কনি। চিংনবা খূদিংমক অচুম্বা ওইরক্কনি।'

'নঙ ঐঙোন্দা মদুদি হায়গনু।'

'ঐদি হায়গনি। মসি অচুম্বনি।'

'অদুদি নঙ য়ুমসিদা করিগী লৈরি? নঙ্ কনাগা করি থোক্নদুনা য়ুমসিদা লৈরিবনো? মফমসি ঐগী ইয়ুম্নি। ঐগী য়ুমদা ঐবু চৈননবা সা ফাদুনা থমদে। নঙ ইমা ঐখোয়নীদা বদনাম তৌগদবা লৈরবদি চৎখ্রো।'

তৎতনা খৎনৈ। ঐ খাংবা ঙম্লক্তে। ঐ চৎলসিরা? কদায়দা? ইয়ুমদা! ঐ খনফম খঙদে। য়ুমদুদা কমদৌনা চংলুনি? ইমা পাবুংগী খ্বাইদগী থাজরম্বা ঐহাক্না মখোয়গী থাজবা মাং-হনখি। মতমদু তথোৎক ঐগা কন্না নকসিন্নরিঙৈ মতম্নি।

'ইবুংঙো, মদু ফৎতে। মীনসু য়াম্না হায়নৈ।'

'মীনা হায়নবগী ওইরগদি ...।'

'মদু পূম্নমক তোক্লগা ইপাগী পামদবা অমসু লৈ।'

'নচাগীসু অপাম পামদদি লৈফম থোকই।'

'নঙ নুপী মচাদুগীদমক ঐখোয় পূম্বা কায়নবা ঙম্লগদ্রা?'

ৱাহংসিগী পাউখুম ঐহাক খুম্বা ঙমখিদে। তুমিন লৈখি। পাবুংদি মখা তারকখি, 'নঙ মফমদুদা অমুক হন্না চৎপা তারগদি য়ুমসিদা অমুক হন্না হল্লকপা য়ারোই।' লম্বী পূম্নমক ককথৎপিখি। পাবুংগী মচিং মতাদুগা অমুক য়ুমদা চংলুগদবসু তাল্লে। অদুবু মাগী মতৌসিদা পামজবা পূম্নমক থনুংদা অসুম নমসিন্দুনা থম্লগদ্রা?

ঙসিদি ঐগী ৱাখলসে চনৈনবতনা পীক থল্লে। পামজবতনা ফুদোক্লম্লবা পূক্নীংদা পামজবা অমৎতা লৈত্রে। সুপ্নতগী হিংবতমক লেমহৌরে। পামজদবা কয়ানদি ঐবু তৎতনা ওৎলি। থাদোক্কে খন্না খন্না থাদোকপা ঙমহন্দে। ইসানা ইসাবু তৎতনা ৱারৌজে। ৱাকৎলি। ওৎলি। নোংমতা য়ানীংবা অমৎতা তৌথোরক্তে। হায়রুরগসু খৎনবা মতারকই। তৎতনা খৎনমনবদগী খৎনবসিসু অর্থ থোক্তবগুম তৌরে। হামু হামু অসুম্মক তারে। মসিনা ঐঙোন্দদি হেন্না চৈনা পী। ঙসিদি ঐ অসি ইৱা চৎত্রবা, মী ওইরগসু মী ওইনা সিষ্থাবীদ্রবা মীওই অমা ওইরে। য়াম্না খাংঙম্লক্তে। থম্মোয়সি খংসোন সোম্থে। সিনীংবা পোকই। মসিনা পূম্নমক্তগী লাপথোকপা পাম্মী।

হৌজিক্তি ঐ নুংঙাইহ্রে। পিক্লবা ভরাগী কা মচা অসিদা লৈরগসু ঐগী নীংবা থুংবা অমদি অসুম্মক লৈরে। মপুম ফানা ঐসি ঐগী ওইজবা ফংজরে। মরকসিদা পাউ অমদি লাকই।

তথোৎনা চেল্লকপনি। মাগীদা অমুক্তং লাকপিনবা কন্না হায়রকই। পুন্সিগী অকা অকুমদা থাংজিল্লুরবা খোঙথাংগী পেলহৌদ্রবা ৱাকৎ কয়া কৎলকই। মাগী ঐগীতা ওইখ্রবা মতম-সিংদু নীংসিংদুনা তেংথোরকই।

কুইরে। ঐদি হায়জখিবদুনি। ইমা ঐখোয় অনীদং সোন্না হিংজবনি। পুন্সিদা মীনা তুহৎপীবা কয়া সোন্না খাংজরি (মাবু তসেংনা সোন্না হেক লৈরব্রা?) দাদাদি মসি পূম্বসি করিসু খঙদবগুম তৌই। খঙননবসু হোৎনবিদে। ঐ ইসামরুদি কয়ারক হন্না খঙবিনবা হোৎনজখিবনি। অদুবু মদু পূন্নমক অরেম্বা তাখি। মদুগী মহুৎ হেন্না লান্নবা মওংদা মিৎয়েং য়েংনদুনা লাপথোক্লনবা ইরাল লংজবগুম থোকখি। মসিমক ঐগী খ্বাইদগী চাউবা ইরালনি। মসিদি কনাদসু ৱাকৎফম লৈতে। তসেংবদি ৱাহৈসিমকসু হায়ননবা হক ঐগী লৈজদে। অদুবু ঙসিগি হায়রবনি। করিগী?

খঙ্ঙী। কমদৌনা দাদাগা থেংনখিবা অমদি কমদৌনা ঐগীদমক মফম খঙদনা কয়ারক লৈচেন্নখিবা? মদু ঐ কাওদে। মসিমসু নীংসিংলি, মসিগা লোইন লোইননা দাদানা ঐঙোন্দগী করিগী চেনখিবা? অসেংবনি, মতমদো ঐহাক দাদাদগী করিগুম্বা খরা লোৎপা পামখি। হায়দোকনীংখিদে। মসিনি ঐগী খ্বাইদগী লানখিবা অমসুং নুপী ওইরুবগী পংজবা হায়বদু।

নহাক্কী তোল্লবী,
তথোৎ দেবী

ঐবু মানা হায়বা থাজখিগদ্রা? পুন্সিদা থাজবা কয়া মাংলক্লে। মসিনা ইসাবু ইসানা থাজবা কয়া ঙমহন্দ্রে। ইসাবু থাজবা ঙমজদ্রবা ঐহাক্না মহাক অমগী অমুক লমজিং মৈরা ওইবা ঙমখিগদ্রা? ইসানদি ঐ ফাওবা ঐ ওইনা য়েংজবা ঙমজদ্রে। মাগীদমক ঐ ওইরুবা ঐবু ঙমখিগদ্রা? চুম্মী। ঐঙোন্দা ঐ ওইজবা ঙমজদ্রবা ঐহাক অসি মঙোন্দদি চাউরবা ঐ অমা কোনসিন্দুনা থম্লি। মসিদি মীওইবা সভ্যাতানা হেক মাংদ্রিমখৈ মাংহনবা চুমদে। মাগীদমক ঐ ওইরুদবা য়াদে। ৱাখলনুংদা চাউরবা ওমখৎলবা মৈগী চীং অমা ফুমজিন্দুনা ঐহাক তথোৎ উন্নরুই।

তুমিন লৈনৈ। হায়নগদবনা সরুক চাম্মা চাম্মা ওমসিন্দুনা লৈনরবা থম্মোয়দা হায়নদবনা হেন্না মমল লৈনরবগুম নৎত্রগা হায়নরুদুনা কান্নদে হায়বগী মতাগুম তুমিন তুমিন লৈনৈ। অদুবু উনরবনিনা ৱারী অমদি তঙাইফদনা সান্নখি।

'কমদৌরি?'

'খঙলবা নৎত্রা?'

'করিনো খঙলিববু?'

'চেরোলদুদা হায়খ্রবদুদি...?'

'মদুবু মরোল খূদিংমক য়াওরব্রা?'

'খঙবা য়াবমখৈদি য়াওখ্রবনি।'

'নঙসি য়াম্না ঙমখৎলক্নি।'

'ঙম্না উরুরবনিনা...?'

'নঙগীসি সাউরিবা হায়বদুরা?'

'ঐদি হায়জখ্রবদুনি। ঐগী পুন্সিসি ঐগী নৎতবগুম মহাক্না কোইচিং চিংদুনা লৈরে। ঐ মসিদগী নাম্থোকপা পাম্মী।'

'মহাক হায়বদি...?'

'নোংমা লৌকোইপাৎকী মনাক্তা লৈবা য়ুমদোমপোপ অমদা উনরুবা নুপাদু নীংসিং-লমখিগনি। নুমিৎতুদা নঙ য়াম্না সাউখি। সাউফমসু থোকই। ঐ ইসানা য়ানীংঙী ঐগী ইতৌদু হৌজিক্তুদা ঐ খাংবা ঙমজদে। নঙদি কমদৌরমগনি? মা ঐ তসেংনা অরোনবা করবার অমা তৌমীন্নবনি। পুলিসনা কোয়থি থিরি। ক রিগুম্বা মঙোন্দগী ঐনা হেক চেল্লবা ঐবুসু পুন্সি চুপ্পা কৈসুমসংদা লৈখিবা য়াই। ঙসিদি ঐহাক মাগা সেংদোক্লবা পাম্নী। হৌজিক অমুক ঐ মসিদা লুপসিনবা পামদ্রে। নাম্থোকনীংঙী। মসিদি মাগা সেংদোক্লদনা ওইথোক্রোই। সেং-দোক্লবা হায়বা অসিদা নুপীজা ওইরুবনা মানা হেন্না খুদোংচাবা লৌখিগদ্রা চিংনদবা ঙমদে। মরমসিনা দাদাবুসু খরা চৎমিন্নরুসি। হান্নসু চৎমিন্নরুরবনিনা দাদাবুদি মানা করিসু চিংনরোই! অতোপ্পা মী অমা অমুক চৎমীন্নবা তারগদি ফিভমসি হেন্না লুসিল্লকপা য়াই।'

'নঙগী থবক্তুদা ঐনবু করি তৌবা ঙমগনি?'

'মবুং অমা য়াওরিঙেদা মচনবু ...?'

'নঙবু ঐঙোন্দা মদুমক হেক খনব্রা?'

'চো! তানীংদে। নৎত্রগসু নঙমক্কী...।'

'ঐদি নঙগা লাপথোক্লবনা হেন্না পাম্মী।'

'ঐসু নঙগী অপাম্বদুদা য়েৎকে হায়বা নৎতে। ঙসিদংদি লৈমিন্নরম্বা কয়াদুগী খন্থবিদুনা মতেং পাংবিরম্মু।' মতেং পাংগে লাক্লবা ঐনি। করম্না ঙল্লোয় হায়রুনি। নক্লনীংবদি পোক্তে। নক্লরুবগী অৱাবা পুম্বা ঐহাক ময়েক সেংনা খঙলে। মদুমক ওইদুনসু মহাক মতম খরদি ঐগী ওইনা হিংখিবা পুন্সিগী সরুক খরা অসুম্মক লৈখি। ঐসু মাগী ওইনা মিৎকুপ খরদি হিংবিবা য়াই।

'নঙনা চৎমিন্নসি হায়রিবসি ঙহানমক্কী অদুগুম্রা?'

'ঐনা মানি হায়রবদি নঙ য়াওররোই অসিরা?'

'ঐ মদুদি য়াওনীংদে।'

'মদুমক্তি নৎতে। অহিং চৎমিন্নগদবনি।'

'অহিং...?'

'ৱা লোয়থোক্লবনি। মসিনা পুন্সিগী অরোইবা ৱানি। হান্নসু হায়খ্রে। মাগী মখুৎতগী ঐহাক মপুম ফানা নাম্থোকপা পাম্মী। নঙ লৈত্রবা মতুংদা পুন্সিসি য়াম্না নাইতোম তাখি। হৌজিক্তি নাইতোম তাবগী অৱাবা পুম্বা ঐহাক মমুৎ তানা খঙলে। মরমসিমক্না মসিগুমলবা কয়াসিদগী ঐহাক তসেংনা নাম্থোকপা পাম্মী।'

'ৰাহৈসিংসিদা ঐহাক পুংপঙ পংথখি। মসিবু চুম্লিব্রা?
কয়াম চুম্বা ৰানো? খন্থবা ঙমখি'দে। তুমিন তাখি। খরা হেন্না পামজবনরা করিনো পুক্লিংদা নুংঙাইবা ফাওই।

মদু অহিংনি। অরোয়বা ৰারেপ্পবা ওইনা চৎখি। অহিংগী খোংচৎ ওইবনিনা চিংনবদি অসুম্মক লৈ। য়াম্না ফোংবা, অফোংবা ৰারী ওইরমগনি হায়বা কৈদৌঙৈ থাজবা ঙমখিদে। মহাক্কসু হায়, 'কনা অমৎতা খঙহনবা য়াদে। মাসু কনা অমৎতা খঙহন্দনা ঙাইরমগনি। খঙলক্লগদি পুন্সি মাংনীংঙাইনি।' ৰাহৈসিংসি মাদি কৈসু ওইদনা ঙাংবগুম তৌই। ঐঙোন্দদি য়াম্না কিজনা থোকখি। নীংহন্নবা পোকই।

য়ুমদোমপোপনি। মোমবত্তি অমৎতং মৈরি পিক্না থাল্লি। নুপা অমা মহাকপু ঙাইদুনা লৈরম্মী। য়ুমদু কনাসু লৈনবা মান্দে। কুইনা সিজিন্নব্রগী মতৌগুম মিরাং কয়াগী মকোল সাই। করিনো খঙদবা মনম নম্মী। নুপাদু করিসু নৎতবগুম তুমিন ফমদুনা লৈরম্মী। তথোৎনা ঐবু অমম্বা কা অমদা ফমহল্লগা ৰাবী সান্নখি। খোন কনখৎলরকই। ঐ পূমঙক ঙকখি। মাবু অসুক মীঙম্লা? ঐঙোন্দা ঙাকপি সেনবিনবা হায়রম্বদু নৎত্রব্রা? লোন্না য়েংলুই। ৰা কা হেন্নরক্তুনা মখুৎ য়াওনরক্কদবা মানবা তানজা অমদা তথোংনা নারোন্দগী থাং অমা সৎতোরক্লনা নুপাদুদা হনজিন হনজিন মফম খঙদনা থিনজিনখি। নুপাদু চৈনা খাংবা ঙমদবগী নাহেরকই। লৈমায়দা তুখখি। তথোৎসু জ্ঞান তাদনা লৈমাযদা তুথরকই। মতৌদুদা ঐ কিবনা মফমদুদগী চৎননবা হেক সেম সারকপা মতমদুদা তথোংনা ঐবু নাসোন পিল্লা কৌরকখি, 'ঐ য়াম্না ৰারে। অম্বাইফাওব দংদি ঐবু পোরগা পৃবিয়ু।' য়াম্না তন্না ঐ মাবু হন্দোক্লনা চৎপা ঙমদনা মানা হায়রিবদুমক তৌখি। অহিংদু য়াম্না পাখৎনা লেনখি। করিগুম্বা খোনজেন অমতং তাবদা পাখৎলি। মিঙ্গ কন্না চোংখৎলকই। থরক হল্লি।

থা মখায় অমরোম করিসু তৌদনা লেল্লে। নোংমা খঙহৌদনা খবর পারুবদা থেংনরুই।

**অসিবা অমা লৈরম্লে**

ইম্ফাল, জুন ১৫ ঃ ঙরাং বিষ্ণুপুর পুলিস স্টেসনগী মনুং চম্না লৈবা লৌকোই পাৎক্ক লাপ্পদনা লৈবা য়ুম অমদা মী অসিবা অমা লৈরম্লে। মহাক্কী মনিং মাইরেম্বম কামিনি (৩৫) অপোকপা থানিল কৌই। কনাগুম্বা মীওই খরনা থাংনা থিন্দুনা হাৎলম্বা ওইগনি। মসাদা থাংনা থিনবগী অহোবা মখুন ৪/৫ লৈরম্মী। পনবা য়াবদি নুপা অসি মতম খরগী মমাংদা নম্বর ফোর য়োনবগা মরী লৈননা কয়ারক হন্না ফারুরবনি হায়রি।

পাউসিমক পারুবদা ঐহাক তুজুংবা পোকই। কিরকই। হৈনীংখিদে। তথোৎপু হেন্না কিরকই। মঙোন্দগী লাপ্না চেন্নীংলকই। মাদি করিসু নৎতবগুম তুমিন লৈ। মীয়াম্না সান্নবা ৰারীদা য়াওসিল্লি। তৌবা ঙম্বগী সমদোন হাপচিন্দুনা পাখৎনা ৰারী সাই। হিংবা কিরক্লবগুম তৌসিন্নৈ। ফিভমসিনা ঐবু হেন্না কিহল্লি। মনাক্তগী লাপ্না চেনখিবদগী হেন্না ফবা লম্বী

অমা লৈত্রে। ঐ তুমিন চৎখ্রগে।

'নঙ তুমিন চৎখ্রগেরা?' ৱাহংসিদা ঐ খংপ্রেক খংখি।

'উম! চৎখ্রগে। নঙগী থবকসু লোয়রে। ঐ হৌজিক নীং-তম্না হিংবা পামলে।'

'মসক মমিং খঙদ্রগসু পুলিসনদি ঐখোয়নীবু কোয়থি থিরি।'

'ঐবুদি করিগী?'

'নঙনা হায়রিবসি মীহাৎপদু ইথন্তনি অসিরা? নুমিৎতুদা নঙনা মী সংবিবদগী ঐনা মদু তৌবা ঙম্লিবা নৎত্রা?' 'ঐনবু ... ?'

'নৎত্রগদি ঐ নঙবু করিগী লোইনজরুনি। ঐ ইতোমতা চৎলম্বসু য়াই। নঙ য়াওরম্বদুনা অদুগুম্লবা থবক্তু অদুক থৱায় চাউথোক্লা তৌবা ঙম্লম্লিবনি। য়াওরমদ্রগদি করিসু তৌবা ঙমলম্লোই। মীহাৎতুদা নঙসু চাননা য়াওরবনি। মদুতা নৎতনা মীহাৎপসিংদু ফাননবা পুলিসনা কোইথি থিরি। নঙননি ঐবু পুলিসনা ফাদনবা মফমদুদগী পুথোকপিরকখিবা নৎত্রা? মরমসিনা করিগুম্বা নঙনা মফমসিদগী চৎখিবা তারগদি ঐঙোন্দা চিংনবা হেল্লক্কনি। হিংবা নুংঙাইরক্লোই। মদুই মহুৎতা পুলিসতা চংজদুনা ঐখোয়নীমক জেল মনুংদা কংসি সিখিবনা হেন্না ফৈ। নঙসু খল্লু। মসিদা ঐখোয়নী পুন্না লৈমিন্নবগা জেল মনুংদা পুন্না লৈমিন্নরুরগা করম্বনা হেন্না ফৈ? মদুদি নঙগী অপাম্বদা লৈরে। পুন্সিসি চনীং তাদনা হিংবা ঙম্লোয়। হিংবা তারগদি মরা তানা, পূর্নীং লৈতানা হিংবা পাম্মী।'

ৱাহৈসিংসিদা ঐবু ৱাখল খলহল্লি। মাবু তসেংনা হেক চনীং তাবা পুন্সি মরেল অমদা হিংলিব্রা? ঐদি পুন্সিসে য়াম্না কিরক্লে। ঐবু অসুম মাগী মতুং ইন্দুনা ঙসি অসিগী মতৌগুম য়াম্না নাইতোম তারবা মওংসিদা হিংবা তারিব্রা? খনফম খঙদে। তুম্ফক তুম্ফাই চল্লি। হৈনীংবা পোক্তে। পৃথিবী অসিমক ফমজিল্লবগুম হকচাংদা ঈ চেন্দবগুম খল্লকই। খঙদে মিহুল অসি লেপখ্রব্রা? খন্না খন্না তুমিন ফল্লি। মতমসি নুমিদাংৱাইরম ওইরক্লে। য়াম্না চিক্লে। পৃথিবীসিসু অমম্বনা অসুম অসুম কুপসিল্লক্লে। পুমমম মল্লক্লে।

ইম্ফাল
৭/৫/'৯৬

# লৈমায়

মরক মরক্তা খল্লি, 'ফজবা হায়ববু করিনো?' মাবু ফজব্রা? ফজৈ। জগোই সাফমদা থেং-নবদুনা মাবু অমুক্ক হেন্না ফজহখি। জগোই সাবমন্তি লাকখিবা নৎতমাল্লে। জগোই সাফমদুদা জগোই যেংবা লাকপা? ঐ থাজবা ঙমদে। মদু মীতৈ জগোইনি, ভারত নাট্যমনি, কথক্কি, নৎত্রগসু কথাকলিনি হায়য়ু, ঐহাক করিসু হায়ফম লৈরম্লোইদবনি। মদু নৎখিদে। নুপা নুপী য়া-য়া লাংদুনা, হকচাং পায়নদুনা, উরু উরু লৈনা সাগদবা জগোইনি। মীনা য়েংগদবা জগোই নৎতে। পূন্না সামিন্নগদবা জগোইনি। ঙাইহাক লৈরগা মাসু জগোই য়াওরকই। ঐ ঙকখি। মহাক ঐগা জগোই সামিন্ননীংদদুনা মচিন পৈখ্রবকো। ইথন্তা পূন্নীং নুংসিজরকখি। ঐঙেন্দদি মহাক মচিন ফাওবদি পৈহননীংদবনি। ফৈ। ওনসনু, হোংসনু। অসুম হোংদুনতা লাক্লবা পৃথিবীনি। মদুবু হোংবা য়াদবা খরদি অসুম্মক লৈহন্নীংঙী।

সংসারসে ঐনা য়াবা ঙাক্তা চৎনবা য়াব্রা? ঐসিবু সংসারসিদা করি ওইরিবগে? নোংমদি ঐগীসু পামজবা কয়া লৈরম্মী। মদু মঙলা? তাইবংলা? ঐহাক হায়বদি ঙমদে ৱারীদি লৈখি। মসিসু মপুম ফাখিব্রা? ঐ খঙহৌদ্রে। করিগুম্বা মপুম ফারমদবা তারগদি নোংমা মপুম ফাননবা হোৎনখিগনি। করি নুমিৎতা? নোংমা হায়বসিদা লোয়নমক সুপ্লবনি। নোংমদুদনি ঐসু অমুক সিগদৌরিবা। ঙমখৈ সিমনাসি য়ৌদ্রিঙৈদা অমুক্তংদি অসেংবদু খঙবা পামজবনি। মসিবু ৱারী হায়গদ্রা ঈতিহাস হায়গদ্রা? থোকখিবা অমদি থোকপা য়াবগী ৱারী হন্না অমুক সান্নবনি। চপ চাবা ৱাহৈ ঐ হায়দোকপা হৈতে। ফরে! অমা হেক্তা হায়জিল্লসি ভাবনা সাদুনা মা মাদুনা কোইথি থিদুনা ফোংদোক্লগা অরোৎ অফোং অমৎতা লৈতবমখৈ হেক্তা হায়দোক্লসি।

'মদু য়াদে।'

'করিগী?'

'উহন-তাহন য়াদবা কয়া য়াওরি। নঙ ঐ নুমিদাং থেংনা পাৎতগী হল্লকখিদনা। উরক ফাওদুনা লাকখিবা নুমিৎতু নীংসিংঙু।'

'পাৎ-পানদুদা ঐনা নঙগী নসম নান্দুনা সান্নবতা নৎতনা নমায়দা, নচিনবান্দা পায়দুনা সান্নবদু..।'

'মদু হায়দোক্লগুমসি।'

'কৈদৌরবা?'

'ঐগী ইজ্জৎ সোকপা ৱারীনি।'

'হৌজিক্তি ঐখোয়নীদনি।'

'ঐখোয়নীদা ...? নারক মোংসোং অসুক য়াম্না লৈরিসিদি।'

'নুমিৎতুদা মখোয়দি সাখি ওইখ্রবনি।'

'ওইখ্রবা? সাখি লৈখ্রবা?' মদুদি ঐ করি তৌবা তাই?'

'মদুদা অদুক থম্মোয় সোক্লা কপ্লিবা করিগীনো?'

'মসিদা কপত্রবদি কদায়দা কপ্পু হায়বগে? লমদমসিদা নুপীগী থৱায়দি থৱায় হায়বা অমা তোঙান্না থম্বীদে। নুপাতনি থৱায়বু তোঙান্না থমদুনা হিংবা নুংঙাইনবা সেমজরিবা। ঐখোয়গী পুন্সিদি মখোয় অদুতনি।'

'অদুবু কপ্লগা ফব্রা?'

'ঐসু কপ্লগা ফৈ খন্দুনা কপ্লমদবদি য়াই।'

'অদুদি করিগী কপ্লিবা?'

'নঙনা হংলিবা ৱাহংদুবু করিগীনো? পোৎসক থূদিংগী মরম অমমম লৈগদ্রা? করিগুম্বা লৈরম্বা তারগসু মরম পীবা ঙমদবা· থৌদোক অমা থোকপা সুংওইমক ওইথোক্তব্রা?'

অসুন্না মফম খঙদনা ৱারী অমা সান্নখি। অদুবু মঙলা? মঙ হায়বা? মিৎকপতি থোকখি। মিৎ পাংনা পাংনা মঙবা মঙ। থম্মোয় য়াওখি। পুন্সিসু অসুম চংসিনখি। কপ্পা সাউবগী মলোম, থম্মোযবু থিনগাইগে তৌবা ৱাহে লোয়না পোক্লকখি। মাগী মাগী মহিং তাল্লকই। কপ্পনা মাঙ্ থাদুনা লাকপা তাইবংসিদা করি নুংঙাইফম অমমক সংসারসিদা লৈরমগদগে? নুংঙাই হায়বসে ৱাখল মপৈসিগী ৱারীনি। ৱাখল মপৈসিগা তাইবংগা সম্নবা হৌবা মিৎকুপ্তা মসি মাংখিগনি। মাংখি। অসুম লোৎখি। থিফম খঙখিদে। থম্মোয়দা অসুম লোৎখি। তৎতনা মথি ফোংলৈ। মফম খঙদনা মসক তাক্লে।

পাউদি তাখি। কনানা পুরকপনো খঙদ্রে। মমি অমনদি তল্লম্মী। তাখি হায়বসিসু সেংলবনি। চিন্তা তৌরি। নীংঙমদবা অমা মাগীসু লৈরম্বা তাই। ঐসু খঙখিদে। ঐ ইসা খঙহৌদনা ঐহাক মাবু নুংসিদুনা লৈরম্মী। মহাক চৎখিবদা ঐহাক য়াম্না কপখি।

লাপথোক্লবদুদি য়াম্না ফৈ। পুন্সিদা নক্লবা হায়বসে উনরিবসিনি। মসিননি মীওইববু হেক-হেক চৈনা পিরিবা। নোংমদি ঐসু কৌখি, 'থোই, থোইনু।' মাসু খুম্বদি খুম্লম্মী, 'কৈদৌ কৌবিরিনো?'

'মিং কৌনরিবসি কৌননবা কৌনরিবা নৎত্রা?'

'অদুবু নঙনা কৌরগনি খন্দুনা কৌখিবদি নৎতে।'

'ঐসু ঐ ওইনা উরুদ্রগা লোয়রে।'

'অদুদি কনা ওইনা উরুগদৌরিবা।'

'মী ওইনা। মী! মী! খঙলেদনা?'

'মিদি মসা য়াওদ্রবদি তাদে হায়নৈ। নৎত্রগসু মিরাং থাকত্রবদি মিনা মচিনজাক থিবা হৈতে হায়নৈ। ঐহাক চেঙ্খোকহৌদবা য়াদে।'

'কিরুন্নু নঙনা চেঙ্খোকত্রবসু ঐহাক চৎখ্রগনি।'

'ঐদি নঙগা লাপ্পবা ঙম্নি থাজদে।'

'ঐসু নঙগদি লাপ্পবা পামদবনি।'

'মদুদি করি মরমগীনো?'

'মদুদি খঙদে। করিনো অমদি ফাওই।'

'মরমদি সোয়দনা লৈফম থোকই।'

'ঐ হায়বা ঙমদে। ঐনা হায়বা ঙম্বা হায়ববু ঐসে নঙনা য়াম্না কন্না চিংসিল্লি।'

'মরম হায়য়ু হায়রগা।'

'ঐসু খঙদে হায়রেদনা।'

'চৎলো। নঙগা ৱারী অমৎতা সান্নরোই। নঙসে মফম মরাং খঙদবা নুপানি। নুপা মানজদে। করি অমৎতা হায়বা ঙমজদবা মীনি। নুপানবু অনীং অনীংবদু থোক হায়দোকপা কিব্রা?'

'ঐসু ঐগী অনীংবদি ফোংদোক্লিদনা।'

'মদুদি তানিংদে হায়রেদনা।'

'নঙনা তানীংবা মরমদু হায়য়ু। ঐহাক হায়রগে।'

'মদুদি নঙনা হায়বা নৎত্রে। ঐনা হায়বা তারে।'

সিনি ৱারী। থম্মোয়দা চুদুনা লৈহৌরবা। মীওইবগী ৱারী হায়ববু চিনবান্দগী থোরক্লিবা কয়াসিনি। অতৈদি তৌসিন্নবনি। তাৎ হায়বদো। ৱাহৈসিমা লৈরম্বসে য়াম্না ফৈ। মীওইবদা রাসি হাপকৎলি। ইসাবু ইসানা চেকসিনজনবা মফম অমা পী। মসে কয়াদা কান্নখ্রবা? ঐগীসি মঙলা? মঙ ওইরবসু তাইবংনি। মীওইবদা লোয়না লৈরে। মঙ হায়বা অমা তাইবং হায়বা অমা তোঙান্না লৈবা হৌনদে।

চৎলনি হায়। কদায়দা চৎকদৌরিবা? পাউ পুরকপা মঙোন্দা ওইনা সাউনীংখি। মঙোন্দদি সাউবা ঙমদ্রগা। অমদা সাউরগা কৈদৌনদোইবা? চৎপগা অমৎতা য়ারোই। ঐদি হায়নীং-বনি। করি থোকন্দুনা ঐনা মাবু থিংগদৌরিবা? মহাক মফমসিদা কদায়দগীনো অমা লাকখি। ঐসু লাকখি। থেংনখি। চাক্তমিন্নখি। মফমসিদা ঐখোয়নী পুন্না লৈমিন্নসি হায়নখিবদি লৈতে। করিগী হেক হেক উনরিবা? মসিসু হায়বা ঙমদে। উনবা খুদিংগী মাগা ঐগগী মরক্তা চুসিন্নবা অমদি অসুম্মক লৈখি। মসিননি মানা ঐবু পুনবগুম হেক হেক উরিবা। মীওইববু মীওইবনা পুনবা হায়ববু করিনো? ঐ খঙখিদে। অসুম খঙখিদে। চৎলমদাইদা উনরুই।

'চৎলনি হায়, চুম্রা?'

'চৎলগে খল্লে।'

'কদায়দা? য়ারগদি চৎখিনু।'

'য়াবা য়াদবা হায়ববু করিনো? ঐনা পামজবা অমা খনবা নৎত্রা? চৎলনি হায়বদি খঙ্ঙী। য়াবা য়াদবদি ঐ খঙদে। অদুবু ঐগী চৎলমদাইসিদা নঙনা অদুক য়াম্না খোইরাংলিবা করিগীনো? ৱাহংসিগী অসেংবা পাউখুমদু পীদুনা ঐবুসু য়াহল্লবা ঐহাক কদায়দসু চৎলোই।'

'ঐ মদুদি ঙল্লোই। ঙমদবা অসেংবনি।'

'চৎপা-চৎতবা ঐসু হায়বা ঙমদে।'

'চৎকদৌরিবসি কনানো?'

'ঐনি।'

'ঐ হায়ববু ...?'

'ঐগী খোঙ, খোঙনা চৎকদবনি। ঐসে মফম কয়াদা য়েনথোক্লম্মী। কনাদনো মচেৎ অমদি খুদোল তন্নীংবনি। ঙসিদি পুলপ পুদুনা চৎপা পাল্লে। মফমসিদা লৈরম্মী হায়বা ফাওবা খঙদনবা পুনীংবনি। পুবা ঙমগদবা মান্দে। সংসারসে করিসু নৎতে। মমি অমখক তারনবা ঙাইহাক ঙাইরম্বনি। মদুসু মপুম ফাদবা। করিগুম্বা মপুম ফারম্বা তারবসু হিংলম্বগী অর্থ থোক্লোই। মচেৎ মচেৎ লৈহৌবসিননি সংসারসিদা অর্থ থোকহল্লিবা। পৃথিবীগী ফাওরিবা মীসিংসিনবু অসুম হিংদুনা লৈরদবু মখোয়না তৌরম্বা থবক থাগৎলুবগী করি কান্নফম অমা লৈরিবগে? হেন্না ফজবা তৌরক্কদবা অমগী মঙ মঙদুনা লৈবনা হেন্না চুমগনি। মপুম ফাদব-সিংসিগী মপুম ফাহন্নবা মিৎয়েং অমা থিবসিনি মীওইবগী সক্তম।'

'নঙসু মদু থিগে হায়রিব্রা?'

'ঙমখৈ তানববু লোয়বা নাইব্রা?'

'অসুম তানবদি য়াই।'

'তুংদা সুম ইন্নবা, মাং থাবা য়াওদবা ...।'

'মদুসু হিংবগী মথেল অমা নৎত্রা?'

'নঙগসি হিংদে হায়নীংদবদগী হিংলি হায়বা য়াননবা হায়বদি নওেকো।'

অসুম্না চৎখি। মাংগী হৌখ্রবা পূন্সি পূন্নমক ফাগী তাহনখি। ফাগী নৎতবা সংসার অমা উসিল্লুবা ঙমখিদে। মসিনি মীওইবনা য়াম্না লান্না উরিবা মীওইবগী মক্তম। কান্নবা কান্নদবগী খল ওনবদা কান্নদে খঙনা খঙনা মসিদগী নাম্থোকপা ঙমহন্দে। মতমদুদদি মহাক ঐগী পূন্নমক ওইখি। ঐসে অসুম পিকসল্লকই। ইথন্তগী ওইবা য়ারক্তে। মাগী সরুক হাপচিল্লকই। থৱায় পানবা পোৎক চাংদনীংলক্তে। মদুনা ঐসি ঐনি হায়জবা ঙমখিদে। নৎতে হায়বদি সুকঙম ঙমলোই। তসেংনা মীওইবসি মরী লৈন লৈনরগা অসুম অফা অপুন্নরকই। চৎথোকফম কাচিন মচা অমদগী হেন্না লৈরক্তে। কাখুদুদা অসুম পিকসন্না কোয়হাই হাইদুনা ইসাগী সক্তম তাকচবা তারকই। মসিনা ওইবা তাহ। চিনসিনা মরী লৈনৈ হায়জবা ঙমখিদে। মসিনা ঐবু চৈনা পীখি। পি তাখি। পি তাবা হায়বসে মীওইবগী অৱাবা থেংলবনি। পিদুবুসু খক্লনবা খক তৌখিদে। মসুম সিন্থখি। মহাক লাপথোকখি।

পুন্সিদা নকসিন্নবা হায়বসি লাপথোক্লসি হায়না নকসিন্ননবনি। পোলোয় খঙলবা লম্বীদা খোঙ থাংজিনবনি। লাপথোক্লবা তাই। কাউবদি ঙমদে মমি লৈহৌরি ঙসিসিবু ঙরাংগী মমৈরা? নৎত্রগা হয়েংগী হৌরক্লিবা ৱাহৌরা? খঙদে। নোংমা থেংনবা অমদদি হায়রম্মী। মদুসু লম্বীদা মোমোন তৌনা, 'হৌজিক্তি জ্ঞান য়াম্না তারে। য়েংবা য়াম্না নুংঙাইরে।' ঐ হৌজিকসু মাগী ৱাহৈসে করিনো খঙদে। 'জ্ঞান' হায়বসি করিদা সিজিন্নরিবনো? মসিমক খঙলগদি সংসারসিসু সোয়দনা খঙগনি।

জগোই লোয়রে। অকনবা মিয়ুজিক্ক লোইননা মী ময়াম কন্না ইমাংদা অমুক্তং উরু উরু লৈখি। ঐগী কোক্তা চংখি। মসিনি জগোই হায়ববু। সংসারসিসু করম্বা মতমদা অউংবা খুংদগী লেংদনা লৈরক্কদবা?

চান্দিগর
৬/১০/'৯২

# ৱারীদুনা

... হিংবা হায়বসি লাইনা লৌবা য়াদবা পোৎসক খরা লৈরি। নাকল অমদা মসি য়াম্না নুংঙাইবা মাল্লি। অদুবু মরক মরক্তা মসিনা হেন্না চমম্নহন্‌বা মতাং তৎতনা লাকই। অকিবা কয়াবু লাইনা লৌসিন্নীংবগী ঈথিল পীরৈ। মসিমক মসিনা হেন্না ফৈ নৎত্রগা ফৎতে হায়বগী মফমদু নৎতে। ইসাবু ইসানা খুদুম চনবা ঙমজদবগী অরোয়বা লম্বী অমা থিবগী লংলা-লংজিন্দুনি। তসেংবনি, ঐ সংসারসে ... করি হায়গদবনো খঙদে। কিবদি কি। সংসারসিদগী চেনবা পাম্মী। অমুকসু সংসারসে পাক হেক থাদোকপসু ঙমজদে।

ঙসিদি অদোমগী ৱাহৈসিংসিনা ঐঙোন্দা সংসারগী তোঙাল্লবা মহাও অমা পীবগুম ভৌই। তম্বদি ঙমদে। নঙসু মীওইবনি। সংসারসিদা লৈনা লৈনা সংসারসিদগী চেনবা হায়বসে মীওইবদগী লাপথোকপদুনি। মীওইববু কিরিবা ঐনা মীওইবদা অমুক নকসিন্নবা তারিব্রা? খন্থরুরবদি হৈন্নদুম চৈনা অমমুক লাকপগুম খল্লি। মী মরক্তা লৈবসে মীওইববু হৈনবা মী ওইগে তাল্লিবা কয়াদদি অদুক্কি মতিক নুংঙাইরমগনি। অদুবু মখোয়না ইঞ্চোকপিরবা কয়াদুদদি মখোয়গা নকসিন্নবসে কয়াগী মতিক ৱাই হায়ৱসি ঐহাক খঙ্‌ঙী। অমুকসু অদুগুম্লবা সংসারদুদা মীনুংসিতনা থল্লবা অদোমগুম্লবা কয়া লৈরি খনবদা সংসারসে লান্না য়েংজবা ঙমহন্দে। নীংহন্নবদি পোকই, ইসাগী ফিরেপ হন্না হোংদোকখিবা তারিব্রা। চমম্নহল্লি। অদুবু থৌনাদি লাক্লে। লুরিবদি থৌনাসে অমুক হন্থখিগদ্রা হায়বসিনি।

নহাক্কী
সনাতোম্বী

নীংসিংলি। মদু তসেংবদি ফাগীনি। ফাগীদি তাখিদে। মোৎ মচা অমা ফোংদোক্লুবদুনা পূম্নমক খুরৌ থাংহনখি। চমম্নহনখি। খ্বাইদগী লুহনখিবদি ফিরেপ লৌজবা ঙমখিদবা মিৎকুপ্পুনি। ফিরেপ লৌজদনা ফিরেপ অমা লৈহনখি।

ঐগী কাদা ময়াম ৱারী সান্নে। সুরেস য়াওখি। বিজান্দো, রোনেল, ঐ, লোকেন্দ্রো ... সুরেস। হিদাক খরা খরা ঙাউনরবনিনা ৱারীদি নুংঙাইরে। অদুবু ৱাথিনি। পাখং পুল্লবদি লৈসাবীগী ৱারী সান্নবা হৌনসানি। নুমিৎতুসু মদুনি। অদুবুদি নৌনা নুপী হায়রুবগী, পাওখুম নুংঙাইদুনা চারিবা চাক্লি। ঐসু মফৈদা চিঠি ইবা য়াওরুবদগী চিৎতা লিৎসিলহৌরিবনি। নুমিৎতু রোনেলগী কাদা সোয়দুনা চংলমদ্রবা ঐ চাক অদুম তোক্লবনি। মখোয় মসেল নম্ফু হাফুদা অমদুগী মখুৎতা চেজেৎ মচাদু য়ৌহনখিবা হায়বসিমদি সোয়দ্রবনি। ফজৈদি হায়নখি। মথং চিঠি ইবিয়ু হায়দুনা লাক্লিবসু মহানি। মদুদা ফরক তাবা ৱাদু লোকেন্দ্রোনা হৌদোরকপনি। 'ভাই, ঐ মথা খরা সাই। মা চেনখিবসি ঐ য়ানীংদে।'

'হেরা, নুংঙাইগদবা মতমসিদা মফৈদা কায়নবগী কারল অমুক চিংসিল্লক্লনু।'

'ঐসু নুংঙাইবা পাম্বগী হায়বনি কৈনো?'

'অদুদি হৌজিক অসুক নঙগী ওইনা লৌরুবসি।'

'অদুদি ঐ ঙম্লোই।' ৱাহৈসিদা ময়াম মঙোন্দা মফম খঙদনা লরুবী, 'মদুদি ঙমফম থোকইনা। নঙনা নুংসিরিবা নৎত্রা? কৈমতা খনফম থোক্কে।'

'নুংসিদুনসু ... মদুদি হায়বিগনু।'

মখোয় মসেন মোৎ ফোংদোক্লবা লোয়রবা মতুংদা ঐঙোন্দা হংলকই, 'করি কায়বগে?' ঐসু খুমখি, 'তৌবগীদি নুংসিবা নুংসিদবা হায়বসি করিসু নৎতে। ইসা ইসানা ভাবকী দলান (মিথ) অমা সাগৎতুনা মদুগী মনুংদা ইসাবু পুমঙাও ঙাওজদুনা লৈবদুনি। মসি ওইরগসু সক খঙনবগী খুদোংচাবদি মসিনা পীব্রা খল্লি। নুপী থিবা তারগদি য়ামদ্রবদা সক খঙননবগী খুদোংচাবদ লৌহৌবা চুম্মী।'

'নঙগী মোৎ পীয়ু হায়রবনি। নখোয় ফিলোসোফর কাংবগী ফিলোসোফি তৌরকউ হায়বা নৎতে।'

'ফিলোসোফি কাংবুসিনা হৈরিবসি মীবু মকোক ঙাওহল ঙাওহল্লগা অচুম্বা সকপদুদনি। লোকেন্দ্রোনা মখা অমুক তারকখি।

'ঐনা হায়নীংবদি, মীবু মরাল অমখক্না হেক মপুঙ্গি চুপ্পা ইথোকপীবদি চুমদে। থৌদোক অমা লৈরগদি থোকখিবগী মরম খরা লৈফম থোকই। মদুসু তঙাইফদনা নৈনফম থোকই। মদুদতা মীদুগী অসেংবা মসক্ত খঙবা ঙমগনি।'

'মদু ওইরগদি রেপ ভিক্তিমগুম্বসিদি মরাল লৈজদবীনিনা সমাজনা করিসু মওং অমা ওইনা য়েংবিফম থোক্কে ...।'

'ওফ কোওস। মদুদা ঐখোয়না ইথোকপীবা চুমদে।'

'মদু নঙোন্দা থোক্লগদি লৌবা ঙম্নিকো।'

'করিগী ঙম্লোইদৌরিবা?'

অসুম্না ৱারী পূম্নমক নাথৈদুনা থমখ্রগা মফৈদগী ফুরকপা ৱারীসিনা পূম্নমক্কী মিৎ-য়েংফম ওইদুনা ৱারী সান্নখি। মরৈ ফজনা য়েংনৈ। লৌবা ঙম্নি, ঙম্লোই। রেপ তৌবিখ্রবদি মপুঙ্গি চুপ্পা সংসার অসিদা চন্নফম সুক্রে লৈত্রব্রা? অরোইবা ওইনা ৱাহংসি হংনখি।

'মদুদি করম্না?'

'রেপীস্ট অদুদি আইনগী মতুং ইন্না দন্দি ফংবা হায়বদুমদি সোয়দ্রে। রেপ ভিক্তিম ওইরিবী মহাকসু সমাজনা ইন্থোকপীরে। সমাজনা ইন্থোকপীবদগী হেন্না চাউবা দন্দিসিবু করম্বা দন্দি অমা লৈরি? নৎত্রগা রেপ ভিক্তিম ওইরিবী মহাক্না থৌদোক্তুমক লোৎসিনখিবা তারবদি রেপীস্ট অদুবু য়োকখৎপা তাগনি। অরানবা খুদিংমক্তি চপ চাবা মতম অমদা দন্দি পীহৌবা হায়বসিনা সমাজ লাইয়েংবগী খ্বাইদগী ফরবা খুৎলাইনি। মথং থৌদোক অমদগী কন্থোক্লিবনি। নৎতদুনা মরাল লৈরবা মীসিংনা অসুম ঙমহন্দুনা চৎহন্নখ্রবদি সংসারসে করি ওইরকদগে, ঐখোয় খন্থবা চুম্মী।' অসুম্না ঐগী ওইবা মোৎ অমা পীখি। করি খল্লবনো খঙদে, সুরেসতি ঐঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈখি। মদুগা লোইন লোইননা, 'য়াম্না আইদিএল লৈবা সাদুনা খন্নবদি কান্নদে। তম্লিবা মহৈসিংসিমক ঙাংবা সকপদা কান্নহনসি হায়বা নৎতে। থবক ওইনা পাংথোকপা য়াননবা ...।'

'ঐনা হায়রিবসিসু থবক ওইহনবা অমদি রেল ইজুকেতেদ হায়বসি চিন্দতা লৈহন্দনবগী হায়বনি।' ঐসু ঐনদি চুমনীংবনিনা কন্না অদূম খুমখি। মাসু মখা তারকই, 'নুপী থিবা হায়বসি কৈথেল কাদুনা, মমল তিক্লদুনা পোৎ-চৈ লৈবা নৎতে। তরাই-তরাইনা লৌবা য়াদে। পুন্সিগী তঙাইফদনা তাঙনা থোকপা থৌদোক্নি। পুন্সি কয়াগী য়ুম্ফম অমা ওইরুগদৌরিবনি। ইচাগী ইসুগী পূন্নমক্কী মমি নুমিৎ অদুদগী মিতম্বা হৌরগদবনি।'

'ঐসু পূন্নমক খঙ্ঙী।'

'নঙ সোয়দনা ঙম্নিকো।'

'ঐগী ৱাখলদদি করিসু কায়দে হায়না খল্লি।'

অসুম্না ৱারী লোয়সিনখি। মহৈ মহৈ চৎনখি। অহিং থেংজিল্লক্লে। ঐ খলহৌরি। ঐবু ঙম্লোইদ্রা? ঙম্নিদা। অদুগসু করিগীনো ঐগী পূক্নীংনা অসুক লাংতক্লরিবা? লৌরুগদবসু লৈতবা ৱাফমসিনা করিগী ঐবু অসুক খোইরাংহল্লিবা?

য়ুনিভ হোলদা কলচরেল প্রোগ্রাম অমা উৎলি। ঐদি কলচরেল হায়বদুদা জগোই ঈসৈ, মৈহৌরোলগী চৎনবিদা উৎকদ্রা খনবনি। নৎখিদে। জগোই ঈসৈদি ঈসৈনি। হৌজিক্কী অয়ৌবি য়া-য়া লাংবা সেনিমা, দ্রমাদগী লৌথোরকপনা অয়াম্বনি। অহেনবা করিসু য়াওদে। অদুমকপু রোজা ফিল্মগী ঈসৈ অমা থারগা নুপী অনীনা মসা কোন্নবোই কোন্নদবোই সাবা জগোইদুমদি পুন্সিদা কাওররোই। তৌবগীদি হকচাংগী ইনিল খরা থৌই হায়দবা ঙমদে। অমদি মসম তেন্না কক্ই। নুপা মাল্লি। অমদি ফনা সাংই, নিংজু য়ৌই। ৱাংবদি হায়ফেৎ মান্নে। হকচাংদি ওন্ন তৈনবা, হায়বদি মসম সাংবদুদি খরা নোই। অমদুদি কংলপ, তনাপ তনাপ ফজবিনি। মানা ইকাইথিবি মান্না উরবা অনোইবিদু সোকপোই সোক্তবোই কোনবিবদু ...। ঐ মিৎফম হোংবা য়াখিদে। ইসাবু ইসানা কাওথোকচখি। হকচাংসি সৌবিং সৌবিং লাওই।

ইনাক্তা সুরেস চংলকই। 'ঙসিদি নঙগা অরুবা ৱারী অমা সান্নসি।' পুংফমসিমক্তদা

ৱাহৈসি হায়রে। ঐ তুমিন লৈখি। জগোই য়েংলি। করিসু পাউখুম খুম্নীংবা পোক্তে। অদুবু ইমান্নবনি। সেকেন্দ কয়ামুক কান্নরবা মতুংদা, 'করি ৱারীনো?' তপ্পপ্না হংখি।

'অরুবনি।'

'কয়াম লুবা, গুহাগুম্না?'

'নোংমা ঐখোয় ময়াম ৱারী সান্নবদা', মহাক ঐগা ৱারী সান্নবা য়াররোই খঙলমাল্লে। ৱারী হেক্তা্ হৌরকই। 'নঙনা লৌগে হায়খিবা নুপীদু ঐহাক ৱারী সান্নরক্লে।' মাগী ৱাঙং-সিমক ঐঙোন্দা কিৎ নম্মী খন্দবা ঙমদে। মসিমক খল্লুবদা জগোই য়েংনীংলম্বগী রাগ লুম্বা মাংখ্রে। য়াম্না হৈনরকখিদে। হংদবা য়াদবনিনা হংবদি হংখি, 'ঐনবু করম্বা নুপীগী মরমদা করি হায়খ্রবগে?'

'নঙগা ঐগবু করম্বা নুপীগী মরমদা করি ৱারী সান্নখিবগে?'

'ঐসু খঙ্ডী। নুমিৎত্তুদা য়াম্না থাজহনখিবগী ৱানি। অপান্ননা হেক থোক্লম্বদি চেনখিগনি। অদুবু নঙগী ওইবা মোৎ অমদি চিঠি ইরগা থাখিগে। নঙ হৌজিক করি পাল্লি। ঐনদি য়াম্না থাজনা হায়রম্মী। নুপী মসানা য়াম্না মথরায় লুপচবগী মথক্তা মখুরানা, "মদুমক্তা অচুম্বা ওইরবদি মীওই অমবু কনবীগদৌরিবনি" হায়দুনা অমুক্ত হেন্না হরাওহৌই। নঙনা হৌজিক অমুক চেল্লবদি কায়ববুদি কায়দে হায়ববু ... পাউ অমা য়াম্না থুনা খঙহনখিদ্রগদি ঐবু লান্না অমুক লৌখিগনি। অদুমক্তি তৌহন্নীংদে। নঙগী ওইবা অসেংবা ফিরেপ অমদি ঐঙোন্দা খঙহল্লু।'

'নোংমা নিনি খন্থনবা মতম পীখিগেরা?'

'য়াম্না থুর্বদি ফৈ। য়েথোক্লগা তোক্কদবা লৈরগদি ঙাইবগী অরাবা অমুক পীকদুনা কান্নদে।'

'ৱাখলদু ওন্নরে। ঐ ...।' মাগী মঙংদুমক খন্থনবগী মতম পীবনি হায়নীংখিদে। নোংমা নিনিসিদা মানা খল্লিবদুমক পাংথোকনবা হায়বনি হায়না খনখি।'

'ফরে, হংচিৎ অয়ুক নঙগী কাদা ঐ ঙন্না লাক্কনি। মদুদা নঙ অসেংবা অমা হায়বা য়াইদনা।'

জগোই লোয়দ্রিঙৈদা ঐ থোরক্লে। ৱাখল মপৈ অমগী মোন্দ্রং চুদুনা চৎলি। অর্থ সম্নদ্রবা লংজিন অনীদা সমজিন্ননবা অর্থ থিরি। মাদি আইনগী মিৎয়েংদা করিসু মরাল লৈজদবিনি। ইচম চমজবিনি। করিগী সমাজনা অসুক লুম্বা পোৎলুম অমা পীবিরিবা? আইন অমসুং সমাজগী মরক্তা চাউরবা অহোবা অমা লৈরম্মী। আইনা অয়াবা পীরবা কয়া সমাজনা অয়াবা পীদে। সমাজনা য়ারবা কয়াদসু আইননা অথিংবা কয়া অমা পী।

'থোঙ থিল্লকই। হাংদোক্লুবদা সুরেস চংলকই। খঙ্ডী। ঙহানগীদুগী সোয়দনা ওইগনি। হংলকই, 'কমাই তৌরে।'

'য়াম্না দরকার ওইরব্রা?'

'মখোয়নদি য়ারিমখৈ থুনা খঙনিঙ্ঙী হায়রকই।'
'ঐ ঙাংনরগে। লৈফমদি ঙহানগীদুদা অসুম্মক য়ারনিকো।'
'সিদা লৈরে।'
'মমিংবু ...।'
'সনাতোম্বী? মসাদা অদুম চিঠি চৎনবা ...।'
'ফবদি মাগী মখুরাদা হান্না ইবনা খ্বাইদগী ফৈ।'
'মমিং ...?'
'তোলয়াই।'
'লৈফমদি?
'লৈমিন্নরবনি। নঙ সোয়দনা ঙাংনরগদবা নৎত্রা?'
'নঙনা পাউসি য়াম্না খঙনীংলগদি মখোয়রোমদা হংলগসু কৈসু কায়দে।'
অসুম্না ৱারী হৌখি। চিঠি ইনখি।

নুংসিরবা মাম্মা,

খঙনবা খঙনদবা থিদনা মাম্মা হেক কৌসিনবগী ৱারৌবিরোই। য়াম্না থাজদনা চেরোলনসিনা মাম্মগী নাক্তা় য়ৌখিবগা লোইন-লোইননা কনানা কনানো অমদি করিগী থারক্লিবা চিঠিনো হায়বসি ময়েক সেংনা খঙনরগনি। মসিনা পুন্সিগী তিন্নরগা থোক্লকপা য়াবা মচুসিংগী ওইথোকপা য়াবা মচু অমদা নৌনা অমুক থোক্লুরগনি। লুরিবদি অদুগুম্লবা মচুদনা মীওইবদা কায়হৌরদনা মীওইবগী চৎনলোনচৎকী ৱাংমদা অমুক লেপ্লুগদ্রা হায়বসিনি।

অমুকসু ইসানা ইসাবু ঙকচৈ। মীওইববু চিঠিদনা খঙনবদা মপুম ফাবা ঙম্লগদ্রা? থাজনবগী করম্বা সাখি অমমুক পীখিগদগে? অসুম্না খন্থরুবগা করি হায়গদবনো খঙদে। ৱাফমসি খঙহল্লমদনা হন্দোক্লসিরা? মসিনদুম হেন্না পূক্নীং নুংসিহল্লি। হায়নৈ, 'মীওইবদি দযাগী মনাইনি।' থৌদোক থোকলগা খঙলকপা মীওইবগী সক্তম। থৌদোক্লা লৌসিনবীরবা মীওইবগী পুন্সি। অসুম্না পুন্সিসি চনৈনবতনা পীক থলহল্লি। ৱাদবা ঙমহন্দে। নুংগী ওইবা পোৎসক কয়াবু উবিরমদনা মপান্থোংতনা পুন্সিগী মসক লেপথোক্লগা হেন্নদুম নীংঙমদবগী মথক্তা নীংঙমদবা হাপকৎলৈ। হিংবগী অর্থ য়াওদ্রবগুম হিংনীংলক্তে। হিংবা সিবগী ৱাখল খন্থদুনা কোক মচাসে পুবা ঙমহন্দে। মসিমক ফনা ওইদুনসু হিংবা হায়বসিগী তোঙাল্লবা মহাও অমদি অসুম্মক লৈরিব্রা? মসিদা নৎতনা হিংবা হৌরুববনিনা হিংববু মীরাইবিবসু ফৎতে। অমুকসু করাম চাউবা মীওইবগী ৱাখলসিবুসু ঙকই। হনসু হল্লকলরোইদবা হৌখিববু হৌজিক্তা তীনসিনহন্নীংঙী। কাওথোকপা ফরবা থৌদোকসিংনা ওৎলি খঙনা খঙনা ওৎহল্লি।

হৌখিবগী কান্নববু করিনো? পৃথিবীগী চাওখৎপা হায়বসি হৌখিবদা তাংবা ঙাক্তনি। সোয়খিবগী চাউরবা সক্তমদুনা, হৌজিক্তা খ্বাইদগী চাউরবা মেনখৎপগী মফম অমা সাগৎতুনা, ফংহৌরিবা খুদমসিংদুদগী খ্বাইদগী হেন্না ফবা লম্বী অমা ফংননবা থিবা হায়বসিনা মীওইবনা মীওইবগীদমক তৌবা থৌজাল হায়বদুনি। মসে সনাতোম্বীদু কাউথোকপগুম তৌই।

কাউথোকপদি ফৎতে। সংসা:সিদি মখল মথেলনি। মীওই কাংলুপ অমৎতগী নৎতে। অখাংকনবী তুংগী থৌনা হাপকদবী, থৌদোক কুদিংমক মায়য়োক্লবা ঙম্বী কয়া অমসু সংসারসিদা লৈরি। মীওইবদি খুদোংথিবদগী চেনগদবা নৎতে। থৌনা হায়রিবসে মাগা মায়য়োক্লবা ঙম্বদুনি। সনানা মৈদা ইক্র ইক্রগ ফজবা হেল্লকপগুম, পুন্সিসু খুদোংথিবা থেংন থেংনরগা পুন্সিগী মসক থোকপা হেললক্কদবনি। ঐসু য়েংখিনি। সনাতোম্বীনা নোংমা নোকপা ঐহাক য়েংনীংলি।

চিঠিসিদা অহেনবা কয়া অমা য়াওরম্লবসু মাম্মনা কনা নৎতে খনবীদুনা ঙাকপীয়ু। পূর্নীংগী অপাম্বনা হেনখিবদগী অহেনবা কয়া অমা য়াওরম্বা য়াই।

নখোয়গী

ময়াংলম্বম খোম্মে

অসুন্না তৌনা মহাক ঐহাক খঙনখি। নকসিন্নখি। মসিনা পুন্সিদা হেন্না মরেক মহাও থোকপগুম উহনখি। অমুকসু মিপাইহল্লি। হেন্না ঙকখিবা অমনা মসি কনাদসু খঙহন্নীং- খিদে। অসুম লোৎপা পামখি। লোৎপবু কয়াম কুইনা লোৎকদৌরিবা? খঙদে। নোংমা বীজান্দো লাকই। হংলৈ, 'সনাতোম্বী উন্নরুব্রা?'

'কনাই সনাতোম্বী? ঐখোয় স্বাইদবু সনাতোম্বী কৌবা মী লৈব্রা? ঐদি খঙদেনা। নঙসে পাউ জাৎ জাৎতা পুরকই। কদায়দগীনো খঙদেবো।'

'স্বাইগী নৎতে।'

'অদুদি কদায়দগী?'

'নম্বোলদগী' সাউরংননা খুল্লকই। মাবু তসেংনা হেক খঙলবজাৎলা? 'নঙ অসিনা হায়দোরকপসিদি, নাতৈ চাদবা...।'

'ঐ পাউ লোয়না তারবনি। ইমা পাবুংনা নুংঙাইরোই। মদুই মথক্তা মৌ চিংলবনি। সমাজগী মিৎয়েংসু করা খল্লু।'

'মৌদি মী নৎত্রব্রা?'

'নঙোন্দা কনানা নৎতে হায়রবগে?'

'অদুদি কৈগী মৌনি হায়রিনো?'

'তৌবগীদি মখোঙ নাম্ম তেকপা, মমিৎ তাংবসু মীনি। হুরানবসু মীনি। মী নৎতবা মীবু সংসারসিদা লৈব্রা? সমাজ হায়বা পোৎসক অমদা লৈরুরবনিনা মাবুসু খরদি ইকাইখুম্নবা ফৈ।'

'মদুদি মীওইবা জাতিগী ফননবা মওংদা থম্বনা চুম্মী। নৎত্রগদি মসি থম্লুবগী অর্থ থোক্কে।'

'মিৎকুপ অমা নুপীমচা অমা নুংসিরুবগী সমাজবু করিসু ওইদনা খনবা চুমদে। হিংবসি নতোমতগী ওইনা খনগনু।'

'মসিদা মথা সাহনবা কান্নদে। মতম লেনবগী ৱানি।'

'অদুগা করিগীনো মদুদা মী খঙহন্নীংদ্রিবদি?'

'অদুবু ব্না ওইনা হেক লৌইদা।'

ব্নারী সমজিনখি। পামদবা ব্নারীসিদি সান্নরুদবনা খ্বাইদগী ফরে। মসিনা মী ব্নানদনবা খ্বাইদগী সম্বা লম্বীনি। নৎত্রগদি মসিনা হনজিন হনজিন চৈনা পীরবতনি। অতৈদি কৈসু লৈতে। কাওথোকপা ঙমদবসিনি ব্নারিবসে। মাবু তসেংনা য়াম্না ওকত্রব্রা? মীনা য়ানীংদবা ঙাক্তা তৌব্রা? মীনা পান্নবদি মহাক তৌবা হৈত্রব্রা? অয়াম্বা মীনা মাবু য়াদে।

মদু মীনা য়াম্না ওক্তে হায়নবনি।

য়াম্না ফাওই হায়নৈ।

নঙসে পাম্মুইকো মহা অফাওবিদুগা ...।

মানা কোয়রৈ লৈবিখ্রবনি।

মহা অফাওবিনি।

পাউসিংসি তারগা মচিনবানসিংদু মেনসন্নীংঙী। তানীংদে। ইতোমতা পেনজদে। অদুবু করি হায়রুনি? খাংবা ঙম্বা মখৈ খাংজবা তাই। সন্দোরকপদি অসুম হেল্লকই। ইমাসু তারমাল্লে ঐ তাননবা হায়রকই, 'ঐদি মীনা হায়নবা নুপীসিদদি পামজদে হায়রিবসিনি।'

'করিনো হায়রিসিবু?' ঐসু খঙজিন্নদনা হঙ্ঙী।

'খঙদে। খঙদে।'

'খঙদ্রগা কৈদৌনা ঙালিবা?'

'হুম! মানা ঐখোয়দা লাক্লগা লৈরগদবা মতৌদো ...। পামজদে হায়রিবসিনি। পুরক্লগদি মারা ঐরা য়ুমসিদা কনা লৈহৌগদবনো খঙদে।' ইমানা মসিমক হায়খি। লেপ্লব্রা খঙদে। ঐ কোক ঙাউই। হংলুরগসু মরিক চুম্না কদায়দা ফৎত্রিবনো কনানসু হায়বা ঙম্নদে। ফৎতে হায়নৈ হায়বসিতনি। কমদৌদনা ফৎতে হায়নরিবনো হায়বা কনানসু পাউখুম পীবা ঙমদে। চুম্মী। ব্নারী অমদি লৈ। মীপুম খূদিংমক খঙ্ঙী। মহাক চেল্লুরে। চেনবা নৎতে চিংলুবনি। মসিদি লোয়না খঙনরবনি। লৈবাক সরা সল্লবনি। নুংতিগী ফোংবা পাউচে কয়াদা ইখি।

**নুপী অমা ফাবীখ্রে**

ইম্ফাল, মার্চ ১৪ ঃ ঙরাং নম্বোল পুলিস স্টেসনগী মনুং চন্না লৈবা ওইনামদা নুপীমচা অমা নমদুনা ফাবিখ্রে। মহাক্কী মমিং লোইতোংবম সনাতোম্বী (১৮) কৌই। হৌজিক এলঃ সানোই কলেজদা টিঃদিঃসিঃ তম্লিবা সাত্রিনি। মাবু ফারিবা নুপামচা অসি এসঃপীঃ বীমোলগী মচা মৈনম উমকান্তা (২৪) নি হায়রি। মখোয়নীমক লৈকায় অমৎতদগীনি। নুপা ময়ুম্নদি ফাবা পুনবগী ব্নাফম করিসু লৈতে। মসা মসা য়ানদুনা চেনবনি হায়রি। নুপী ময়ুম্নদি হায়রিবা ব্নাফমসি য়ানীংদবগী মোৎ পীরি।

মীয়াম্না হায়নৈ, মতম খরগী মমাংদা মখোয়নী মরী লৈনরম্বনি। তৌবদবু নুমিৎতুদি চেল্লসি হায়দুনা থোরকপদি নৎতে। চেল্লবনিনা ব্নারী অমদি সোয়দনা লৈরমগনি। অমুকসু নুপীরোমনদি হায়। সেন পায়বগী নম্ফু তৌবনি। সঙ্গ লৈবগী য়ারনি হায়দুনা ইকাইবা

পীবনি। ইকুই কুইদনা চহীমুক্কী মমাংদসু নুপীমচাদুবু দমকী তৌদুনা, 'ঐঙোন্দা নুংসি হায়দ্রবদি নখুৎ ককথৎকনি' হায়দুনা কিহল্লগা নুংসি হায়হনবগী চাউরবা ৱাথোক অমসু লৈখি। পূন্নমক-সিনা মপূক্কীং নুংসিনা হেক হেক কপ্পী। পেন্দবগী ওমখৎলবা মৈরিনা থম্মোয়নুংদা ফুমদুনা লৈরি। তৎতনা হায়, 'হিংনীংবা পোক্তে। মহাক অমা হাৎলল্লগা সিখ্রসিরা? হিংবা হায়বসিনা সংসারদা খ্বাইদগী ৱাবা মথেলনি। পুন্সিদা থৌদোক কয়াসে মঙগুম্না থোকখি। হিংবসু মঙগা চপ মান্নে। হায়নৈ, "মানা মানা তৌজরুবা কর্ম্মগী ফোল মসা মসানা ফংই।" ঐনবু করি কর্ম্ম তৌখ্রবগে? মানা ঐঙোন্দা অদুক্কী মতিক ওৎপীখিবগী ঐবু অসুক ৱাহনবিবা চুন্ত্রা?' মাগী ৱাহৈ কয়াসিনা ঐবু পুংপঙ পঙথহনখি। অচুম্বা কয়াসিনা ঐবু খুদুম চনখি। নাম্থোকপা ঙমখিদে। মদুগী মথক্তা মাগী অহানবা চিঠিদু ...।

নুংসিরবা দাদা,

অদোম্না ককাদা থাবিরকপা চিঠি পাজরে। অদোমগী চিঠিদুনা ঐবু ঙকহনখিবগুম, ঐগী চিঠিসিন্‌সু অদোম্বু য়াম্না ঙকহল্লগনি। চিঠিদু ঐহাক থাজবসু ঙমখিদে। থাজদবসু ঙমখিদে। ঙসিগী চিঠিসিসু হনসিরা হনগুমসিরা ফনা কুইনা থল্লবা তুংদা, সক্ক সক্ক উন্নদ্রবসু অমুক্তংদি ৱারী সান্নহৌবা চুম্মাম্লে খন্দুনা ইরবনি।

ঙসিদি পুন্সিসে করিনো অমা পূক্কীংদা ফাওরকই। হায়দোকফম খঙদে। সংসারসিদা হিংলিবা মী খূদিংমক লোয়না হিংনীংবা পোক্লমগনি। অদুবু মরক মরক্তা মদোম সিজখিবগী ৱারী ঐখোয়না অসুম্মক তাবা ফংঙী। মসি অঙকপা নৎতে।

হিংবা হায়বসিদা লাইনা লৌবা য়াদবা পোৎসক খরা লৈরি নাকল অমদা... ...অদুগুম্লবা সংসারদুদা মীনুংসিতনা থল্লবা অদোমগুম্লবা কয়াসু লৈরি খনবদা সংসারসে অমুকসু লান্না য়েংবা ঙমদে। নীংহন্নবদি পোকই, ইসাগী ফিরেপ হন্না হোংদোকখিবা তারিব্রা? চমন্নহল্লি। অদুবু থৌনাদি লাক্লে। লুরিবদি থৌনাসে অমুক হস্থখিগদ্রা হায়বসিনি।

নহাক্কী
সনাতোম্বী।

চিঠিসিমক্তা ঐঙোন্দা খন্থনবগী চাউরবা মচাক অমা ওইহল্লি। মাগী থাজবসু ঐহাক কৈদৌঙৈ মাংহন্নীংদে। অমুকসু ইমা পাবুং ...? হিংবসি ঐহাক য়াম্না তন্থরক্লে। মমাংদা মসিগী চনৈনবা ৱাখল অসি নোংমতসু খন্থরুবা ঙম্লুদে। লোয়সিনফম খঙদ্রবা ৱাখল অমদা ঐহাক ঙসিদি লম্মুক্করে। হিংবা হায়বসিবু অসুক তমথিব্রা? মাং তুংদা সন্দোক্তুনা লৈরিবা অকোয়বগী ফিভম্না চপখাইরকপদা ঐহাক ইথম্তা কিরকপগুম তৌই। অদুবু নোংমা সনাতোম্বীনা হায়খি, 'ঐদি লেপখ্রবদি হোংলরোই।' মখুৎ অনীমক ঐগী খুৎতা কন্না পায়সিল্লি। মমিৎ উইসিল্লি। মচিনবান খারপ চিক্লগা নোকখি।

**চান্দিগর**
**১৫/৪/'৯৪**

# ঐ তুমিন ফল্লি

অহিং! অমম্বা অহিং। পুন্সিদা মসিসু তঙাইফদবা মিৎকুপসিংগী মনুংদা অমনি। কনাগুম্বসিংনা মসি কান্নদবা পুংফম্নী হায়নৈ। মফম খঙদবা কয়াগা চাংদম্নৈ। খ্বাইদগী তুমিন লৈবা পুংফমসি মী অয়াম্বনা তুমিন চৎহনখি। অদুবু তুমিন চৎহনখিবা পুংফমসিনা মমল য়াম্লবা সক্তম অমা কোনসিন্দুনা থম্লম্মী। মসি মীওইবদগী খাইদোক্লবা য়ারোই। তুমখুন হুন্দুনা মতম মাংহনখিবা পুংফম ওইরগসু মসি মীওইবদা খ্বাইদগী মরু ওইবা পুংফম অমনি। পুন্সি চুপ্পা মিৎকুপ অমৎতা তুমদনা মী হিংবা ওইথোক্তে।

ৱাখল খল্লী। মসি তুমিন লৈবা মওং অমনি। মরমদি ঐ ৱা ঙাংদে। ঙাংনীংবগী ঈথিল করিসু পোক্তে। লোল থোক্ত তুমিন লৈবা ঐহাক পাম্মী। উবদি উই, মখল মথেলগী থৌদোক ৱাথোক, পুন্সিগী মিৎকুপসিংগা থানবা য়াদনা থোক্লিবা কয়াসিং। ৱাখলদগী মাঙ্ঙু হায়বা য়াদে। মসিনা ৱাসু ঙাংনীংবা পোক্তে। তুমিন ফম্বা পাম্মী। অদুবু ঐ থৱায় পান্দবা নুংমক্তি নৎতে। তুমিন তাসিন্দুনা লৈনীংদে। মঙলা করিনো অমা মফম খঙদবা অহিংবগী সক্তম অমা মতম খৃদিংদা চেন্নরি। ঐ ইসামক খঙনা নৎত্রগা খঙদনা ঐ হিংলি। পুন্সিগা থানবা য়াদ্রবা মিহুন লেপ্তুনা হুল্লি।

ঙসি ঐনা খঙলিবা কয়াসি, হৌখ্রবা পুন্সিগী তাঙ্কক্ অমদা থোকখ্রবা নৎত্রগা উখ্রবা, তাখ্রবা, ঙাক্তনি। মসিদগী হেনবা অহেনবা অমা হায়বা তারগদি, ঐনা ঐগী পুন্সিদা পামজখিবা নৎত্রগা অচুম চুমদগী বিচারদা ঐগী কোক মচাসি ঙাউহনখিবা খরদু নৎতনা অতৈ অমমুক লৈত্রে। মসিদা মরী লৈনদবা কয়া অমসু য়াওবা য়াই। মসিসু অনৌবা করিসু নৎতে। মীওইবনা ঐ ঐগী পুন্সিনি হায়নরিবসি অমগা অমগা মরী লৈনদবা পোৎসক মরি (মফম, মতম, ঐ নৎত্রগা করিগুম্বা পোৎসক অমা, অমসুং ঐগী/মাগী অকোইবগী সক্তমসিং) দা অমগা অমগা চপখাইনদুনা মসিদগী থোক্লকপা মমিসিং কয়াদু সমজিন্নবা ওইনা তৌই। পোৎসকসিংসিগী মনুংদা পোৎসক অহুমদি সোয়দনা মমিসিংসি তাননবা চপখাইনদবা য়াদে। হিংবদবু মতম চংদবা য়াব্রা? মতমদি পুন্সিগা করিগুম্বা অমৎতদা মরী লৈনদবা য়াই। মফমসু মদু মঙাই। অদুবু পুন্সি অমা লৈরগদি অহিংবা অমা লৈতবা য়াদে। মসিদা পুনসিল্লিবা কৈরোল লৈকায়

সাগৈ নাতৈ হায়বসিনা অতোপ্পা ভমনি। মখোয়সি অমদা নৎত্রগা অমদা সৈদাংদুনা য়াওরম্বা...।

'অচৌ কৈদৌরল্লিবনো?'

'ঐ তুমিন ফমসিরা হোৎনরল্লিবনি?'

'নঙগীদু তুমিন ফল্লিবা নৎত্রা?'

'মসিগী খুফমসি ৱাখলনুংদা য়াম্না চরাংনহল্লি। তুমিন ফল্লি হায়বসি ঐ য়ানীংদে।'

'নঙবু ফিলোসোফররনে?'

'নৎতে। অদুবু ৱাখল খন্থবা হায়বসিমদি মী খূদিংমক হৈদনা। মদুতা নৎতনা মসিগুম্লবা অরাইবা ৱাখলদি নঙসু, মাসু মী খূদিংমক্কা খনবা হৈগনি।'

'নঙগী ৱাতাসিদি ...।'

সুনিতা (মমানদি অচৌবী কৌজবনি।) 'সুনিতা' হায়বা মিংসি মীরৈবাক্তগী পুরুবনরা করিনো খঙদে, মরৈকায়না নৎত্রগা মমান্নবিসিংনা পামজনা কৌবা মসিনা হেনবগুম মমিংসি তৎতনা সিজিন্নৈ। মমানদি কোকহন-লাইহন ওইবগী 'অচৌবী' হায়না নুংসিনা কৌরকপা খোঞ্জেলনা ঐবু কয়ারক পাখৎহনবা থেঙনখ্রে। পু-পাং সুনা উনবা য়াদবা লমদমসিগী পাখং লৈসাগী ৱারীদা মপা মসক খঙদবা অঙাং নাওপুবিদু মহাক নৎতে। ইংই। তথোৎ-তথোৎলি। মানা তৌথোরকপা থবক কয়াদা চগন্নবগী মওং নোংমতা থেঙনদে। অদুবু নুংসিবদি মহাক ফজনা খঙ্ঙী। মরী লৈনরুবগী সক্তম ফজনা ঙাক্লকই। ঐনবু তুং-ইনবা খরা ৱাখিবা মতাং থেংনখি। ইসাদা পিকথজনা য়েংবা মিৎয়েংদা কনানা কনানো তৎতনা হংজখি।

মতমদু ঐ চিক্লা ফংমগল্লি। অচিকপা পাম্মী। পুন্সিদা চনৈনবা কয়াগী চখৈনা মরোল নাইনা চিংসিল্লবা কয়াসি অমমমতা ওইনা হন্দোক্তুনা অতেন-অসাং ওন্দুনা ঐহাক কয়ারক হন্না ইসানা ইসাগী নুংঙাইজনবা হোৎনখ্রে। চনৈনবদি কোকপা নৎতে। চখৈ, মমিসিংসি হন্দোক্লিবগী মতিক চনৈনবদি অসুম হেনজিল্লকই। মসিগুম্লবা মওংসি মঙোন্দদি চংদবা ওইনা তৌই। য়াম্না লায়না লৌবগুম হেক-হেক উই। নুমিৎতু মহাক লাকই। হায়রৈ। 'তাইচৌ! মী ময়াম্না নঙবু ঙাইনহৌরি।'

'ঐ মী ময়াম পূনবসি কয়া য়াওনীংদে।'

'অদুবু মসিদি য়াওদবা য়াদবনি। মীওইবনা হিংবা হায়নরিবসিমক মীয়ামদগী পুসিল্লুবা সরুক খরা য়াওরি। মসি ইতোমতগীনি হায়না হেক লৌসিল্লুবা চুমদে।'

'অদুমকপু ঐগী হায়বসিসু থাদোকপা য়াদে।'

'মীয়ামদগী পুসিল্লুবা খরদি অপূনবদা সিংদোকপা ফৈ।'

'অদুম্না অদুম খন্দুনা লৈরগদি ঐ হায়বসি অমুক হিংদুনা লৈগদবা মান্দ্রে।'

নুমিৎতু ঐগী মরৈদা মহাক য়াম্না সাউখি। সাউনা হনখি। মা-মক্লা পুদুনা লাকপা ৱাহং কয়া থল্লম্মী। মেন তানবা ঙমখিদে। হায়নীংবা কয়াদি সাউবগী ৱারৌবগী খূদোংচাবা লৌরগা মহাক পেন্না ঐঙোন্দা চৈরম্মী। মহাক মসামক্লা হায়নি খন্দুনা লাকপা ৱাফমদি করিসু ইহায় হায়নখিদ্রে। মসি নীংসিংবদা মফমগী, মতমগী, ঐ ইসাগী মিৎয়েং অমদি ঐগী অকোয়বগী মরী অমৎতা চিৎথদনা য়াওরি।

ঐনা হৌজিক ৱাখল খল্লিবসি মসিগী মরিসি সুনা য়াওব্রা? মতমদি য়াওই। মফমসু ঐ অসি সংসারগী মফম কদায়দনো অমা লৈরবনিনা য়াওরে হায়বা তাই। ঐগী অকোয়বগীদি কমদৌরবা? ঐ ইথক্তা ৱাখল খঞ্জবনি। ঐতগী ওইবা পুন্সিগী মিৎয়েংনি। কনাগীসু য়াওদে। ঐ হেক লৈরিবা মফমসিমক্তগী য়েংবা মিৎয়েং নৎত্রেগদি কনানসু উবা ফংলোই। মসিদা অতোপ্পা কনাসু য়াওদে। মসিদা লুরিবনা, অতোপ্পগী সক্তম য়াওনা ৱাখল খল্লগদি ঐগী অকোয়বগী য়াওদে হায়বা য়াখিগদ্রা? মসিনা অতোপ্পা পুন্সি অমগা ঐগা মরী লৈননা চিংসিল্লবনি। অদুবু পুন্সিদি ঐ ইথন্তগীনি। অচৌবীনসু হায়রম্মী, 'নঙ নতোমদা ফমজহৌরো। নঙগী পুন্সিদি নঙগীনি। মদু কৈদৌঙেদা ঐঙোন্দা তিনসিনবা য়ারোই। মীয়াম্না তিনসিল্লি হায়বা তারগদি মফম, মতম অমৎতদা মীওই অনীগী ৱারী পূন্না লীসনবনি। মদু তিনসনবদি নৎতে।' নুমিৎতুদি মহৌসাগুম সাউরগা চৎখিবা নৎতে। কুইনা ৱারী সান্নে। মোৎ মান্নদবা কয়া ফোংদোকমীন্নে। অদুবু মিৎয়েংদি মান্নবা ঙমদে।

'ঐসু মরক মরক্তা নুপা ওইবা পান্নকই।'

'হৌজিক্তি হক মান্নরবা যুগনি। নঙ হৌজিকসু মদু খল্লিব্রা?'

'মদুনা আইনগী ৱানি। নুপা নুপীগী ফিভম মান্নদবগী মতুংইন্না লমচৎ সাজৎতি অসুম্মক মান্নবা য়ারোই। মদুদা নৎতনা সমাজনসু তোঙাল্লবা মরী অমনা অসুম্মক পুন্দুনা থল্লগনি। মরু ওইনা নুপীনা নুপা ময়ুমদা চৎতুনা ময়ুম পাল্লিমখৈদি খেন্নবা খরা অসুম্মক লৈবা তাই।'

'অদুবু পুন্সি অমমমদি লৈগনিদনা। পুন্সি লৈরগদি মীওইবগী নীং-তম্বসু লৈফম থোকই।'

'মদুদি নাকল অমৎতগী ৱানি। মদুতা নৎতনা ঐখোয়না নীং-তম্বা হায়রিবসি লৈরিবা ফিভমসিদগী নঙ্হোকপা খক্কী ৱানি। ফিভম অমনদি অসুম্মক পুন্দুনা থল্লগদবনি।'

'নঙগীদুদি, লমসিদা নুপা-নুপী অনীগী হিংবগী মমল মান্নদ্রব্রা?'

'হিংবগী ভেলুগা, রাইতক চয়েৎসিন্নবা য়ারোই। অনীসি পোৎসক অমমমনি। হৌই! অয়াম্বা মতমদা পোৎসক অনীমক পূন্না য়াওমিন্নরম্বা য়াই। অদুবু পোৎসকসিংসিগী ভেলু তোঙানবসু য়াই। লৈতবদি লৈতে। মসিদি মা-মানা লৈরুবা মওংদুদা লৈগনি। অমনা অমদা সৈদাংনবসু য়াই। অদুবু নুপা-নুপীদদি অমনা অমদা সৌগৎনদুনা লৈনরিবা মরীদুনি।'

নুমিৎতু মাগী ৱারীসিংদুনা ঐবু সুমজিনবিখি। সাউহনখি। ঐগী লৈরিবা ফিভমদা সোকপগুম ঐ ৱারৌখি। ঙসি ফাওবদা লাইরিক হৈরবা লাইসু খঙলবা মীওইনি হায়না মায় পাক্লা লেপ্লিবা ঐহাক্কি।

'অচৌ, নখোয় সুন্দরি হায়বিদু লাক্লম্বনি।'

'করি হায়রম্মী, ইনেতোন?'

'উননীংঙী হায়রম্বনি। অতৈদি করিসু থোইদোকপা হায়রমদে। নখোয়নীবু হৌজিক ফাওবা নুমিৎ থানদ্রিব্রা?'

'করিগী নুমিৎনো ইনেতোন?'

'নঙসে পাখং অরিবা চিং লবনি। পাখং ওইনা অসুম সিখ্রগে হায়রিব্রা?'

'মদুগুম্লবা মরীদি মা-ঐগী মরক্তা লৈতে।'

'অদুদি কনাগা লৈনরিবা?'

'খঙদেদা ...।'

'নখোয় সুনিতা হায়বিদুরা? মীবুদি ফরম্নি হায়ববু খুনুং নিংঙোলদি মাল্লিদা। মদুসু ফৈদা। করম্বা কান্দা তৌগে হায়রিনো? ঐখোয়দি মঙানি চাক্কৌবা চৎকদবগী ঙাইদুনা লৈরবনি। নঙবু হৌজিক কৈদৌরল্লিবনো?'

'তুমিল ফল্লল্লিবনি।'

'চহি মতাংদুগা হায়দোরকপা জুৎ চান্নে! কান্নদে। কান্নদে! ঙসি-হয়েং হোংদোক্লবা তৌরসি। চহি ইংথবা অমুক ঙাইরগুমসি। ঐ চৎলগে।'

পুন্সিসি মফম কয়াদা য়েঙ্খোক্তুনা মমি তারম্বগুম তৌই। য়েঙ্খোক্লম্লীবা কয়াসিগী সরুক অমৎতা হিংলিবা পুন্সিসিদা পক্তে হায়বা য়াদে। মসিননি, সমাজ সমাজ হায়দুনা মীয়াম্না তৎতনা লাউনরিবসি। তসেংনমক মসিদগী পূমনান নাঙ্খোকপা য়াম্না লুবা সমস্যা অমনি। নাঙ্খোকপা ঙম্লোই। অমদা নৎত্রগা অমদা পক্তুনা অসুম্মক লৈরগদবনি।

ঐগী ইন্দোমচাসু ...। মহাক ঙসিদি লৈখিদ্রে। মহাক লৈখিদবদা মীয়াম্না থোইনা অৱাবা পোক্লখিদবগুম তৌই। নুংঙাইবদি কনাসু নুংঙাইনদে। মী সিবদা কনানসু হরাওবা উৎনদে। হিংলিঙৈগী নক্করম্বা কয়াদু নীংসিংনদুনা অৱাবা ফোংদোক্লবা ঙাক্তনি। অদুবু মানা কুইনা নাদুনা অমুক হন্না ফগৎলরোইদবা মওংদুগা চাংদম্নদুনা, লৈখিদবদুনা হেন্না ফৈ হায়বসে মীয়ামগী মোৎনি। মদুগী মথক্তা মাগী নোংমদা চারিবা হিদাক-নুংদাক্কী চংলিবা সেনফমদুনা, 'মসিননি ইমুংসিনা হৌগৎপা ঙমদ্রিবসি' লৈকায়না হায়নবি। অখঙবা মীনা পাউথোকই। মসি পূম্নমকসি মাগী মচানুপা অহল নৌবীনদি য়াদে। মাগী পুন্সিদা মীওইবতগী ওইবা মীনুংসিতগী ওইবা মিৎয়েং অমা লোৎতুনা লৈরি। মসিগী মিৎয়েংসিদা তোঙাল্লবা মিৎয়েং অমা লোৎতুনা লৈরি। মমল লৈত্রবা মাল্লবা মাগী পুন্সিদা মাপান নাইদ্রবা লন অমা লোৎসিন্দুনা থম্লম্মী। তসেংবনি, মহাক সোক্লে। হৌগৎ কাংখৎপদা মীওই অমা ইচেন্দা চেন্নরে। মসি নৌবীসু য়াই। অরানবা য়াওদনা তম্মী। 'অদুবু ইমা চৎখিবগা লোইন লোইননা ইমুংসিগী ইং-তপ্লবা মওংদুমদি চৎখ্রিগনি। ইমুংসিগী মীওই খূদিংনা অমগা অমগা হোদোক্লবগী, সমজিন্নবগী থোংদি মাতনা ওইরম্বনি। হিরম খূদিংদা মাতগা তান্নদুনা য়ুমসিগী ফিভম পূম্নমক লাকসিল্লম্বনি। ঙসিদি মহাক চৎখ্রে। মসিমসু মহাক্না লোয়ননা চৎখ্রগনি।' ৱাহৈসিমক ঐহাক নৌবীদগী তাখি। মসি লাল্লি হায়রুবা য়াদে। পুন্সিগী ওইবা তোঙাল্লবা সক্তম অমা মসিনা পূনসিন্দুনা থম্মী। ইমুং মনুংতগী ওইবা মাল্লবা মরীসিদা সমাজগী ওইবা নুংগী ঈচেল অমা চেস্থরি। মসিমক য়াম্না মরু ওইবা ঈচেল অমনি।

ঐগী ৱাখলসি চুল্লিব্রা? চুম্না ৱাখল খল্লিব্রা? ঐ তুমিন ৱাখল খল্লি। অচিকপদা নাইতোম ফল্লি। মসি চুল্লগদি, মাগী মহিংদুমক মাগী অকোয়বদা য়াম্না অর্থ লৈরবা মহিং অমনি। য়াম্না চাউনা মাগী মফম অমা লৈরি।

**ইম্ফাল**
**২৩/১/'৯৬**

# অমুক্তংদি উননীংলি

নীংথৌখোং। মিংসি অনৌবা নৎতে। লমসিসু ওইরোই। পূক্নী ংদি নুংসি। অমুক পূক্নীং নৌথোরক্লব্রা? পাখং ওইরিঙৈগী সকফমদু মফমসিদা তীল্লমখিগনি। সৈদাংফম মচা অমা লৌখিবগী ঈচেল ঐগী সিংলিদা ঈরিক মচা অমৎতং ওইরবসু পক্লমখিগনি। মসিননি মফমসি উবদা খঙহৌদনা পক্নীং নুংসিরক্লিবা। নৎত্রদবু অসুক পূক্নীং নৌহৌনা নুংসিরকখিগদ্রা? হৌজিকসু ঙহানরাই ফংখিবা পূম্নমক ফংখিগদ্রা?

'কদোমদগীনো তৌরক্লিবসিবু?'

'নঙদি ওহ্লোক্লা ওল্লল্লেদা। খঙবু খঙলুদ্রে। কুইরেকো উনখিদবা। ঐ মফমসিদা অমুক লৈবা তারে। সরকারগী থবকসিদি তম্বা ঙম্বা নৎতে। অহিং খূদিংগী য়ারেকফম হোংলবসু থোইদোক্লা ঙকত্রে।'

'সাহেপ লাকপসিদি হৌখ্রবসু হেক হল্লপগুম তৌইদা।'

'হৌজিকসু ফংখিগদ্রা?'

'কৈনোনে? ব্রাৎপোৎ নৎতে। পৈসাদি খরা তিংবা তাই।'

'পেলহৌরগা লোয়রে। পৈসাদি তিংজসনু।

(২)

ইংই। দুইতলাগী অপীকপা কাদু ফনা ইংই। হেক চংখিবদা অতপ্পা খোনজেলদা লাংখ্রবা ব্রেসগী ঈসৈ অমা থারকই।

'হিদাক খরা থকখিসিরা?' ঙাংসং ঙাংলবা চিনবান্না মোমোন নোক্লা হায়রকপদু, পুন্সিদা অদুক লাংখ্রবা মরক্তা অদুক ইংবা ব্রাহৈ অমুক্তা তাখিদ্রি। থাজবসু ঙমদে। অমুকসু ইসানা ইসাবু থাজবগুম কনাবুসু থাজবা ঙমজদে।

'সে। রোউন্দ অমতংগা ...।'

'ঐ ঙমদ্রে।'

'সে। সিমতদি পায়সিনবী খো। ঐ য়ান্না ইকাইজরে।'

'ইকাইবা? কদায়দগী কোৎসিল্লুরিবা ৱাহৈনো?'

'ঐ নুপীনি।'

'থম্মোয়দি চপ মান্নে। খেন্নরিবসি, মপাঙ্খোংগী ফিভম অসিমগা, খেন্নে খল্লিবা ৱাখলসিগতনি। অতৈদি চপ মান্নে। খেন্নবা করিসু লৈতে।'

'ঐ য়ান্না ইকাইরক্লে।'

'অদুদি ইল্লক্লোদনা।'

করি খল্লবনো খঙদে। হৈরিবা পূম্নমক মাগী ময়াদা লোয়না হৈজিনখ্রে। হেক থকচিনখিবগা লোইননা মাগী চিনবান্না ঐগী চিনবানসে পুসিন্দুনা চুপলকই। পুন্সিদা কনাগুম্বী অমৎতনা অসুম্না তৌরকখিদ্রি। করিনো অমা পূক্নীংদা ফাওখি। অমুক্তা থোক্তবা থৌদোক্তুনা ইথৌলাংবা তৎতনা পোকহল্লি।

'লাক্লো। তুম্লসি। তুম্মিন্নরসি। করি ৱাৎলি?' ৱাহৈসিগা লোইননা মফি মথং মথং লৌথোরকই। মাগী ঙৌসোক ঙৌরবা চুং ফিরাল চারবা সবান্দু ফনা য়েংবা নুংঙাই। অসুম য়েংনীংহল্লি। ফনা কুইনা য়েংখি।

'করিনো অদুক মুন্না য়েংলিবদু? পূম্নমক নঙগীনি। নঙগী পেন্ননবা হিংলিবনি। থৱায়বু থাক্লিবনি। নখোয়না থাকপীরিবনি। লাক্লো।'

(৩)

কদায়দনো? মফমদি খঙদ্রে। পুন্সিদা উখিবগুমদি তৌখ্রে। অদুবু অসুক য়ান্না ফজবদি অমুক্তা থেংনখিদ্রি। নীংসিংবা থোকত্রবা মমি অমনদি পূক্লিংবু ৎতনা কায়হৌবগুম তৌই। মফম খঙদ্রবা পুন্সিগী লৈচেন্নত্রবা মর্তি অমনা মাংদা থৎতুনা মহৌসাগী সক্লোন অমদা কায়হৌরি। নক্লখ্রবা মরী অমা লৈখিবগুম খন্দবা ঙমহন্দে।

(৪)

'পুন্সি' ৱাহৈসিদা য়ান্না করেম্নমনা নোক্লকখি। 'পুন্সি হায়বা! পুন্সি হায়ববু পোকপদগী সিবা ফাওবদুরা? হেক পোকপগা সিরবা মহাক অদু পুন্সি অমগী চপ চারবা খুদম্না? ঐ মসি য়ানীংদে। ঐ কনাদা লানখ্রে। অসুম্না করিগী হিংহনবীরিবনো? অসিবনা হেন্না পাম্মী অহিংববুদি। অদুবু সিজবা ঙমদে। থৱায়গীদমক খল্লুবদি নৎতে। হিংবদা চেন্নরিবা থৌদোক-সিংসি পেন্দে। ৱারোই। অনম কন্না চংসিললক্লিবা কয়াসি য়েংনীংঙী। নখোয়গুম্লবা, অচাউরম কাবা, থৱায় কয়াবু উৎ-ৱাইগুম খনবা ঙম্বসিংদদি হিংবসে নুংঙাইরমগনি। নুংঙাইরবা মসান্না ওইনা লৌরমগনি। ওক্তবী, থম্মোয় পান্দবী ঐখোয়দদি মসিনা সাথিনা ওৎলি। হিংববু তাথিহল্লি। মমল য়াম্নবা পুন্সিনা হন্দোরকপা পুন্সিগী ৱাহঙ্খোক পূম্নমক লাল্লবনি। কায়রবা থম্মোয়দা পুন্সিগী মরীদি মরিক চুম্না ইগদবনি।'

করিনো হায়রিবসি? মাবু থম্মোয় পাল্লব্রা? ওক্তবী পৈসাগীদমক খল্লবী মঙোন্দসু থম্মোয়

লৈব্রা? নুপীসিনদি পুন্সিগী মরমদা কয়াদা মরিক চুন্না ঙাংলক্লিবা? অপেনবা থিবা লাক্লিবা ঐনা, মাগী ৱাঙাংসি তারগা তুমিন হনবা তারিব্রা? নৎতে। মদু য়াদে। ঐগী অপাম্বা ফংদনা তুমিন হনবা য়ারোই।

'নম্ফুদি তৌরক্কনু। নঙগী নফম চাউনা পীগনি। নম্ফু তৌবা তারবদি ঐ থৱায় থারবসু য়াবা ঙম্লোয়। ঐ থৱায় অমদি থম্মোয়বু লম্লোনবা মী নৎতে। ঐ ঐগী হকচাংবু মীঙোন্দা সান্দোকপা ঙম্লবসু, থৱায় অমসুং থম্মোয়বু সান্দোকপা ঙম্বা মীসক্তু নৎতে। ঐনা হিংলিবসি কায়রবা থম্মোয়সিগীনি। লমন খুম্বা ঙাইরিবনি।'

'কনাগী লমন্।'

'মীনমখিবা থম্মোয়গী।'

'করিনা খুমগদৌরিবা?'

'ঙসিগী ওইরিবা পুন্সিসে মাদং উখ্রবদি ঐ পেল্লে। সিরবসু য়ারে। খেন্নদ্রেদনা হিংবসু, সিবসু। ঙসি ঐনা হিংলিবসি সিরবনি। সিরবসু হিংলম্বগী খুমন্নি।'

'ঐবু ...।'

'নোংমা খঙলক্কনি। সে, নঙগী অনীংবদু ...।'

'সোমদা অমুক্তংদি লৈথোরকখো।'

'ঐ ঙম্লোয়।'

'ঙমদবা য়াদবনি।'

'ঐ ঙমদবা অসেংবনি।'

খংপ্রেক খংখি। অদুক থুনা হায়রক্কনি হায়বা ঐহাক থাজরুদে। অকিবা পোকহনখি। অরাকপা পূন্নমক পেলহল্লগে খল্লবা মহাক্কা করিগী অসুক তমথিনা মীবু মীপায়হল্লি?

## (৫)

নোংমা। নুমিৎতু ইমুং হুপ্না সাউনখি। লানবা চুম্বগী ৱাফম্না থম্মোয়বু খুদুম চনগনি হায়বসি ওইথোক্তবা হেক-হেক লাকই। নংনা হৌবা ইমুংদবু নীংবা-থুংবা হায়বদু কদায়দনো? ইনখৎলক্লিবা মতমদনা খরা খিৎ হেন্না পেন্দবা হায়বসি হৌনসানি। ঐসু মদু মঙাই। পেনখিদে। মিৎকুপ অমৎতসু অপেনবা ফংখিদে। সুপ্নতগী পামজবা ইফি অমগীবু অদুক ইসৌ লাংনব্রা? ফিদুদা থা অমগী ইমুংসিনা চাগদবা চিনজাক্কী সেনফম নমসিনখি হায়বদুমক। অদুবু ইমান্নবসিংদুগী মমাংদা কয়াদা ইকাইখ্রবা? সিনীংবা হায়বদু য়ৌখি। সিববু মীওইবনা পাক হেক ঙস্রা? মসিমক ঙমদ্রবসু ঐ য়ুমদুদদি কৈদৌঙৈ চংনীংখিদে চংলরোই হায়নসু থোরকখি। মল্লি-মল্লিরবা মতমদুদা ঐহাক থোরকখি। ঐ কদায়দা চৎকনি? কৈদৌবা থোরকপনো? ইসানা খঙজখিদে। য়ুমদুদা চংলরোই হায়বসিতনি ইসানা খনজখিবসি। মল্লি-মল্লিরবা মতমদুদা ঐহাক ইতোমতা কৈথেন্দা থোরকখি। মমসিল্লক্লবদি কৈথেলসু মী তাদ্রবা লমহাংনি। মী তাদ্রবা লমহাংদা নুপীমচা অমনা অহিং অথেংবদা লৈরম্বা থোক্লবদি মীয়াম্না করি হায়না খনগদগে?

(৬)

নুমিৎতুদা থেংনখিবদি মহাক ঐহাক্তনি। কনাসু য়াওখিদে। অরোনবা ফনা লৈরম্বা তারবসু মহাক ঐহাক্কী ওইফম থোকই। অদুবু লৈকায় সাৎলম্মী। অখঙবা মীসিংনা হেন্না য়াম্লম্মী। অরোনবা থৌদোক্তুনা অফোংবা থৌদোক্তগী হেন্না মনম সান্না চৎলম্মী।

'সখি, কদায় চৎলিনো?' ঐ পূমঙক ঙকখি। কনানো কৌরক্লিবসি? ঐদি মাবু অমুক্তা উখিদ্রি। মানা ঐবুদি কয়াদা মুন্না খঙলম্লবা!

'কৈদৌরে অদুক মুন্না য়েংলিবদি? ঐবু খঙদ্রব্রা?'

'ঐবু ?'

'মীনি হায়বা অমদি খঙলিদনা? নঙতনা ঐবু খঙবিদবনি। ঐনদি নঙবু য়াম্না মুন্না খঙ্ঙী। খঙবসু কুইরে। মেম্মসু কৌদাইনে?

'নঙদি কমায়না ...?'

'পাখংনা লৈসাবী খঙববু কমায়না খঙবা খঙদবা হায়দুনা অমমুক লৈখিগদ্রা? ঐসু ঐগী ওইনা খঙ্ঙী হায়রদি নঙ সোয়দনা সাউনিদো।' ব্রাহৈসিদা ঐহাক নোকখি। মাসু নোকখি।

অসুন্না খঙনখি। ঐনা হায়রিবমখৈ মহাক য়াখি। ঐবুসু তসেংনা খঙলম্মী। ঐবু নুংঙাইহনখি। ঐবু তসেংনা নুংসিবিবা মীওই অমা সংসারসিদা লৈরি খনখি। ঐনসু ঐগী হেক লৈজবা পূম্বা মঙোন্দা পীথোকখি। মাবু তসেংনা ঐবু নুংসিব্রা? ব্রাহংসি পীরম্লগা মহাক ঐঙোন্দগী চৎখি।

(৭)

পুন্সিদা মিৎকুপ অমা নোক্লুরবা মদুগী মৈসাদি মফম মতম নায়দনা লৈরম্মী। অথেংবা সেনেমাদুগী অহানবা তাঙ্কক্কী ময়াই চল্লকপদা মহাক থোকখি। ঐঙোন্দা হংলম্মী, 'করি চানীংঙী।'

'অমা হেক্তা য়াই।' ঐসু খুমখি।

ঐগী পাউখুম মহাক তারম্না তারমদ্রবা ঐহাক খঙখিদে। সেনিমা লোয়সিল্লক্লবা ফাওবা মহাক হল্লকখিদে। সুকহন হনলকখিদে। নুমিদাংদুদা ঐহাক করি তৌবা তাই। হান্না লৈখিবা ইসাগী ইমিদুদা ঐবু করিনি হায়বিগনি? পূক্লীংদা মফাং মফাং খল্লকই। কি। কপ্লীংবা ফাওরকই। কপখি। থংনবদা ফম্লীবা মহাক সোয়দনা তারমগনি?

'কৈদৌরে?' ব্রাহং হংলক্কনি থাজরুদবনা করিনো ঐনা খুম্লুগদবা? হায়দোক্লুরগা তৌ-ঙম্বী তাখিগনি। পাউখুম অমৎতা খুমজবা ঙমখিদে। য়াম্না কপখি। খুদোংথিবতনা পীক থল্লবা নুপী ওইবীগী পুন্সিবু ব্রারৌদবা ঙমখিদে। সিংনগে খনখি।

(৮)

ঙসিদি ঐহাক ওক্তবীনি। ওক্তবী ওইনা পোক্লকপদি নৎতে। ঐগীসু থম্মোয় পাল্লকই। নুপী ওইবীগী গুন অমৎতা ব্রাৎলক্তে। ঙসিদি ঐ নুপী নৎতে। সান্নপোৎনি। মানা পূম্লমক

*ওইহল্লিবনি। মমান্নবা পূন্নমক্তা ঐগী ৱারী লীদুনা ঐগী পুন্সিবু মমল য়াওহন্দ্রবনি। পুন্সিগী থাক হন্থহনখিবনি। লায়রবগী মিংদা মীওইবগী সক্তম লৌথোকপীখ্রবা ঐহাক্কি। মা অমুক্তং* ঐগী পুন্সিসি উখ্রবা, মানা পীরম্বা পুন্সিগী সরুক্তুনা অসি য়ৌনা ঐগী পুন্সিসি লৈখা তাখ্রিবনি খঙলবা, ঐ সিরবসু পেল্লনি। খন্দুনা য়েঙ্ঙু নঙসু, অহানবা থেংনবা অহিংদুদা পূকচেল চাউবা সাবীদুনা, ঐগী অসাউবা পূন্নমক থেম্বীদুনা অথেংবা অহিংদুদা ঐবু মাগী গারি মনিংদা হাপ্তুনা পুবিখি। বিষ্ণুপুরগা নীংথৌখোংগা মন্নবা থোংসি য়ৌরগা মহাক মখোঙ হান্নীংলে হায়দুনা ....। অহিংদুদা ঐ ইতোমতা মতৌ করম্না লৈহৌগনি। থোংখাদু য়ৌরবতদা মহাক মখোং হান্নীংবা নৎতে হায়বা ঐহাক খঙখি। ঐবু মানা থোংখাসিদা...।

ঐ য়াবা তাখি। ঐগী ওইরিবা ফিভম পূন্নমক মঙোন্দা সিন্নদুনা চৎলিবা ঐনি। অদুবু মাদি মাগী অপাম্বা হেক ফংবগা ঐবু হুন্দোক্লমদুনা থুনা চৎখি। ঐ মফমদুদা ইদোম কপহৌবা তাই। ঙসিসু কপ্লি। কয়াম কুইনা কপখিগনি। ঐ খঙ্ঙী, ঐগী পুন্সিনা হেক লৈরিমখৈ ঐহাক কপখিগনি। কপ্পসি ঐঙোন্দদি নোকপগী মথেল অমনি।

(৯)

'করিগুম্বা নহাক্কী পুন্সিবু অদুক সাথিনা ওৎলম্লিবা মহাক অদু থেংনবা থোক্লবদি নহাক সোয়দনা খঙখিগদ্রা?' ঐহাক মাগী ৱারীদু তারগা হংখি।

'করিগী খঙদনি। মাবু ঙাইরিবা ঐনি।'

'নঙ সোয়দনদি খঙগনিকো?'

'খঙগনি। সোয়দনা খঙগনি।' মহাক য়াম্না থাজনা পাউখুম পীরকই। ঐসু খল্লী, "ঙসিগী অহিংসিমক্তদা ঐহাক মফমসি থাদোক্তুনা চৎখ্রসিরা? ঙসাই নুংথিলদগীনিকো ঐনা মফমসিদা লৈরক্লিবসি।" মিৎলুদা পিরিক অমা অনী তাখিবগুম তৌই। নহা ওইরিঙৈদা ঐহাক মসি কৈদৌঙৈ খন্থবা ঙমখিদে। ঙসিসু ঙমদ্রি। চহি তরামুক্কী মমাংদা থোকখিবা থৌদোক অমগী মমিনা থম্মোয়দা তম্নরক্লবদা অকিবা ফংনা তুজুংবা পোক্লকই। থম্মোয়সে খংসোন সোন্থরকই। করিনুংগী মদুমক তৌজরুবা? অকি তুজুং য়ান্নরবা সক্তম কয়া উরকই। নীংঙম্লক্তে। মসিগী নীংঙমদবসি ঐঙোন্দগী কৈদৌঙৈ অমুক কোক্কদবা?

'নঙ খঙবদি খঙগনিকো।'

'করিগীনো অদুক মুন্না হংলিবদি?'

'ঐসু মীসক্তু খঙনীংঙী। নোংমা সোয়দনা তাকউ।'

'উম! নঙগা ঐগা অমুক উনখিগদ্রা? নঙগা উনবা থোকলবসু, ঐখোয় অহুম মফম অমৎতদদি উনগনি থাজদে।'

'ঐখোয় অহুম ...?' ইসাসি ভুতনা নম্লবগুম খঙহৌদনা পাউখুমসিমক খুমদোকখি। করম্বা মতমদা মসিগী ভুতসি ঐঙোন্দগী অমুক চৎখিগদবা।

**ইম্ফাল**
**২৬/২/'৯১**

# ঐ মী য়েংলি

খ্বাইরম্বন বজারগী লম্বীদা মী মসিং নাইদনা চৎলি। সোরোক মতাই অমদগী মতাই অমদা লাম্থোক্তুনা সান্নে। বস থৌই। জিপ কার লেপ্পা লৈতনা চৎপা উই। চকা অনীতা পানবা গারিসু য়াঙনা য়াঙনা থৌনরকই। কংলা পার্কতা কবোক থাদুনা ঙা চাবা য়েংবা মী কয়া লৈ। মসি য়েংলিঙৈ মনুংসিদা ঐসি হিংলি হায়বা কাউথোকই। হিংবা কাউথোক্তুনা মোন্দ্রং সান্নবদগী হেন্না নুংঙাইবা অমমুক লৈত্রে। অদুবু মসিনা মীওইববু কুইনা ফাদুনা থম্বা ঙমদে। ৱাখল অমগী মমিদা লৈতাদনা থম্মোয়সে হেক হেক নিঙাই তৌরকই। লোয়সিনবা ঙমদ্রবা ৱাখল পরীং অমা কোয়না সন্দোরকই।

'ইবেম্মা, লৃপা অমৎতা পীয়ু। চাক চারক্তবা কুইরে।'

কদোমদগী অঙাউবিনো খঙহৌদে। ঐঙোন্দ পৈসা নিরৈ। পূক্লীং নুংসিরকই। সনাতোম্বীসু অসুম্না ঙাওরম্মী। মীঙোদগী পৈসা নিখি। অতা অতু খুন্দুনা চাবা হায়বদু হেক য়ৌখি। মতমদুদদি মাগী মতম অমগী ৱারীসিংদু ঙম্নমক মাঙখ্রে। চাউরবা অসা পূম্নমক মখুম খুমজিনখ্রে। অরোয়বা থেংনবদদি কৌনগদবা ফাওবা হঙ্গোইহল্লে। মসি মতম অমদা মাগী পুন্সিনা পামজখিবা মাগা মমাজগা অনীগী মরক্তা লৈনবা মরীদু নৎতে। মানা তানখিবা পুন্সিগী পম্থুংদু কৈদৌঙৈদা ওইরোই।

নুমিৎতু ঐনা কৌরুবা তল্লগসু ইবেয়াইমগদি কৌনগদ্রা খনবনি। মানবু হেন্না লৈখোকখি। সনাদি মুন্না য়েংলকই। মসক খঙবগুম তৌই। কৌননীংব্রা খঙদে। হায় স্কুনদগী, কলেজগী সাংলবা মতম অমা মখোয়নী মিৎকুপ অমৎতা থানদনা লাকখ্রবনি। মাগী মাগী নৎত্রগা মখোয়নীগী অমনা অমগী কনাগীনো করিগীনো খন্নদনা থবক কয়া তৌমীন্নখ্রবনি। ঙসিদি মদু পূম্নমক অরেম্বনি। য়াম্না লাপ্পরে। চুম্না লাপ্পবদা নৎতনা অমনা অমগী মমি হন্না মুৎথৎনবগুম উরে। নৎতে সনাতোম্বীবু ইবেয়াইমা কাউরমগদ্রা? থাজদে। মাদি মুন্না য়েংলকই। কুইরবা মতম অমগী নীংসিং থৱায়না মোমোন নোকপা মীনোক অমগী মুর্ত্তি অমা মকা ফন্না মাগী মায়থোংদা তাবগুম উহনখি।

মচু তাবী, সেৎতোক-চাথোরকপদা পকচবী সনাতোম্বীনি। মানা তৌথোরকপা কয়াদা

অচৌ অসাংগী মচা মসু মাল্লি। মী কয়াবু কলকহল্লি। মতৌ তন্নীংহল্লি। ইবেয়াইমদা মসি য়াওদে হায়বা নতে। অদুবু অচৌ অসাংগী মচা মসু মানবদুমদি কয়া য়াওদে। মখোয় অনীসু ঙাইহাক্তা থানদে। অমা উবদা অমা সোয়দনা লৈরম্লগনি খন্নবা ঙাক্তনি। ঙসিদি কয়াদা লাপ্নরবনো? তসেংনমক্তি মতমদুদসু মখোয়নী অসুম্মক লাপ্নে। ব্রাখল তিন্নবা য়াদে। ইবেয়াইমদি থবক্লা মপুং ওইবা মীসক্লি। মাদি মঙগী মিকানবা পূন্নমক থাদোকপা পাম্মী। মীওইবনা হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা মহিং থাদোকপা য়াদে। মসিনা হয়েং হায়বা অমা লৈরি হায়বা ফাওবা ইবেয়াইমা নীংসিংদবগুম তৌই। অদুম ওইনমক সনাতোম্বীদি তুংদা খ্বাইদগী চাউনা অসা থমদুনা মঙলানগা খুৎসন্ননা চৎপগুম উই। য়াম্না খেন্নরবা অনীসি অমনা অমদা য়েৎনদুনা চৎমিন্নে। য়ানবা য়ানদবা করিসু ইহায় হায়নদনা তুমিন তুনিন পংলৈদা লৈনৈ।

সনাতোম্বীদা য়াম্না চাউথোকচবা অমা লৈখি। মানা হায়রিমখৈ চুম্লবনি হায়না মসানা লৌজখি। মদুদি নৎতে। কান্নদবদা নিঙাই সংতাইনবা তল্লি। মানা খল্লি, পুন্সিগী মরুম থুপ্না মীওইবগী অসা কয়া লৈরি। ঙসিসিমকসু অসাদুদা লৈরিবনি (হৌদ্রি হায়বা ফাওবা লান্দে)। ঙসিদা জগোই সারি। মথং মথং লাক্কদবদা লুপ্লি। অমুকসু ইরেয়াইমনা খল্লি, অহল হায়বদু মতম কয়া অমগী তুংদা হায়রুগদবা ব্রানি। ঙসিদি, ঙসিসু লোয়দ্রি। অহল ওইরকপগী ব্রাখল লাপ্না থম্বা করিসু কায়দে। পুন্সি হায়বসিমক মিৎকুপ কয়াসিংনা পূনসিদুনা সাবনি। মিৎকুপসিংসি কাল্লগা হয়েং অমা পুথোক্তুনা উৎলুবা য়াদে। অদুনদি মীওইবনা মিৎকুপ-সিংসিগী অসাদা হিংগদবনি। অত্মা হায়দুনা নৈনগদবা নৎতে। মিৎকুপ কয়া খায়দোক্তুনা, খায়দোক্লিবদুদা কুপ্না য়েংসিনগদবনি। পুন্সিগী হেক লৈরিবা মীহুন খুদিংমক মদুদা হুনগদবনি। হিংবা সিবা হায়বসি মিৎকুপ অমগা মিৎকুপ অমগা লোন্নবা মিৎকুপ্তা ওইগদবনি। সক্তম কায়দনা হিংগে হায়রবদি মিৎকুপসিংসিমক তঙাই ফদনা ঙাক-সেনগদবনি।

ঐনা খঙদবা অমা লৈখি। তসেংনা খঙখিদে। খঙদবা অসেংবনি। ঐ হিংলি। মসি ঐ খঙ্ঙী। অরুবা ব্রাফম ওইনসু লৌরুদে। কয়াম লায়রদনা মসিবু লুহন্দ্রিবা? মসিসু খঙদে। মসিদা লুরিবসি, ঐনা হিংলিবসি ঙরাংগী সরুক য়াওরিব্রা? ঙসিগী ওইবা সরুক খায়দোকখ্রগা ঙরাংতগী ওইবা সরুক লেমহৌবা য়াব্রা? মীহুন মচা মচাদা খ্বাইদগী পীকপা কা মচা মচা সমথদুনা হৌজিক্তগী ওইবা অমা লৌথোক্লুবা য়াখিগদ্রা? নৎত্রগসু ঙরাং হায়বদু লৌথোক্লগা ঙসিতগী পোৎসক অমা লেমহনবা ওইথোক্কদ্রা? ফন্না লূই। নৈনবদা লোয়বা ঙমদবা মরৈ অমা লৈখিগনি।

মেনসিনবা ঙমদ্রবা অহোবা মরকসিদা লিৎসল্লকখিবা সনাতোম্বীগী ব্রাখল। ইবেয়াইমবু য়াবা ঙমদে। য়াম্না খে ন্নবা মওংদা য়েংননবা লাক্লরকই। মানদি, হিংবা হায়বসি মঙগী থবক্লি। ব্রাখল খম্থবা হায়বসিনা খঙনরিবসি হকচাংগী হৈ-সিংবদু নৎতে। মোন্দ্রংগী অচুম অরান খঙদ্রবা (চুম্লুরগা অচুম্বা ওইবা, লাল্লুরগা কান্নদবা মঙদা তাবা) থৌইনসিন অদুনি। মসিনা হৌজিক খ্বাইদগী মপুম ফাবা মীওই অমা ওইগে হায়রবদি খ্বাইদগী চাউনা মঙ মঙগদবনি। মসি থাজদবদি য়াই। অসেংবদি অসেংবনি।

পুন্সি হায়বসি ঙসিখক্কিরা?

মসিদা তম্বা ঙমদবা অমৎতা লৈত্রব্রা?

অপাম্বা খুদিংমক হেক ফংলব্রা?

মফম, মতম, অমদি ঐগগী মরক্তা মতম চুপ্পদা তৎন থান লৈতনা অসুম লৈব্রা?

সনাগী ৱাহংনি। মাদি হায়। তসেংনা ঐ অসিসু উরিবসিনা লোয়বা নৎতে। ঐ হৌজিক করি খল্লিবগে হায়বসি উরিবসিনা করিসু খঙবা ঙল্লোয়। মসিনা ঐ হায়বসিদা হকচাংগী সরুক্তা খঙহনবা য়াদবা সরুক খরা য়াওরি। মসিননি মীওইবনা অৱাংবা দলান কাদুনা পৃথিবীদা অকনবা লমজেন তান্নরিবা। হায়রিবা মফমসি তঙাইফদনা মীওইবগী সরুক অমা ওইনা থমদবা য়াদে।

'অদুদি নঙগী পুক্সিদু মোন্দ্রং নৎতবা অমৎতা লৈত্রব্রা?'

'লৈতে হায়বা নৎতে। মদুদা সমজিল্লি হায়বনি।'

'অদুবু করিগীনো মদুনা হেন্না মমল লৈহল্লিবা?'

'মদুদি লৈহনগদবনি। হিংবা হায়বসি অসাদা য়াম্না হেন্না মপান তাংদুনা হিংঙী। ৱাখল খন্থদুনা হেন্না ফরমগদবা অমদি ফরক্কদবগী মমিদা উংসিন্দুনা থম্মী। মসি তসেংবদি মোন্দ্রংগী মফম অমা কনসিন্দুনা থম্বনি।'

'নঙগী নওংসিদি ...।'

'কৈদৌরবা?'

'চুম্না সুম হায়বনি।'

ইখঙ খঙহৌদনা নোংমা ইবেয়াইমবু কলেজ কারকপদা সাফবনা ফাদুনা পুখি। ময়েক্কিদি মখোয়'নী হান্না মরী লৈনরম্বনি। মতমদুদদি কন্না য়ান্নদবগুম তৌই। ঐনা খনবদা মখোয়নীগী মিৎয়েং মান্নরমদবা য়াই। পাখং লৈসাবী অনী নুংসিনরিবনি হায়দুনা নুংসিনরগা হেক্তা ৱাখল মান্নগনি হায়বা করিসু লৈতে। নুংসিবা হায়বসিদদি সেংলবা অত্মা অনী উনবগী মফম অমা লৈ। অত্মা অমনা অত্মা অমা কৌবা ঙম্বগী সক্তি য়াওগদবনি। মদুতদা অসেংবা নুংসিবগী মসক থোরক্কদবনি। মখোয়নীগী মফমদা ঐহাক মসি উবা ঙমখিদে। ওন্নতৈনবা থৌদোক ওইনা থোকখি। ঐহাক মদুদি থোকহন্নীংদে। নুমিৎতু ঐখোয় অহুম (সনাতোম্বী, ইরেয়াইমা, অমদি ঐ) কলেজগী কান্তিন য়ৌননবা চৎখি। লম্বীদা সাফবা ঙাইদুনা লৈরম্মী। ইবেয়াইমবু কৌথোকখি। ৱারী সা-সাদুনা ঐখোয় পুন্না চৎমিন্নরম্বদগী দিঃ এমঃ সাইন্সকী ফুটবোল গ্রাউন মনাক্তা থারম্বা কার অমদা ইবেয়াইমবু হাপকৎখি। মসি ঐখোয় উহৌই। মসিনি নুপী ফাবা হায়বদু। থম্মোয়গী ৱাফম নৎতে। অয়া য়াদ নৈনদুনা মদুগী মরু ওইহনবা কৈদৌঙৈ য়ারোই। নুংসিবগী সক্তম পুম্বা মাংহল্লি। মসিনা ঐখোয়দা খাংঙমদবা ইথিল অমা পীখি। লৈনরিবা মরীদা চৈথেং পীরে। পাউসিমক ইবেয়াইমগী মমাদা তম্লুই।

'অদুদি নখোয় হৌজিক পুলিসতা পাউ অমৎতা পীবিরম্মু। য়ুমসিদা কনাসু লৈত্রে।' ইমানা য়াম্না ইংনা হায়রকই। ইচম চম্না পুলিসতা পাউ পীরুববু করি কায়বদে? কৈসু কায়দে। ইমা ইবেম্মগী মতেং হেন্দোক্লা পাংবা য়াই। অদুবু উকিলগী ইমুং ওইবনা লৌ অমা য়াওরম্মী। খঙলক্রুদা হেন্না নুংঙাইরকখিদে। ফোন তৌবা য়ানা য়ানা সাখি-সাবোনগীদমক ঐখোয়বু

নেক্লম্মী। ঐখোয় ইসানা য়ানা চৈরাপ কাজরম্লবদি ইমান্নবগীদমক, ইমাসিগীদমক, অমদি পূম্নমক্কীদমক ঐখোয় পেল্লমগদবনি। অদুবু নৎখিদে। ঐখোয়না পাম্বা পামদবা থীদনা চৈরাপ কাদবা য়াখিদে। পুলিসতা রিপোৎ তৌরুবা, অইবা চে পীরুবগী ঐখোয় নাষ্থোকপা য়াদনা মতম কুইনা লৈচেন্নদুনা লৈখি।

মতম খরা লৈরগা সাফবা মখোয়নী লুহোংখি। অদুম্না লুহোংগদবা লৈরগদি করিগী ঐখোয়বু পুলিস স্টেসন চৎতুনা ৱানা মাগীদমক ৱাকৎহল্লি? চৈরাপ কাদুনা করিগী মীমাংদা পুথোক্লি? নুপীনা মদুদা কাদুনা লেপ্লুবা হায়বসে ফজদবা কয়া লৈ হায়বসে মখোয় খন্থবীখিদে। মখোয়গীদমক হোৎনখিবা কয়াদু করিসু য়েংলমদনা মখোয় মসেন তেসিন্নখি। ঙসিদি মখোয়নী য়াম্না নক্লরে। মতম অমগী মরুপ মপিজা ওইরুবা ঐখোয়তনা লাপহৌবা হায়বদুদা তারে।

খ্বাইদগী নক্লরিবা মখোয়নীসু পেন্নদবদি অসুম্মক লৈ হায়বা খঙঙী। নোংমা ইবেয়াইমনা তম্লম্মী, 'পেন্দে। নুপানি, ঐ য়াই। অদুবু ঐখোয়সে থৱায় পান্দ্রবা? ঐখোয় নুপী ওইবীসিংদি লুহোংলবগী নমাদা লোয়নমক পীথোক্লবনি। করিগুম্বা অমতা লেমহৌদনা কৎথোক্লবনি খন্না হিংলিবনি। অদুগসু মহৌসা ঐবু ফাবা মতমদা নম্ফু -হাফু তৌখিবা মাগী থম্মোয়, ঙল্লবনি হায়দুনা সিংনবগুম অকন অরিং সিংদুনা ইন্দ্রিগী মনীং তম্না সান্নখিবা হকচাংসি ঙসিসু হনজিন হনজিন চৎথরকই। মসিদি তসেংনা সারমচৎকী থম্মোয়নি। ঐগী থম্মোয়দা নুপী ওইবীগী কয়াৎ খূদিংনা ফুদোরক্লি। থম্মোয় মসক খঙবিবা কয়াদু খৌরাংনা ঙাইহিরি। সি নৎতবা অহেনবা অমৎতা পামজদে। অদুবু কদায়? মাদি অহিংদুগী নোং ঙানবা ঙাইঙমদনা মমান্নবা খূদিংদা ৱারীদু লীখি। মানা ঙল্লবগী মওংদা হরাওনা থৌদোক খূদিং চিৎথদনা সিথ সিথ তমদুনা মখোয় মসেন নোকমীন্নরি। অসেংবদি, মদুদি মানা ঙমখিবা নৎতে। মপাঙ্গল কনবা খরা হেনখিবগী কৈনা সরাক তম্বীখ্রবা সজিগুম্বনি। মীওইবদি সাহিং চাবগী ৱারী লীথোকপদা ইকাইগদবনি। অদুবু মখোয়দি ৱারীদু তম্লদুনা, লীনদুনা হরাও মথোই কারি? মসিদবু মহাকসি মীনি হায়রুখিগদ্রা?'

ৱারীসি মহাক্না লীরম্মী। ঐ তাখি। থম্মোয় য়াম্না সোকখিবা ৱারীদুদা ঐগীসু নুংঙাইতবা সরুক খরা হাপচিন্দুনা ৱারীদু লোয়সিনখি। মসিনা করিনো খঙদনা ঐঙোন্দা মরী মচা অমা লৈনবগুম উহল্লি। মদুগী মরীদুগা লম্বী সোরোক্তো চৎলিবা মখোয়দা য়েংলিবা ঐগা অনীসিগী মরীসিগা মান্নব্রা? খেন্নে। তাবা অমসুং লীবদি অনীমক্কী ওইবা মরী অমা চংঙী। অমনা অমদা তাংঙী। লম্বী সোরোক্তো অচৎ অওক য়েংবদি মথৌ অমমম তৌনবনি। অমনা অমদা তাংবগী ফিভম করিসু লৈতে। অদুবু মসি নৎতবা তোঙাল্লবা মরী অমা থোকলকপসু য়াই। মদুদা ঙক্কীংঙাই লৈতে। ইবেয়ামগা মাগী নুপাগসু লৈমীন্নরি। অনীসি কদায়দনো অমদি য়ানরমগনি।

সনাতোম্বীগীদি ...? সনাতোম্বীগী হায়রুরবদি পূক্নীং য়াম্না নুংসি। মিৎকী পি হায়বদু মতমদুতদা লৈরবগুম খন্দবা ঙমহন্দে। মমা-মপা, মরী-মতা পূম্নমক হুপ্ন মাবু থাজদুনা লুহোংখি। মহাক মী য়াম্না ফৈ। পামজনসু লৈখি। মী খূদিংমক্না মা বু নুংঙাইরগনি খন্নবা ঙাকনি। অদুবু হিংবদবু কনানা হয়েংগী হায়বা ঙম্বগে? কনাসু হায়বা ঙম্নদে। মঙ মঙবা য়াবা তাইবং মীওইপোক্তা ফজবা নুংঙাইবা মঙ মঙবা পান্নবা ঙাক্তনি। হয়েংসু মঙনি। লাক্কনি হায়বদি খঙ্ঙী। অদুগসু পামজনা খনবা ৱাখলগদি মান্নদবা য়াই। তাইবং অমমুক

লাক্লগা অসেংবদু খঙলক্কনি। মঙলাল পূম্বা মাংখিনি।

লুহোংবা ইকুই কুইদনা সনাবু মহৌসা লৈসারিঙৈদা লৈনরম্বা মরীদা ইকাইবা পীদুনা ইহৌকপীখি। মাবু তৎতনা মরাল সিরকপা কয়াদু সনা খাঙবা ঙমহন্দে। চিন্দা পাউদানদুনা খৎনবা পামহল্লি। তসেংবদু খঙহনবা পাম্মী। মসিনা হনজিন হনজিন অপীকপা মখুল মচা অমগী অকোয়বদা উংদুনা লৈ। মসিনা মাগী নুপাদুসু সাউহনখি।

'ঐ খঙ্ভী। নহাক লৈসারিঙৈদা ঙাউখিবা মঙাউদু কাউদ্রি। মদুননি মহাকপু নথম্মোয়দা হক্তুনা থল্লিবা। মাগী মরমদা খজিক হায়বদা নহাক্লা সাউরিবা?

'ঐদি চৈরগসু ঐবুদং চৈবীয়ু, মীতোপ য়াওসিনবীগনু হায়জবনি।'

'ঙাউসিন্নবদদি নখোয়নী পূন্না ঙাউসিন্নমীন্নে।'

'মদুদি কনানা হায়রিবা।?'

'ঐনা হায়রিবসিনি। অঙাংসিনা সাখিনি।'

'কপখি। অসুম্না কপ্পা তাখি। মসিনা মসাবু হিংননবগী লম্বীদা থৌনা হাপকৎচবা ঙম্লক্তে। মসুম অসুম সোম্বরকই। চৈনেনবতনা মসাবু ফাজিল্লকই। অঙাং লৈরগা চনিং তানা হিংগদবা য়ুম্বানবগী পুন্সিদা হেন্না চরাংনহল্লি। হিংফম খঙহন্দো। চৎলী। করিগী চৎলীবা? ফম্মী। হেক্তা ফম্বা য়াব্রা। সিবু ৱাহংলা? মসিনা সনাতোম্বীবু চনিং তাহন্দে। অঙাং পুদুনা মপামদা লাক্কদবগী তৌবা অহিং অমদা ...।'

'নঙনা অঙাংদু পুদুনা নপামদা হেক চৎপা য়াব্রা?'

'নঙবু নচা নৎতে হায়বদাই।'

'মদু ওইরগসু, হৌজিক্তি ঐনা থাক্লি। ঐগী ওইরি।'

অসুম্না কন্না মুন্নবা অমদা অঙাংদু ...। মসিগী তুংদদি সনাতোম্বী কৈথেল থোরকই। অমন অকাই খন্দুনা চারকই। মীয়াম্না লক্লবী। অঙাউবীনি হায়। মাবু তসেংনা অঙাউবীরা? মীওইবগী মী ওইবা অমদা মসাবু মমল পীজরিবা মহাক্লি। মহাকপু অঙাউবীরা? মসি ঐ য়ানীংদে। মসিদি মীওইবগী সক্তম নমদুনা মুনবীবনি। সক্তমসি উরুবদা ঐহাক সমাজগী থৌইনসিনসি পেন্দে। মরাল লৈবা লৈতবগী মরৈদুনা মীওইবগী সক্তম মুনহনবা য়ারোই।

পুন্সি অনী (সনাতোম্বী অমদি ইবেয়াইম) দুগী মিৎয়েং মান্নদে। পম্বুংফম খেন্ননা লৈরম্মী। পোকপা সিবগী চৈখল মরক্তা মহিং সন্দোক্লা তাকপা মতাক খেন্নে। মীয়াম্না খন্নরিবা পুন্সিগী নুংঙাইরবা মওংদা অমৎতা মপুম ফাদে। অদুবু পুন্সি অমমমদি অমমন্নি। অনীমক ঐহাক খঙ্ভী। উই। মসিনা ঐবু মখোয়নীগী ওইরিবা ফিভমদগী নাম্বোক্তুনা হিংবা পামহল্লি।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা ইবেয়াইমা ঐখোয়দা লাক্লম্মী। য়াম্না কপ্লে। হৌখিবা পুন্সিগী পেলহৌদ্রবা কয়া পুদুনা হৌজিক্তা তিসিন্দুনা মথৱায় নুংঙাইতনা ময়াং ইকং কংলবা সনাতোম্বীগী পাউ মথং মথং তম্লে। সোরোক্কী কচিন অমদা সিদুনা লৈরম্লবা সনাতোম্বীগী পুন্সিনা মঙোন্দা পীরম্বা চৈথেং খাংবা ঙমদনা ৱাকৎলৈ। মাগী পুন্সিদা সনাতোম্বীগী পুন্সিবু সমজিন্দুনা তারিবা মমিসিংদু কোকনাইদ্রবা তেংথা ঈসৈ অমা সকহৌরগনি হায়না নীং-ঙমহৌদবা ৱারী লেপ্তুনা লীখি। কপমীন্নখি। ঐখোয়নীমক য়াম্না কপমীন্নখি। ঙসিসু কপনীংলি। মসি নীংসিংবা অমুক পামদ্রে। সোরোক্তা মী মসিং থীঙমদনা চৎলিবদু য়েংলি।

ইম্ফাল
১৫/৬/'৯৬

# নোংমা সায়োকসঙদা

ঙরাং অয়ুক ঐখোয় (ফিলোসোফি দিপার্টমেন্ট, পনজাব য়ুনিভরসিটি, চান্দিগরগী সাত্র সাত্রিসিং) সুখভির জূ য়েংবা চৎলুই। ভারতগী স্টেত অয়াম্বগী, নোর্থ ইস্ট স্টেটসিংগী মীওই খাইদোপ্লগা, মীওইসিং সুরে। মীতৈদা ঐ য়াওরে। মদু অয়ুক হায়গদ্রা? মীতৈগী ৰাহৈদা চাক চাদ্রিমখৈ অয়ুকনি মদুম হায়নৈ। ইংরেজিদসু পুং তরানিথোই তাদ্রিমখৈ অয়ুক হায়বদা করিসু কায়দে। পুংসু পংথেং থেংবা নৎতে। অয়ুক অদুম হায়বা তাই।

লাইরিক তম্বনি হায়দুনা লাক্লগা অদুম্না চৎপসু মদুনা অহানবনি। চৎকুমসিরা হায়দুনসু তৌরম্বনি। ইমান্নবা, য়াম্না লুনা তিন্নবা মখৈ লোয়না চৎনবদুদা, অসুম্না চৎপসু মথং অমুক ফংদবা য়াই খন্দুনা চৎলুই। ফনা নুংঙাই। নুংঙাই হায়বা তাই। মীতৈগী নুংঙাইবগদি চাং-দম্ননীংদে। নৎতে। লোল-লী খরা হেন্না ফাওনরল্লবদি হেন্না নুংঙাইরমগদবনি। নৎত্রগসু ফোংদোক্লীংবা পূম্নমক মখোয়দা ইরোলগুম্না ফোংদোকপা ঙল্লল্লগদি মসিনা সরুক চাম্মা হেন্না নুংঙাইরম্বা য়াই। মদু নৎখিদবনা, নুংঙাই হায়বদা খজিক থয়াইননা হায়বা তাই।

মতমদি পুং নিপাল মখায়দা বস স্টেন য়ৌবা হায়দুনা হায়নখিবনি। মীরমদা লাক্লগা,'নখোয় মীতৈদি অসুম্না তৌনবোইরে' খনখিনি খন্দুনা ফনা মতম চাবা পামজরুই। মতমগী মমল খঙদবসিদি মীতৈদা নৎতে। মফমসিদসু লৈরি খনবদা ঐ ইকাইখিদে। য়ুগসিদা য়ুগসিগী মী নৎতবদি ফনা য়াম্না লৈরি খনখি। ফনা ৰাই। পুং নিপালদগী মাপলমখাই তাবা ফাওবা ইথন্তা ঙাইখিবা? অদুগা অমুকসু চৎননবা সেম সাবদা পুং তরা ...। মদুসু চৎকনিগা চৎলোইগা মহানি। জমেলা হায়বা ৰাহৈদু মসি কান্দতা হায়গদবা ৰাহৈরা? ঐ খঙখিদে। মসা খরা খিং-খিং লাউজবা নুপা খরা বসতা কাখৎলুই। অমুক কুমথরকই। হংলুই, 'করিগীনো?' 'ফুল ওইরে। মীনা পীক থল্লে।' ঐদি খঙঙী মদুদি মীনা পীক থল্লল্লগনি। মদু অতোপ্পা স্টেত অমা লান্দুনা চৎকদবা বসনি। ঐহাক ইম্ফাল থৌবাল/কক্‌চিং চেনবা বসতা সিংজমৈ তোংগে য়াদবা মমাংদা ফনা য়াম্না থেংনখ্রো। মসিদদি মদুগী নৎতু কয়া লৈতে। বেরা লৈতে। ফমফমদি ফংদে। কাইনথংদা কুমৈঙে কুমথরক্লগা অমুক বসতুদা কাখৎপা তাখি। নৎত্রগদি পুং অহুম অমগা ঙাইথবা তাখি।

পূক্লীংসি ফনা নুংঙাইরক্লে। হেন্না নুংঙাইরক্লিবদি, ঐখোয়গী দিপার্টমেন্টতা হন্দক

এমঃ এঃ প্রিঃ দা চংলকপা, যেংবা য়াম্না নুংঙাইবা নিঙোল অমা য়াওরি। মাগা অমুক্তং নুংঙাইরবা ৱারী অমা চিকথনা সাগে খন্দুনা তানজা ঙাইরকপা ফম্না কুইরে। থামুক হেল্লম্লগনি। ঙসিদি তানজা ফনা চারব্রা খল্লী। অদুবু জাৎ তিন্নদবা মীনৌ ওইরুবনা থবক ওইনা পাংথোকপা পংঙম ঙমদে। ঙসিদি ৱারী অমা নৎত্রগা অমা সোয়দনা সান্নরগনি। নুপীনা লেমখিগদবা মরেম, হায়জরুগদবা মওং খন্থরুরবদি খরা তনতক তৌই। অদুবু মসিসু খন্থহৌদবা মিৎকুপ অমদা অতনবা পূন্নমক মাংখিগনি। নুমিৎ চুপ্পা অমা লেপ্তুনা চৎমীন্নরগবু তানজা ফংদনা তোকপা হৌনদে।

বসতু ফনা চিল্লম্মী। ইস্কুলগী মচিনগদি পুমওন ওন্নরবা মওংনি। ইস্কুলদা চিনবনা সোর হোনফম লৈতবগী ৱাবনি। মসিদা চিনবনা ফমফম লৈতবগী ৱাবনি। মরক মরক্তা সোর হোনফম লৈতবসু অসুম্মক থেংনৈ। য়াম্নদি তাঙ্ঙী। খ্বাইদগী ঙকখিবদি নুমিৎতুদা ভরাগী মিনিৎ মঙামুক লাউনখিবদুনি। অসুক কুইনা লৈরকপসি মদুগুম্বা অমৎতা থেংনখিদে। লনাই গারিংসু চেন্দে। সরকারগী গারিদা তিকেৎ কক্লগা তোংনবা ঙাক্তনি। তিকেৎ কক্তবা কনাসু য়াওনদে। মরক মরক্তা তিকেৎ কক্লিবা মহাক্না তিকেৎ লৌহৌরগে হায়দুনা তিকেৎ লৌহৌবদি ফম্না য়াম্না থেংনখ্রে। নোংমদি কুমহৌবা মী অমদগী তিকেৎ লৌহৌদুনা ঐঙোন্দা পীসল্লকপা য়াওখি। মসি নৎতবা তিকেৎকী খৎনবদি মসিনা অহৌবা অমসুং অরোইবা ওইরম্মা য়াই।

বস খাল্লে। লমজংদু ফনা য়াম্না চঙ্ঙী। অদুবু অদুক নুংঙাইবা কন্সি সাইদ চৎপদা অদুক ফবা লম্বী মণিপুরদা পঙনা লৈতে। তৌবদি মী ময়াম লাক্কদবা লম্বীনিনা ফজনা সেম্লম্বা য়াই। মদুমক্তদা সন্থি মপৈ মপৈ পৈবগী, সা-ঙা লোইবগী মনম অমদি অসুম্মক য়াম্না কন্না নম্মী। হৈনদবা ফাওই। অদুবু কৈননো খঙদে। লোল-লী ফাওনদ্রবা মফমদুদা ঐনা কয়াগী মতিক নুংঙাইখিবা? মসি তম্বদা থোক্কদবা মান্দ্রে।

জূ য়ৌসিল্লক্লে। লম্বীদা য়াম্না ফজবা মফম অমা খল্লগা মখোয় ময়াম ফোতো নমখি। ময়েক্কিদি ঐসু নম্বা য়াওসি হায়রকপনি। অদুম চংলুদ্রে। মখল মখাগী নমুনা পুথোক্তুনা মখোয় লেপখি। ঐনা ঙসাইদগী ৱারী সান্ননীংদুনা ঙাইরিবা মহাক ফোতো নম্বা য়াওখিদবা উরগা, করিগীনো খঙদে, পূক্নীংদা খজিক্তং চাউথোকচবা অমা পোকচখি। মীওইবসি মরক মরক্তা অর্থ য়াওদবা হিরমদা মতোমতা চাউথোকচনা ৱাখল খনথজে হায়বসি নুমিৎসিদা ময়েক সেংনা খঙজখি।

মফমদুদা মখল মখাগী সা কয়া লৈরম্মী। অদুবু কনা অমৎতনা সা য়েংবদা পূক্নীং চংনদে। তিকেৎ কক্তুনা, পৈসা তিংনা জূ য়েংবা লাকখিবনি হায়বসি খন্দবগুম উখি। থৱায় ইচং চংনদে। খরা চৎলগা চাক চারসি হায়নরকই। খজিক্তংদি হরাওখি। চাক্তি চাগদৌরিদনা। ঐদি চাক চাররোইদ্রা হায়দুনা পাখৎলুরবনি। মীতৈদি পিকনিক চৎপা হায়বদি চাক চানবা চৎপনি। চাক য়াওদনা চৎপা পিকনিক অর্থ থোক্তবা মওংনি। চাক্কী মহাওদগী নুংঙাইবা নুংঙাইতবা, কুম্মৈ ফিয়োংগী মপুম ফাবা ৱাহন্থোক অমা অসুম্মক ফঙ্ঙী। মখোয় ময়াম চাননবা ময়োম ময়োম পুনরক্লম্মী। পরোধা, তন, সাক, সখল-মথেল, ময়াংসিংনা চান্নবা হাওর হাওরবা চিনজাক ঙাক্তনি। ঐখোয় লোয়না পূন্না চামিন্নৈ। চাক চাবা তোকপগা লোইন লোইননা জূ য়েংবগী ৱাখল থাদোক্তুনা সান্নবগী থৌরম মখল মখাগী আইতেম য়াৎথোকপা

হৌরকই। করি মসান্না সান্নগদবা ঐহাক খঙখিদে। পাখং লৈসাবী ঙাক্তনি। হেন্দোক্না য়ুম পানবগী মতম চারবা ঙাক্তনি। মসিদা করি মসান্ননো থব্বায় য়াওনা সান্নগদৌরিবসি?

অহানবদা মীচঙ তঙ্খাই তঙ্খাই খায়দোক্লদুনা ঈসৈ সক্লে। সক্লরিবা মওংদি, কনাগুম্বা অমনা অহানবা ওইনা ঈসৈ সক্কনি। মতুংদা মহাক্না খ্বাইদগী পামজবা মফম অমদা ঈসৈদু লোয়সিনগনি। লোয়সিনবগী সুর, ময়েক অদুনা অহৌবা ওইনা তোঙাল্লবা ঈসৈ অমমুক অতোপ্পা নাকলগী মীওইনা সক্কদবনি। ফনা কুইনা সক্লখি। অব্বাই অখুম, পাখং লৈসাবী-সিংনা মাগী নাগী হৈজ সিংজবা হকচাংগী খ্বাইদগী ফজরবা সরুকসিং নিক্তুনা, পুথোক্তুনা, কলকহন্দুনা জগোই সাদুনা ঈসৈ সক্লরকই। মিৎফম হোংনবা ঙম্নরক্তে। কলকই। মরক্তুদা ঈসৈ হৌফম চানৈ চানদে হায়দুনা নীংঙাই তৌনৈ। পুংপঙ পঙথখি। পাখং লৈসাবী হায়বসি লাইনা সেম্লম্লবা অমনা অমবু পংথহন্দুনা পুনবু পুনখ্রবদি ইকাই ইকি হুন্দোক্তুনা তৌথোকপা য়াবা য়াদবা খায়দনা পংতৌদা তৌনরকই হায়বসি নুমিৎতুদা খঙখি। ঐদি মতমদুদা হিন্দি ঈসৈ অমৎতা ফাদবনিন্না তুমীন লৈখি। মতমদুদা নুংঙাইরক্তে। তৌবগীদি মদুগী কান্নবসু ঐহাক ফজনা ফংখি। নুমিৎ কয়াদগী লোন্না য়েংজরক্লবা মহাক্না,'নঙসু ঈসৈ সক্কদবনি। ঐখোয় ময়াম হায়বদা নহাক খাইদোক্তুনা হায়বা নৎতে। নঙ করিগী ঈসৈ সকপা য়াওদ্রিবনো? ঐখোয়বু ইকাইরিব্রা?' হায়দুনা হংলগা ঐঙোন্দা ঙাথরকই। ঐ তৌফম খঙখিদে। ইঙক ঙকখি। পুক্সিদা কনাগুম্বী ঐগী ইরমগী নুপী অমৎতনা অদুম্না তৌরকখিদ্রি। ঐহাক য়াম্না থাজখিদে। তুম্বদা মদুতা উদুনা লৈখি।

অসুম্না সান্নবা মসান্নসিদা ঐহাক লাইবক ফদুনা মায় পাকপা মাইকৈদা য়াওহৌই। মখোয় মসেন খরা সাউনখি। পাখং লৈসাবীনিনা খরা ইকাইরমগনি। অদুবু পম্থরমদ্রে। থোরক্লে। ঈসিং সামু? হেক থো ক্লকপদা কংফান্দা তুমদুনা লৈরম্মী। মাংলোমদগী চেকপন খ্বাংমুক খাবদুদা ঐখোয় পুন্না য়েংলি। মরক্তুদা ময়াম মরক্তগী গুরুপকারনা হেন্না য়েংনীং-বগীনি খঙদে। ঙাউসিন্ননীংবগীনি খঙদে। সা থমফমগী খারিবা মনীংগী ব্বালদা চোংসিন্দুনা লক্লরুই। সমুদু খংপ্রেক খংনা ঈসিংদা কুমথখি। মদু তৌরুরগা গুরুপকারসু কিদুনা লাউবা সাজিন্নবদু (তসেংনা কিবসু মাল্লি।), সমুদুনা তৌবা মওংদুগা পুন্না উরুবদা ঐখোয় ময়াম হৌনরুবা তৌদনা হরাওনা খংপ্রেক খংনা নোকখি। নোক্লুরগা হম্থরকপা ওইনা অমাং কোইবি সান্নখি।

তসেংনমক্কীদি মদু অমাং কোইবী হায়বা য়াদে। জর্জ অমা লৈ। মদু সুরেস মহেতানা ওখিমাল্লে। মাদি ঐগী পুক্নীংসু খরদি খঙবনি। মানা সিনবা ওইরম্সু য়াই। নৎত্রগা লোতরি তিকেৎ ফাওবা ওইরম্বসু য়াই। ঐগা পুনমগা ...। সান্নবগী মওংদি, ময়াইদা লুমাল অমা থম্মী। নাকল অনীদগী মীওই অমমম জর্জ অদুনা কৌসিনগনি। কৌসিল্লিবা মীসিংদু জর্জ মসা মসানা পীজরকপা নম্বর অমগী মতুং ইন্না কৌসিল্লকপনি। কৌসিল্লিবা মীওই অনীমক হান্না থল্লিবা লুমাল অদুগী মনাক্তা লেপকনি। মসাদু লোংথোক লোংসিন সান্নবা করিসু কায়দে। তৌবত্সু লুমান অদু পায়বু পায়রুরবদি অতোপ্পা মী অদুনা মঙোন্দা সোকপা ঙমদনবা চেনগদবনি। অতোপ্পা মীদুনসু লুমাল পায়রিবা মী অদু মওং অমা তৌদুনা ফাননবা হোৎনগদবনি। চুম্মী। পুনমসু কন্না চেনগেদি তৌখি। অদুবু নুপীনি। মানা হেক চেনগে তৌবদা ঐনা মখ্বাংদা চেৎনা কোন্দুনা থাঙ্গৎলি। মাসু চেৎনা কোনসিল্লকখি। তৌবগীদি

চিনবান্না চিনবান্দদি থেংখিদে।

মসি লোয়রকপদা ঙাইহাক পোৎথাবা ওইনা মী খুদিংমক ঈসৈ অমমম সক্লখি। ঐদি ঈসৈ হৈজদে সৈরেং ওইনা থীজগে হায়দুনা কয়ারক হায়জবনি। ঐগী হায়জবদু মখোয় তাবীখিদে। হিন্দি ঈসৈদি অমৎতা ফাদবনিনা, মণিপুরি ঈসৈ ওইনা সক্কে' হায়রুবদদি, 'ঈসৈবু ওইরবদি ইয়াদা য়াই' হায়দুনা খুল্লকই। তসেংবদি ঐহাক হিন্দি ঈসৈ ফারম্বা য়াবনি। মতমদু মণিপুরদা লোনগী ইরাংগা মরী লৈননা হিন্দি সিজিন্নবা থীংবা মতম্নি। ঐসু মসি য়াম্না কন্না সৌগৎখি। মসিনা ঐ হিন্দি ঈসৈদসু পামসিল্লুদ্রে। পূক্নীংদা করিনো অমা ফাওরকই। মাংদা পুনম ইফ ফজনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈরি। ঐসু য়েংখি। পূক্নীং ইহুল ফাথবা ঙমখিদে।

করি ঈসৈ সকউগে
মাংদা ফম্লিবী সকখঙদবী
করি ঈসৈ সকউগে ...।
....... ........ ......

মাবু মুন্না য়েংদুনা ঈসৈসি সকখি। ময়াম চপ মান্ননা ঐনা ঈসৈ হেক সকপা লোয়বগা অর্থ হংলকখি। ঐ হায়দোকখিদ্রে। ঐগী মওং অদুদা মখোয় খরদি চিংনখি। ঐনসু খনখি। মদুদি নৎতে। অদুবু অমদি অমনি।

মতমসিদা নুমিদাংৱাইরম ওইরক্লে। ঐখোয় পূন্না থোকমীন্নরক্লে। ঐখোয় সা য়েংবা লাকখিবনি। ঐখোয়বু সা য়েংখিব্রা? থোরকপদা বস থাদুনা লৈরম্মী। ঙকখি। ঙক্লীংঙাইদি ওইরমদে। বস স্টৈন্দগী মফমদু ফাওবা নুংতিগী সারভিস লৈরম্মী। তোইনদি চেন্দ। নোংমদা য়াম্লবদা অহুমলক চেল্লম্মী। ঐখোয় পুন্না বস অমদা কাখৎতুনা ফমখি। ঐখোয়গী কাংলুপ্তু নৎতবা অতোপ্পা মী খরসু য়াওখি। মখোয় ঐখোয়না লাংবা মলাং য়েংখি। বস মনুংদা ঐখোয় ময়াম য়াম্না লাংখি। নুপা নুপী পূম্নমক খুৎ পায়নদুনা জগোই সামীন্নৈ। হকচাংগা হকচাংগা থেঙ্গাইনৈ। ঈসৈ লাউনা নাউনা সক্কুনা ঙাউখৎনরকই। কনা অমৎতনা ইকাইবা মচেৎ অমৎতা পক্লখিদে। ওন্থোকপা মওংনি। অমুক্তা উখিদ্রি। অদুক নুংঙাইনা লাংবা নুমিৎ অমা ঐহাক পুন্সিদা হল্লক্কনি থাজদ্রে। বস মনুংদা য়াওরিবা মী পূম্নমক ঐখোয়গী ইতৌদু উরগা ময়া কাদুনা নোকখি। কনা অমৎতা করিসু হায়নখিদে। খঙহৌদনা বস স্টৈন্দ য়ৌরকখি।

ঐ মরম খঙদনা খংসাউ সাউনীংলকই। অরোইবদা নীংঙমদবা ওইরকখি। মরকসিদা য়াম্না নুংঙাইরবা ৱাতা অমদি তাখি। 'ঐখোয় পূন্না অমুক অসুম্না সায়োকসঙ য়েংবা চৎলুখিসি। য়েংবা লোয়হৌদবা কয়া য়াম্না থুনা য়েংলুখিসি।' ৱাহৈসি ময়াম পূম্নমক হরাওনা য়ানখি। সোয়দনা চৎলুসি হায়নখি। করম্বা নুমিৎতনো নুমিৎ অদুনা লাক্কদবা ঐহাক খৌরাংনা ঙাইরি।

**চান্দিগর**
**২৩/১১/'৯২**

# ইজ্জৎ

করিগীনো হন্দক লেদিজ হোস্টেলনা খংইং ইংখ্রিবসে? নুপাদা ওইরম্লবদি করিসু খল্লমদগা য়াই। মী ওইনা পোক্লবা মীওইবগী মান্নবা মমিং অমা লৈনা লৈনা, নুপা নুপী খায়দোক্লবসিনা মসিবু খক মান্ননা য়েংবা ঙমহন্দে। মরক মরক্তা হায়নবঙম তৌই।

'মীওই অমা-অনীননি পূন্নমক জাৎ তাহল্লিবসি।'

'জাৎপু তাখ্রবদি খুদিংমক চপ মান্ননা লৌখ্রগদবনি। অমা-অনী হায়দুনা অমুক খায়দোক্লবা য়ারোই।'

'মখোয় অমা-অনীদু তাঙ্থোকখ্রগা লোয়রে।'

'অমা-অনীনা য়ারোই চেন্নরম্বা খুদিংমক দন্দি পিগদবনি।'

'খবরদ হাপকনি।'

'অদুগা ঐখোয়না কদায়দা লৈগদৌরিবা?'

'সিদা সুম লৈবা কৈদৌই হায়রিবনো?'

'ফিভমদুদা ইমা পাবুংনা মফমসিদা লৈহনখিগদ্রা?'

'ঐখোয়দি মখোয়দৌনা তৌরুদে।'

'অদুবু থাজবদি অমৎতা লৈরোই। থাবু থাজদ্রবদি চপ মান্ননা সমাজনা উখ্রগদবনি।'

'মদুদি মখোয়না অসুম ঙমহল্লগদ্রা?'

'লুরিবদি মদুনি।' অমগা অমগা ওর্নসিন্নদুনা ৰারী সান্নে। হেন্না হেন্না লুসিল্লকই। ইচম চম্না লৌরিঙৈদা খ্বাইদগী লায়বা পোৎসকসিংসিনা লুসিল্লক্লগদি খ্বাইদগী লুবা পোৎসক ওইরকই। লোয়না চুপ্লকই। অরানবা অমৎতা য়াওরক্তে। অমুকসু অরানবা মসিং থিরুবা য়ারোই। অরানবা ঙাক্তনি। মতমদুদদি অচুম্বসু অরানবা ওল্লি। মরুম-মরুম সোল্লি। পেন্নদে। লাকচখিবগী লমন খুন্নীংঙী। খুম্বদি ঙম্নদে। লোন্না তৌরম্বগী মতিক লোন্না তৌবা তাই। ফোংদোক্লুরগা ওইরক্কদবা ফিভম খম্বরুরগা নুংসা থি। মসিবু অসুম লোৎসিল্লগদ্রা?

'লোৎসিনবদি সুকয়া য়ারোই। ঐখোয় ময়াম্বু ইকাইবা পিরমবগী দন্দি পিদবা য়ারোই। য়ুমদগী নুংতিগী লাক্লবসু লাক্কনি। চোপ্পা ইতোমতগী নৎতে। য়ুনিভরসিতি পূন্নমক্কীনি।

করিগুম্বা দন্দি পিদবা তারংদি খবরদা হাপকনি। রেদিওদা ফোংদোক্কনি। পূন্নমক চোপমিন্নগনি।' সেনিয়ার সাত্রসিংনা উসিৎতবগী ৱারৌই। অর্থ লৈনা ৱা ঙাংই। 'মপা মপুনা চাঞ্চেলর ওইরগা কৈদৌনদোইনো? সাত্রা হায়বসিদা করি অহেনবা অমা লৈরিবগে? তুমিন নমসিন্দুনা থম্বা য়ারোই। ফোংদোক্কদবনি।' খাম্ল খাম্লগা হেন্না হেন্না চাউথোরকই।

'য়ুনিভরসিতিগীসু খরদি খল্লু।' ওথোরিটিনা থেমজিল্লি।

'য়ুনিভরসিতি কনবগী নমাদা মীওই খরনা লুৎ তৌহনবা চুমদে।'

মকোক ঙাওনৈ। মথা সানৈ। কয়ারক থেল্লে। 'নখোয়সু তুংগী খরসু খল্লু।' হেন্নদুম সাউরকই, 'ভাহাদুরদুসু দন্দি পিগদবনি। করিগীনো হোস্টেলগী সাত্রিবু নুমিদাংদা হোস্টেলগী চৌকিদারনি হায়দুনা লৈরগা অতোপ্পা নুপাগা উনহল্লিবা? মাগী কাদা করিগী মখোয়নীতা লোন্না থাদোক্লি। মানা থওইনা সিনবা ওইরমগনি।'

'নখোয়সু মদুদি হায়গনু। উবদি উরম্লোই।' ৱারদেন্না খুম্মী।

'করিগী উদনি। রিসার্স ইস্কোলর অয়াম্বা লোয়না উই। কা থংনরবনিনা মসানা উবা তাবা।'

'হৌজিক্তি অমুক্ক হেন্না মওং অমা ওইনা তৌরে। মপানগা ঈ-পাউ ফাওনদে হায়বতা মঙাইবে। সরা সল্লে। য়ুনিভরসিটিগী মফম খূদিং মসিতা ৱারীনৈ। মথংগী ভোৎ লেপকদবা কাংবুনা মথৱায় য়াওসিল্লকই। খরদি লোৎসিন্নবগুম তৌই। য়ুনিভরসিটি পূলপ চোপকদবা. মকওইনা লেদিজ হোস্টেলদা লৈবী নুপী পূন্নমক চোপকদৌরিবনিনা খজিক্তংদি থয়াইননা লোৎসিল্লি। মসিমক চুপ্লবা কবম্বা মমা মপানা মচানুপীবু হোস্টেলদা লৈহন্নীংগদগে?

যাবরোই খঙলমক্লে। ওথোরিতিসু হায়রে, 'করে! মবাল নৈ, লৈতে হায়বদু তসেংবা অমা খঙদোক্লবা থৌরাং, হয়েং ভিংসিংগী মমাংদা সাখিসিংদুগা লোইননা পুথোরক্লো। মরাল লৈরম্বা পূন্নমক দন্দি পিননবা হোংনরসি।'

বাইসিদা নয়াম পুন্নমক দোওনৈ। হয়েং তৌগদবা পূন্নমক লেপথোরকৈ। মবকসিদা লনানো অমনা ওইনমাংহ মতো করম্বা মনা মেৎসিন্দুনা খাংলুবনো খঙদে। হৌজিক্তদা হংলকই, 'করিনো হায়নরিবা বাসিবু?'

'লেদিজ হোস্টেলগা চৌকিদারগী ক্বাতরগা মন্নরেদনা। মদুগী খুদোংচাবা লৌরগা ইবেমহলগা গভর্নরগী মচানুপা নাসুখাংদুগা তুমীন্নহল্লি সিনি। মানা ইয়ুংপীঃ দগী লাক্লগা অফাও সাবা য়াররোই। দন্দি পীয় হায়নরিবা।'

'মদদি পীফম খোকইনা।' ময়াম্মক য়ানৈ। হয়েং তৌগদবা পূন্নমক লেপথোক্লদুনা মবী-মবী থোরকই। মতম চানা পূনসিনবা নংননবা পূং ১০ গী অদুৱাইদা পুর্নিমাবু ইবেমহন কৌহল্লুনবা ময়াম পূন্না খন্নে। কৌহল্লুই। ইবেমহনদি লৈরমদে। মাদি কুইরে ইয়ুংপীঃ দা লাইরিক তম্বা চৎখিবা হায়দুনা মমানা করিসু ইহায় হায়নদ্রিঙৈদা থিনা চৈরকই। চিঠি মথং মথং পুথোরক্তুনা য়েংহল্লকই। চুম্মী. পুমথক পুমখা অমৎতা লান্দে। পোস্ট ইস্টাম ময়েক সেংনা ফুই। মুন্না য়েংই। হোংদে। মাবু চহী অনীগী মমাংদগী ইয়ুংপীঃ দা লৈখিবা? হোস্টেলদা কনা অমৎতা তিন্নবীদবগী নহান্দা হনখিবা নুপীদুনা করম্বা ইবেমহন অমা ওইরম্লবা? ঙসিগীসিনা করম্বা ইবেমহননো?

ইম্ফাল
২৫/৫/'৯১

# নোংমা হেলোইগা

ঙসিদি দাও য়ারোই। হেলোই অতোনবীনা মাংদা করেম্নরম্লগা চৎখি। ঐনা য়েংলুবদদি লৈরমদ্রে। স্বাই মাংলম্লে। হেলোই থিনবা মন্ত্রদু ফারম্লবদি ঙসিমুক লাইবক ফবা নুমিৎ অমমুক লাক্লরোইদবগুম খল্লম্বসু য়াবনি। চবান খরা থাদোক্লবদি হান্নগী ফিভমদা অমুক লাকপসু য়াই।

করি ৱাখলনো খঙদে। হেলোইগী ৱাখলনা মাঙ থাদুনা লাক্ই। ওকপসু ওক্লরুই। মীনদি হেলোই ওক্লবসে ঙাউই হায়নৈ। ঐদি য়েংনীংঙী। সুম উন্নীংদুনতা লৈবসিবু ঙাউবা চিংগদ্রা। হুম, খল্ল-খল্লগা অসুম ঙাউবা মাল্লক্লে। ঙাউবা হায়বুস সুমাই তৌজাৎলা? কমদৌজাৎনো? ৱাখলসিনা মপান নাইদ্রবা মফম অমদা ঐবু অসুম চিংই। চিংবা হায়বা? ৱাখল খল্লিবসিনি মীওইবনা চিংবা হায়নরিবসে। মানা ইনাক্তা ফম্লরবদি ... ৱাখলসি আ য়ৌই। ঐনা তৌরিবসি করিনো?

নোংমসু উখি। নুমিৎতুদি ঐখোয়নীনি। ঐদি খঙঙী, হেলোইনি হায়বা। ঐগী মরুপ অমনদি হায়, 'ঙসিদি দাউ য়ানি। থম্বাল চাম্মনিপাল ওক্লরগা থোরকই।' খনখি, করম্বনা অচুম্বনো। থম্বাল চাম্মনিপাল? অদুদৈ হৈলোই? হেলোই? অদুদৈ থম্বাল চাম্মনিপাল?

ৱাখলসে পাক লোয়সিনবা য়াদে। মথং মথং মরী মরী সমথরক্লি। নোংমা, অঙৌবা, ঙৌরোক ঙৌবা উরোক সঙ্গু সঙ্গু পাইবা ঐহাক উখি। কলকখি। ঐগী ওইনীংখি। ফজবা হায়বদুনা ঐবু সুম্বীখি। মনাক্তা চৎনীংখি। উরোকসিংদু কদায়দা পাইরমগনি? লোক্তাক্তা? ঐ অমুক্তংদি মখোয়না চাক্তাবা য়েংনিংঙী। নোংমা চৎকে খল্লি। ঐহাক লোক্তাক অমুক্তা উখিদ্রি।

অহলদু থেংলমগনি সাইকলদু মমায় খজিক্তং লৈথোকলমদ্রবদি। সোয়দনা থেংলমগনি। উম! মফমসিমক্তদনি নোংমা লংত্রিক লংবা নোংমৈদুনা ইমাংমক্তদা নুপা অমনা নুপা অমা কাপখিবদু। অমদু চেল্লি। অমদুনা তান্ন তান্নদুনা কাপসিল্লি। ঈ ময়ামদো। ঐ য়েংনীংখিদে। নীংসিংলুবদা ঙসিসু লাইহৌ হৌগদবা মাল্লি। মরম? করি মরমগীনো? মদু খঙখিদে। মিৎকুপ্তুদা উবনি থৌদোক্তো। মী অমা সিখি হায়বা অমা নীংসিংলি। চরাংনৈ। ঐগী ৱাখল।

ঙৌরোক ঙৌবা কুন্দো পরেং পায়বীদুনা ঐগী ঙকসমদা কুন্দো হুক্লে। ঐ হরাওখি। ফজবা সবান, ফজবা সাথেক, ফজবগী ফজবা মক্তা। সিবু কনানা সারকপনো? রোম অমুক্ত

উখিদ্রি। মঙলৈবাক হায়বদু মসিবা ? ফজবা দলান নীংথিরবা খুৎসেমগা মায় পাকপা তান্নবদুরা ? ঐগী ঈরমদদি কদায় ? ... ঐগী খূদাং পায়রকই ঙৌরোক ঙৌবী ব্রাং চাউরবা জোরজিনানা (ঐঙোন্দগী ব্রাংবা হেল্লি। মপোপ মতাং নীংথিজে। মাগুম্বী নুপীদি ঐনা ফিলমদা করিদা উখিবদগী হেন্না অমুক্তা তাইবংদা উখিদ্রি।)। খুৎক খুৎক কোৎসিন্নদুনা চৎমিন্নে।

নোংমা জোরজিনানা হায়, 'নঙসে য়াম্না পঙ্ঙী।' ঐ সাউখিদে। ঈরমদা নুপী অমনা হায়বা ওইরম্লগদি, উসিৎমন্দে হায়দুনা ঐহাক কৌনরমদবা য়াই। মহাক্না হায়রকপদদি ঐহাক নোকপদং নোক্লগা তোকখি। মাদি মখা তারকই, 'হোরেলদি জগোই য়েংলুসি। ঙসিদি সুতিনি। নোংমাইজিংনি।'

'কদায়দা ?'

'নাইট ক্লবতা।'

'ঐ মকম খঙদে।'

'ইয়ু সিলি পিপল। ঐ লৌরগে।'

কৈগীনো খঙদে, মানা ঐবু হেক হেক চৈ। অদুগস্ ঐবু য়াম্না মরুওইবা মীগুম ইকাইখুম্নে। ঐবু নুংঙাইহল্লি। নুমিদাংব্রাইরম মাগী মুরৈনবা কারদু পুরগা ঐবু লৌবা লাকখি। ক্লব চৎমিন্নে। নুপা নুপী হকচাং পায়নদুনা নপ্পা নপ্পা সাবা জগোই য়েংবদা ইসাসি পুমপেল পেনখি। ঙাইহাক লৈরগদি মাসু জগোই য়াওসিনখি। ইথন্তা ফমহৌই। তম্বুরকই। তানজাদুদা ইনাক্তা চংলক্লুনা 'জগোই সামিন্নসি' হায়দুনা ঐগী খূৎ পায়দুনা চিংলখি। ইকাইবা পোকই। মীমাং থোক্লা চোপ্লগনি ; পক্লীংদা চিংনজে। হেন্না ইকাইরকই। হায়দোকখি 'ঐ হৈরোই। হৈগদবা মান্দে।'

'অদু ওইরগসু ঐ নঙগা জগোই সামীন্নদবা যাদবনি।'

'ঐবু কমদৌনা সাদোইনো ?' ঐসু হংখি।

'নসাদা নোম্মু। মীগী মখোঙদা নঙগী নখোঙদুনতা কাউরুনু।' মহাক ঐঙোন্দা ইনসিনবগুম হায়রকই। ঐ য়াবা তাখি। লৈ লৈদুনা জগোই সামীন্নে। মাদি ঐগী ইতৌদুদা নোকখি-নোকখি তৌরদুনা মাগী চিনবান্না ঐগী চিনবান্দা সোক্নদবগী হেক হেক তৌরকই। ঐ ইকাইদুনা তৎতনা লৈথোকই। ইতৌদুদা মহাক ঐবু কন্না কন্না কোনসিল্লগা করিনো অমা তৎতনা তৌরকই। হৈনখিদে। ইথক থক্কৎলি। মীঙোন্দা থেংদনবা খোঙ থাংবা হোৎনবদা মঙোন্দা কাউখি। য়াম্না নাবগী চৈনা অমা খাংখিবগুম তৌই। মখোঙ তেকখিব্রা খঙদ্রে। মদুদা খন্দুনা লৈখি। নোংঙানবা ঙাইঙমখিদে। পূক্লীংসি নুংজুক নুংজান্ননা লৈখি। অঙনবা অয়ুক্তা উনরুই। বেন্দেজ য়েৎতুনা লৈরম্মী। করিসু ইনৎ নৎতবগুম ময়া ইখি খিগৎলকখি। ব্রারী নুংঙাই নুংঙাইরবা কয়া সারকই। চৎলমদাইদা কার্দ অমা পীরকই। ইরম্মী।

"ব্রিমিন আর রেদি ব্রেন দে সুদ বি রেদি বদ মেন সুদ বি রেদি এভ্রিব্রেয়র।"

কয়াদা খেন্নখ্রবা ঐগী সুনিতাগা ? মাদি ঐঙোন্দা ব্রা কন্না ঙাংজবা ঙমজদবীনি। নুপা নুপী খায়দোক্লস্বগী অর্থ য়াম্না লৈহল্লি। কয়াদা খেন্নখ্রবা ?

সাইকল কন্না ওৎখৎলকই। মোইরাংখোম য়ৌরে। পুঙ অমা লৈ। স্কুল লৈ। ঙসিদি য়াম্না লাংঙী। নুমিদাংব্রাইরম অসিদা করিগী অসুক য়াম্না লাংলিবা ? হিদাক থকপা মী মখৈ পুলিসনা ফাখি। উখাক ফজনা নৈখাইখি। মীনিল লৈরি। সেরিন অনী অহুমসু পুঙ মথক্তগী ফংঙী হায়নৈ। চুম্লিদ্রা ? পুঙ মথক্তা কনা লাইয়েংলম্লিবা ? মীনিল লৈরি। লাল মচা অমদি তাখি হায়নৈ। উহৌবা অহল অমনা তম্মী। জপাল লাল নীংসিংলকই। অসুম্না হেক তৌবনি। ঙহানব্রাই তমহৌবা কয়াদু কাউথোকখিবা তারে খন্দুনা তম্লিমাম্লে। হৌজিক্কী

*সিফায়সি খরদি হৈরে।*

*মাদি ঙাংহৌরি। থোইনা তারমদ্রে। অদুম থৌরক্লে।* মীৎনগা ইফৎ ফৎতবগা য়াম্না মমসিল্লক্লবদি ৱাননবনি। অদুবু হেক্তা য়াদে। মমসিনবনা অসুম্মক হেল্লকই। খজিক্তং খুৎলৈ থুনা ওৎখৎলুবদা, 'কদোমদনো? চৎলিবসিবু কদোমদনো?' খঙ্ঙী। খোল ৱাউরবনিনা পুলিস সোয়দনা ওইরমগনি।'

'ইবুঙো কৈদৌরবা?'

'অমুক্তা কুমথরকখো।'

'কৈগী ওইরবনো?'

'পৈসা মুনগেনে। কদায় চৎলুবনো?' ৱাহংসিদা মাগী চিনবান্না ঐগী চিনবান্দা থেং-গদবগুম য়াম্না নকসিল্লকখি। ঐ নুপীসু নৎতে। অহনসু ফন্না ওইরবনি। ফন্না সাউনীংখি। করিনো তৌরিসিবু? ফ্রি সিতিজন অমদা চৎকদবা লিচৎতুরা?

'মসি খামদেনে। হায়, ননাদু তাদ্রা? কদায় চৎলুরিনো হায়বনিনে?'

'অস্বাইদা। কৈথেল কারুবা।'

'ঙসাইনা কোক খুম্বা য়াদ্রো? মতম কয়া মাংহল্লবনো? ফরে। চৎলো।' কয়া নুংসিখিদ্রবনো? মমায়দুদা কীন মচাসিনা অমুক্তং তাসিন্দুনা ... ।

গারি তোংখৎপদা গদ্রক লাউই হায়দুনা য়েংলুববু, মপাদু উখাক ফজনা লাওনা হোদুনা লৈরম্মী। নীংসিংলকই নোংমা ইমান্নবা অমগী য়মাঙ অনী তেকখিবদু। রোমদদি মদু লৈতে। কেবিনা নোংমা কোইরুসি হায়দুনা মাগী বাইক মনীংদা ঐবু হাপচিল্লগা পুই। ঐ কি। আইত্তি য়ৌনা লৈখৎলকই। ঐ অমুক্তা তোংখিদ্রি অদুগুম্লবা মওংদি ফন্না কিখি। নৎতে তোংখ্রে । ইম্ফাল এয়ারপোর্ট রোদতা। মদুদি কারদনি। ঐ মঙোন্দা কিন্না কন্না কোনসিল্লি। মাদি হায়রকই, 'মসে ফমুং নৎতে। খরা হচিক লাংনা ফম্বা তম্মু।' চুম্মী। মফমদুদদি খরা হাংবা মফমদদি কন্না অমৎতনা মদুদগী তানা থৌনদে। চপ চাবা মসাগী স্পিৎ ওইরম্মী। ঐতনা কিজবা ওইরম্লে।

নোংমসু, ফি সুগে হায়দুনা অচৌ অচৌবা সাইজ ময়াম অমা পানবা, ৱাসসিং মেটিন হায়না থাবা উপু অচৌবা অমা মখুম হাংদোক্তুনা ফি ময়াম হাপচিল্লুই। অদুগদি মুৎথৎপসু হৈত্রে। মনম অমসু নম্লক্লে। কাইনথংদা মেন সাইজ থিংজিন্দুনা য়েংলুবদদি, ঐদি ফি অচোৎপা কংহন্ননবা মেচিন্দুদা অকংবা ফিসিংদু সুগে হায়দুনা লুপসিল্লুরবজাৎনি।

চুম্মী। মফমসিদসু পূম্নমক ফংঙী। অমৎতা ৱাৎতে। খেন্নবদি লৈ। হেলোইগী সংসারগা, তাইবং মীওইপোক্কী সংসারগা। কুনসুবা চহিচাগী সক্তমদা লৌনম তৌরবা মায়খুম মমগী মমি। মাগী সক্তমদা মমাং মনিং ওস্থোকনরবা মমি পরেং। পরেং লেংবগী অরোয়বা মমৈদা মকোক থংনীংবগী ৱাথোক। কাখৎফম খঙদ্রবা সিরি থাক।

অদুবু থিরি। মাংদা তৎতনা কুফেৎ কাফেৎ ঙাল্লরিবা লাম্মৈ থানবীগী মৈরি। হেলোই থিনবা মন্ত্র অমগী মতেং ঐহাক নিখিগনি। নোংমতং ওইরবসু কে-কু ফোংননবা লম্বীদা ঐহাক কারুখিগনি। 'নঙলা নোংমা ঐঙোন্দা করেম্লবদু?' ঐ হংলুখিগনি। সক খঙদোক্লুখিগনি। মনাতোন অতুম্বদু অমুক্তং ওইরবসু ঐ খুজিন্না সিক্লুখিগনি।

**চান্দিগর**

**১৮/৬/'৯৩**

# ঐগী হক

ফৈ। ঐ সাউদে। নঙনা ঐগী হেক লৈজবমখৈ লৌবীখ্রে অদুবু ঐবুদি পীবীরম্লেদনা। হৌজিক্তি ঐ নুংঙাইরে। নাখৈ সেংলে। কনাগসু অমুক য়েৎসিন্নররোই। নঙনা মুনবিরম্লবা ঐগী সক্তমসে থাদোকপীরম্বগী থম্মোয়দা মঙাল মচা অমদি লৈরি। মুৎসি-মুৎসি সেংফাৎতনা, ময়েক সেংদনা অসুম ঙালখৎলকই।

হক? ৱাইহেসে ঐঙোন্দা মঙাল চাউনা থম্মোয়দা পুদুনা লাকখিবনি। মঙাল মাঙখি। মতমদুদা ঐগী অরাপ্পা খুঙ্গংগী ফজরবা ৱারী কয়া তারগা নঙগী নুংঙাইজবি হায়বদু ওইখি। মদুদা খ্বাইদগী নুংঙাইবা ঙম্বা মীওইদু পৃথিবীসিদা নঙনি খনখি। নঙ ঐগী অয়াম্বা সমজিন্নফম থোংসু মদুনা ওইহনখি। 'লমসিগী মহৌসাগী খ্বাইদগী ফজবা অমসুং মরুওইবা মফমসু মসিনি। তঙাইফদনা ঐখোয় মফমসিংসি খঙফম থোকপনি।' নঙনা ঐঙোন্দ কয়ারক হায়বীখি। ঐবু হরাওহনখি। মতমদুদা নঙনা ঐগী ৱারী তাগদবগী লীনবতা হায়খিবদো ...। ঐসু লীখি। ৱাখিদে। অদুক কুইনা ঙাংবা ৱাঙাংদু ঐ নুংঙাইখি। ৱাঙাং কয়াদুগী অসেংবা থৱায়দি নঙনা ওইখিবনি।

ইকুই কুইদনা ঐখোয়নী লুহোংলে। ঐ নঙগী ওইখি। নঙসু ঐগী ওইখি। অমৎতা ওইবদা মপুম ফাদ্রবা য়েঙ্গোক্লবগী লম্বী অমদা চংসিল্লবনি খন্না ঐনা কয়াদা চাউথোকচখিবা? অমদি ইসানা ইচং চংসিল্লুদনা সমাজনা তোঙাল্লবা মরী অমা হাপকৎপিরকখি। থদৎপা ঙম্লরোইদবা মানবা কিসি তপ্না-তপ্না কিসিনবিরকখি। অসিগুম্লবা মরকসিদা কদায়দগীনো মফম ইখঙ খঙহৌদনা সনাজাউবি লাকখি। মঙলাক্লবা হৌখি। ঈসৈ তারম্বা পৃংফমদা ঐ খংপ্রেক খংখি। কপ্নীংবগী ইহৌ অমা পৃদুনা মেঙলবা থম্মোয়দা মকসিনবগী মমি অমা তাহল্লে। লুহোংবা! লুহোংখিবা? পৃংফম অমদা সেমখিবা মরী ওইরুবনা, পৃংফমদুমক লোইখ্রগা, পৃংফমদুনা পুসিন্দুনা থম্লম্বা মরী, খূমজিনফম থোকপা সক্তমসিং পূম্নমক মাঙখিবা তাব্রা? মদুমক মাঙখিদ্রগসু সনাজাউবী লাকখিবা মিৎকুপ্পুদগী অহোংবা খরদি অসুম্মক উবা ফংখি।

নোংমদি মহাক হায়রম্মী।

'থম্বাল, পুক্সিদা নঙগী খোঙ্গুনসে ইফমদা তারমদ্রবা ঐহাক করি ওইরমগদগে। খঙদে।'

'তামোনা হায়দোরকপসিমা ...।'

'অসেংবনি। নঙ থেংনরমদ্রবদি ঐ ঙাউদুনা সোয়দনা চৎলমগনি।'

'ঐনসু তামোবু য়াম্না নুংসিজে। লাইজ য়াওদনা থম্বালনা লৈবা ঙমদবগুম তামোবু ঐগী লাইজ অসুম্মক ওইহন্নীংই। অমুকসু থম্বালগী তারিবা মমিনা ঈয়াইদগী খাইদোক্লুবা য়াদবগুম ইফমদা মসিগী মমি অসি মতম চুপ্পদা অসুম্মক তাদুনা লৈহন্নীংই।' ৰাহৈসিংসিদা মানা ঐবু কয়াদা নুংসিনা কোনবিখ্রবা!

মতমদো য়াম্না নুংঙাইখি। পুন্সিদা খাইদোকপা য়াররোইদবা তাঙ্কক অমা ওইখি। মসক মমিং থোন্দবা থৌদোকসিংদুনা থম্মোয়দা কোকনাইদনা মমি অমা তাহল্লে। ঙসিদি থম্বালসু কেনখ্রে। লাইজসু কংখ্রে। ইকং কংলবা লমহাং ওইহৌরে মতম অমগী চাউরবা ইপাক্তু। থাজবদি লৈরি। ৰাখলদগী লাপথোকখ্রো হায়বা ইন্দ্রি। ইসাবু ইসানা নীংঙমদনা ৰাকৎচরি। নঙ চৎখ্রো। ঐ লৈহৌরো। ঙরাং ঙসি! মপুম ফাখিদ্রবা থরো-থম্বাল কেনখ্রবসিংগী ৰারী থম্মোয়দা হন্না লীজরি। ঐনা ঐবু থেমজরি, ঐ অমা লৈহৌননবা। মাদি ঐতগী ওইদ্রবনি য়ানসিন্নরবনি। কাউবা ঙমদনা খোঙ্থাং য়ৈররি। ঐনা মাবু থাজরুবা ঐসে কয়াদা পংলম্লবা?

সনাজাউবীসু উরমদনি। ঐনা করি তৌবা? ঐসু উই। য়ুম অমৎতদা লৈমিন্নরবনিনা য়েংসিলুদ্রবসু অসুম উই। মাগী মওং-মতৌ, মরমচৎ। মরক মরক্তা তাই।

'তামোনা মাবু খাইনখ্রে হায়বদাই।'

'অদো খাইনরমদ্রে কৈদৌরগে? তানীংখিদ্রে নঙসিদি।'

'করিগীনো ঐঙোন্দা অদুক য়াম্না ওইদবা ঙাংবিরিবদুবু?

'নঙনা য়াননবা থেল্লিবনি হায়রেদনা।'

'মদুনদি ঐবু য়াহনবা ঙম্লোই। মা তাঙ্থোকখিগদবনি।'

'নোংমা নিনিতদি ঙাইখো।'

'নোংমা নিনিগা অমৎতা ঙাইবা ঙম্নরোই।'

'নঙসু তাঙ্থোকপা য়াদ্রা?'

'চো!'

'নঙসু য়ুমসিদা ঐগা মান্নবা হক অমা তাল্লক্লিবা নৎত্রা? নঙ ঐ হক মান্নরগদি নঙনা কন্না অমমুক য়ুমসিদা কিফম লৈরি?'

'অদু ওইরগসু।'

'মান্নবা মওংদা লৈমিন্নরগদি পূন্নমক মান্ননা লৌগদবনি। অদুদি নৎতনা ঐখোয়-নখোয় মান্নরবনি নখোয়না করিসু হেন্দ্রে হায়দুনা থবক তৌথোক্লগা, মদুদা থোরকপা অফ-ফৎতগী দাইত্বনা ঐখোয় পুবা য়াওরোই। নখোয়না সরকার পায়য়িবনি, প্রজা ঙাক সেল্লিবনি, নখোয়না দাইত্ব পুফম থোকই হায়রসি য়াম্না লানবা মিৎয়েংনি।'

'তামোনা হায়রিবসি ...?'

'নৎতে। রাজনিতিগী ৰাবু হায়জরিবা?'

'অদুদি অসুম্না অসুম লৈরগদ্রা?'

'নঙসু খল্লু। নঙসু মীনি।'

ঙসিদি য়াম্না চয়েৎনরে। তং-তাদ্রবা পুন্সি অমা ওইররে। কন্নানা কন্নাবু চয়েৎনহল্লিবনো?

ঐনা মখোয়দা য়েৎখ্রব্রা? নৎংগা মানা ঐঙোন্দা লাক্লগা য়েৎলরিব্রা? কনানা চয়েৎনবা হৌররিবনো? চুম্মী! ঐদি য়ুমগী নুপীনি। সেন থোক্তে। হৌজিক্কি মতমসিদা নুংঙাইরবা মোল্দ্রং অমা সাগৎপা মতমদা মসিনা মাঙ থাদুনা লাক্লবা মতম্নি। মসিগুম্লবা মতমসিদা য়ুমগী নুপী হায়বগী মিংথোলসে অসুম অসুম মমল হল্থরকপা হায়বসি মসানা তারবা ৱাফম্নি। পূম্নমকসিগী মায়য়োক্তা মমল কাহন্ননবা ঐ করি তৌবা তাই?

'থম্বাল নঙসে ঙসিদি ৱা ঙাংনবা য়াম্না নুংঙাইতে।'

'তামো, ঐগীসু নীংঙমদবদি য়াম্না লৈ।'

'মদু পূম্নমক ঙাইখো। নঙ সিদা লৈবা ফৎতে। নুপীনা মপামদা হন্দুনা লৈহনবসি ঐহাক পামদে।'

'তামোনা ঐবু ইপামদা লৈহনবা পামদবদুদগী ঐনা হেন্না পামদে। অদুবু ৱাহং অমখক পূক্নীংদা তৎতনা লাকই। থম্মোয় ফাথবা ঙমজদে। তামোনা ঐসে তামোগী নুপী অহলনি হায়। ৱাহৈসিদা কনাগসু য়েৎসিন্নদে। ঐ নুপীনি, য়ুম পাল্লে। মসিদসু য়েৎনবা লৈতে। য়েৎনরিবদি ঐবু তামোদা কনানি হায়গনি? ঐতগী ওইহনবা য়াদে। ঐখোয়গী হায়বা তারকই। মসিমক ঐঙোন্দা য়াম্না চাউরবা পোৎলুম অমনি। য়েন্নবা য়াবা পোৎসক্তা য়েম্থোকনবা ঐহাক করিসু হায়রোই। য়োম্থোক্লবা য়াদবা পোৎসক্তা য়েম্থোক্লসি হায়রক্লগদি ঐগী খাংঙমদবা খরা লৈ। ঐ লৌথোক্লগা মহাক অমদি তামো লেমহৌবনা হেন্না ফরব্রা খল্লি।'

'নঙ নুপীনি। মদুই মথক্তা, ঐনা নঙ লুহোংখিবসি খাইনগে খন্ন লুহোংখিবা নৎতে।'

'নুপীনি হায়বীদুনা পুন্সিদা পামজবা খনজনবগী হক অমূক মুনবিরগনু। মীওইবা খূদিংদা ঐ হায়বসে চঙদ্রবা য়াদ্রবা পোৎচঙনি। মসি লৌথোকখ্রবদি পুন্সি লৌথোকখিবগা চপ মান্নে। ঐ হিংদবদি ঙম্মী। মসি পিথোকখিবদি ঙম্লোই। ঐসু তামোদা লুহোংখিবদু তামোগা খাইনগে খন্দুনা লুহোংখিবা নৎতে। নুপানি-নুপীনি খায়দোক্তুনা পুন্সিদা ওইজবা খনবা অমসুং মাংজবা লৌবগী তাঞ্জাদু ঐহাক মমাংদা ফনা থেংনখ্রে। পুন্সিদা অমূক হন্না লৌখিদে খনজদ্রে।'

'মদু পূম্নমক্কী মথক্তা ঐগীসু খরা খন্থবিবা ফৈ।'

'তামোগী খনবদুননি ঐনা হায়রিবসে।'

'ঙসি নঙ নথম্মোয় য়াম্না কনসিল্লে খঙলে। অদুবু ঐঙোন্দা ৱা হায়নন্নবগী তাঞ্জা খরদি অসুম্মক পিখো।'

'মদুদি ঐনা তামোদগী মুনবসু পামদে।'

'ফৈ! নঙগী থম্মোয় কনসিনবা য়াবা-মখৈ কনসিনখো। ঐসু নঙবু পেৎহনবা য়াবা মখৈ পেৎহনখিগে।'

মহাক (ইপুরোইবা) ঐহাক্কি লৈনরিবা ফিভমসি করিনো? ফিভমসিদা লৈনরিবা মরীনা করম্বনো? মহাক ঐগী মীচৈ তাখি। ঐবুসু চৈনা পিজদুনা মাবু নুংঙাইহনখিদে। থম্মোয় কনসীনখ্রবী অমগী পান্দম ঐহাক লৌখি। পেন্দবা কয়ানা তৎতনা ওৎলৈ। নীং-তমখ্রবা য়ুম পান্দ্রিঙৈগী পুন্সিগা য়ুম পাল্লবা মতুংগী পুন্সিগা অসুক য়াম্না খেন্নব্রা? মীগী-মী হায়বসিদা করি অহোংবা অমা লৈদুনা অসুক য়াম্না খেন্নরম্লিবনো? পোৎথাফম খঙখিদে।
ইমান্নবি ময়াম, তোম্বী, চাউবী, মেম্মা ...(লৈসারিঙৈ) চাক চানখি। কাওবা ঙম্লোই। অমনা

অমা হায়। অমনা অমা ঙাঙ্ঙী। তানখিদে। লাঙমিন্নখি। নোকমিন্নখি। নুমিৎ চুপ্পা অমা লোয়বা নাইখিদে। অমনা ৱাহৌ অমা হেক্তা হৌদোরকই।

'তোম্বীদি ময়ুম পানগদবা মান্দ্রে।'

'উম! মীঙোন্দা লৈরুগদবা ওইরবদি তম্লি। ঐঙোন্দা লৈরগে হায়রগদি কৈসু কায়দে।'

'ই! নঙগীদুদি ..?'

'নুপানদি নুপী থিবা য়ারগা, নুপীনদি নুপা থিবা য়াদ্রা? রাইত মান্নরবা যুগনি। রাইত লৌহৌগদবনি। রাইত পিথোকখিগদবা নৎতে। নৎত্রগসু য়ুম পানমিন্নসি হায়রগদি খরা য়াবা ঙমগনি।'

'ইবেম্মা নঙসিদি ...।'

ময়াম মঙোন্দা ঙক্লা য়েংনখি। কনানসু করিসু হায়রুদে। কয়াদা নুংসিরবা? অসুম নীংসিংহল্লি তোম্বীদো। স্কুল কামিন্নখিবা। মঙাও থিবা মতৌ। নুপা মানবতনি মানা তৌবা হৈবসে। নুপী মানবদি কয়া পামদে। তৌবসু তৌথোরক্তে।

'তোম্বী, নঙনা তৌথোরকপসি নুপা য়াম্না মাল্লি।'

'হে! অদুমাইনা নুপা নুপী খায়দোকচরুনু। নুপানা খুদোংচাবা লোয়না মুন্দুনা লৌজখিনি।'

'অদুবু পৃথিবীনা হেক লৈসেমঙৈদগী নুপা নুপী হায়না খায়দোক্তুনা থম্বিরম্লবসিদি।'

'মসি মীসিদি! মদু য়াদনবা মীগী-মী কোক হায়রগা লোয়রে। মী হায়খ্রগদি নুপানি নুপীনি নম্বর থেৎলরোই। নম্বর থেৎত্রবদি কদায়দগী মসিং থীবা য়াগদগে? মসিং থীদ্রগদি অচৌ পিসক হন্না অমুক লৈররোই।'

'নঙগী ৱাতাসিবু কনানা তম্বিরকপগে?' ঐসু হংখি।

'ৱাখল খন্থবদবু কনানা তম্বিবা তম্বিদবা হায়দুনা অমমুক লৈব্রা? অদুম খন্থরগা থোকপা পোৎনি। নঙসে, ঐদি হায়রিসিনি, থম্মোয় থরাং হায়দুনা নপুক্লীং পিকথজনবা য়াম্না তৌজরুনু। ঐ নঙসে য়াম্না নুংসি। মাঙহন্নীংদে।'

'মদুবু য়াগদ্রা? জগৎ সেম্বিরকপদগী নুপা নুপী হায়না খায়দোক্তুনা থম্বিরম্লবনি।'

'অদুবু নঙনা হায়রিবা জগৎতুদি অনী সুদে। অমৎতনি। জগৎ হায়খ্রগা লোয়রে। অনী সুদবা মফমসিদা লৈমীন্নরগা করিগী অনী থোক্লা খায়দোক্লুগদৌরিবনো?'

'হান্নদা অনী সুরম্লবসিদি, নুপা নুপী।'

'অদুম্না খনবা তারগদি, অনীসি সুপুন পুনসিন্দনা লৈমিন্নবা ওইথোক্কদ্রা?'

'ই! নঙগীদুদি ...।'

'তু! অদুনি। অনীদুনা অমৎতা সেম্মিন্নবনি। মরৈ তৌনদুনা কান্নদে। পোৎসক অনী পুনসিন্দুনা অমখক সেম্মিন্নরগা অনীদুদা অমনা অমনি, অমনা অমনি হায়দুনা য়েংলুবগী অর্থ থোক্তে। ঐখোয়না য়েংগদবসি পুথোরক্লিবা পোৎসক্তুনি। হান্না তিন্নদ্রিঙৈগী পোৎচাকসিংদু নৎতে। নঙগীদু কান্নদবা ৱানি।'

'মসিদা তিনসিন্নরিবা মওং অসি হেক্তা য়ানসিন্নবদি নৎতে। মসা মসাগী ওইফম থোকপদু অসুম্মক লৈহনবনি।'

'নঙসে কান্নদবদা মরৈ য়াম্না য়েৎলি। ঐনা নঙগী নুপী ওইবগী মতৌদু মাংহল্লু হায়ব্রা? ঐসু ফনেক সেৎলিবসিদি। মদু নতে। নুপী ওইবগী মওং মতৌদু লৈনা লৈনা নসাবু মীঙোন্দা

পিথোকখিগনু হায়বনি।'

মাগা কৈদৌঙৈ ঙাংনবা ঙমখিদে। মানা চুম্নবা হেক্তা ওনখৎলকখি। ৱাহৈ কয়াদুদা জ্ঞান তাদবা কয়া অমসু য়াওখি। মতমদুদদি তানবসু থিরুদে। ৱাখল মান্নদবনিনা খন্থনবসু লাক্লরুদে। ঙসিদি পাম্মুরকই। মতমগী অওনবদা ঐ ইসামক য়াওসিন্দুনা লৈরম্মী। খাম্বা ঙমদে। পূক্নীং নুংসিরকই। পামুই সোঞ্জদুনা তোকপা তারকই।

'থম্বাল, নঙ য়াররোইদ্রা?'

'ঐ করি খুমগদবনো খঙদ্রে।'

'ফিভমসিদা নঙ খরদি খল্লু। ইমাদো মসা য়াম্না সোল্লে। নঙদবু সোন্দুনা লৈ। নঙ য়াওদনা ঐ য়ুমদা হনখিবা তারগদি ইমা করি ওইগনি হায়বা ঙমদে। ঐগীদি করিসু খন্থদ্রবসু নঙ ইমাগীদি খরা খন্থবিবা ফৈ। মানদি নঙসে মচানুপীগুম নীংঙী। মচানুপী য়াওদবগী হৌনবী নঙতবু সোল্লি।' 'ইমাদি ঐগা তামোগা মরী লৈনরকপদগী মরী লৈনরকখিবা নৎত্রা? হৌজিক্তি ঐঙোন্দা তামোদি লম্লানবনি।'

'নঙগীদু লেপ্লব্রা?'

'ঐ খঙদ্রে। ঐনা খঙবদি নঙসে মীওৎপনি হায়বতং খঙঙী।'

'নঙনা অসুম্না থম্মোয় কনসিল্লকপসে, ঐ থাজদে।'

'ঐগী থাজবসু তামোনা মাঙহনবিখিবনি।'

'সোয়খিবা থৌদোক্তুদা য়ূম্মক্ম ওইদুনা ৱারৌনরগা ৱারী সান্নবা তারগদি নঙনা মতম খূদিংদা চুমদুনা লৈরগনি। ঐ নঙোন্দা য়াম্না লানখি। নুপী ওইবিগী গুন্দি ঙাকপিহৈবা হায়বসিনা লৈতেং ওইগদবনি। তসেংবনি ইমাদো মসা য়াম্না সোল্লে। হেঞ্জিনখ্রগদি অরোইবা ওইখিবসু য়াই। মতুং লাকত্রগসু ... অরোয়বা, উপাই লৈতনা হায়জবনি খন্না মসিমদি য়াবিয়ু।'

ইমাদু ঐবুদি মচা নিংঙোলগুম লুনা তৌজবনি। ঐনা য়ুমদু থাদোক্লমদাই মাবু খু রুম্লম্মী। কাওবা ঙম্লোই। নুংসি। মাগী ৱাহৈদু, 'ইমা ঐ চৎলুখিগে।' ঐনা হায়রুই।

'ইমাদি নঙবু চৎলু হায়বসু ঙমদ্রে। অদুগা খামগদবসু ইচানুপানা লাল্লবনিনা ঙমদ্রে। নপূক্নীংনা চপ চানা লেপ্লবা নৎত্রা? ঐনা হিংলিমখৈদি ইমৌবু কোঞ্জনীংবনি। তল্লমদ্রমাল্লে। করম্বা বিধীগী নোংদম্লো খঙদে। অদুবা ৱাহৈ অসিখক্তদি হায়গে। সংসারসে নুপানা য়েংবা মিৎয়েংগা, নুপীনা য়েংবা মিৎয়েংগা মান্নবা য়াদবনি। ঐদি নখোয় লাইরিক নুংলিক্কী হক নুংদি খঙদে। ঐনা চহী কয়া পুন্সিরকপগী মসিমদি হায়বা ঙম্মী। হোই! মান্নবা কয়া য়াওরম্বা য়াই। মদো মিনম্বা নৎতে। অদুমকপু নুপীদি মমা ওইবগী হক য়াওনা পোক্লরুবনি। অদুগা নুপানা মপা ওইবগী অধিকার ফংদুনা লাক্লবনি। অধিকার অনীসি খল অমৎতদা থাঙ্গৎতুনা থম্বা য়ারোই। তোঙান তোঙান অসুম্মক লৈরগদবনি। মসি হায় হায়দুনসু খল অনীসি অমনা অমদগী লুম্বা হেল্লি হায়বা নৎতে। অমনা অমগী মহুৎ সিনবা য়ারোই হায়বনি। সমাজ অমদা অনীসি পুন্না খন্নাংনা লৈমিন্নরবতদা চাওখৎপা হায়বদু ওইগদৌরিবনি। য়াম্না লান্না য়েংবা মিৎয়েং অমদা য়েংদুনা ইমৌনা সংসারসে লান্না লৌখিবদি ঐহাক লৌহন্নীংদে। লৌরম্লোই হায়নসু খল্লি। ঙসি ফাওবদা ঐহাক ইমৌদা লানবা লৈত্রগদি নোংমা নৎত্রগা

নোংমা নঙ য়ুমসিগী মৌ ওইনা অমুক হল্লকখো। অদুগা নঙনসু ইনেমদা লান্দবা ওইরগদি নপুক্লীংনা চপ চানা নীংলিবদুমক থুংবা ওইসনু।'

মতমদুদা ঐহাক য়াম্না কপখি। পোৎথাফম খঙখিদে। পুক্লীং লাকসিনবা ঙমদনা, থম্মোয় হায়বসে সোম্বতনা মাগী মথৌরা হায়দুনা কয়ারক হংজখি। পামখিদে। থম্মোয় কনসিন্নবা হোৎনখি। ঙমখিদে। খেন্নবা কয়ানা য়োম্লবা পুন্সিগী মসক কয়া উরকখি।

'নঙ খুমদ্রেদনা?'

'ঐবু করি খুমখো হায়রিবনো?'

'নঙগী অনীংবদুদি হায়বা য়াইদনা।'

'নোংমা নিনি লৈরগা হায়রগে।'

'ফৈ। ঐ অমুক লাকখিনি। মদুদা নঙনা পামজবদুদি ফজনা হায়বা ফৈ।'

মহাক চৎখ্রে। চনৈনবা অমদি অসুম্মক থম্মোয়দা লৈরি। খনফম খঙদে। নীংজিং মাঙজিংনবতনা পিক থলহল্লি। মাগী পুন্সিদা নুংঙাইজনবা তাল্লকপদা ঐগী পুন্সিবু হেক হেক মিৎয়েং তারকপগুম খন্দবা ঙমহন্দে। ইমা ঐগী নাক্তা তপ্না চংলক্তুনা হংলকই, 'ইবেম্মা, করি হায়নখ্রে?'

'ইমানা হায়রিবসিবু করিনো?'

'মুন্না ৱারী সান্নহৌদ্রব্রা? করি নুমিৎতা লৌবা লাক্কনি হায়রম্মী।'

'ঐ চৎলরোই।'

'নঙ মনুং কনমল্লি। মদু ফৎতে।'

'মীদি মী ওইনা হিংবা ফৈ।'

'নখোয় নহারোলসিংসি ঐখোয় খঙদ্রে। নঙনা সিদা সুম লৈবদি ফৎতে। নঙসু খরা খন্থবা ফৈ। পুন্সি হায়বসি মনিঙ হল্লক্লরোইদবা পোৎনি। নঙ মুন্না খল্লু। ফৈ খল্লগদি কায়দে। মীগী মিৎয়েং হায়বা অমসু লৈ।'

ঐসু পামদ পামদনা য়ুমদা হল্লকখি। পিকথরক্লবা থম্মোয়বু চাউথোকচনবা তৎতনা হোৎনখি। য়ুমদা অবেচো ইহান হান্না থেংনৈ। হেক উবগা 'নেনে লাকএ। নেনে লাকএ।' হায়দুনা হরাওনা চেনসিল্লকখি।

'নঙদি য়াম্না চাউরম্লেনা।'

'নেনেনা হায়রিসিবু ঐবু সুম পিক্তুনা লৈয়ু হায়রিব্রা?'

'মসি অঙাংসি মরৈ তৌবা য়াম্না হৈরেনা?'

'মদু লাক্লবা ঙমদ্রবনি। ইবেম্মা নঙদি কৈদৌবা লাকপনো?'

ইনম্মনা হংলকপা ৱাহংদু ঐহাক খুম্বা ঙমখিদে। করি খুম্লুনি? তুমিন লৈখি। ইনম্মসু পাউখুম খঙলবগুম তুমিন লৈখি। অবেচাদি মখা তারকই, 'নেনে, নখোয় ইম্ফালদি অমগা অমগা য়াম্না নক্লরগসু খঙনদে হায়। চুম্রা?'

'কনানা হায়রিবা?'

'স্বাইদা লোয়না হায়নৈ।'

'মদুদি মসা মসাগী থবক চিন্নবনা ওইরমগনি।'

'য়েঙঙু, কনখৎলক্লিবসি। স্মাইগী মীসিংদি থবক সুদে হায়বগী ৱারা?'

'থবক সুদে হায়বা নৎতে। সুবা মসু খেন্নবগী ৱানি। স্মাইদা সুবনা পুন্না লৌরাং সুমিন্নবনি। ময়াম ৱা ৱা লাংমিন্নবনি। আদনা চৎথোক্লবনি।

'ইম্ফাল ওংবা হায়বদে য়াদে। লৌ অমা হেক্তা তৌরকই। মীনা হায়নবা চুম্মী। নেনে, নঙনে ইম্ফালদা ওংজরবসু ইম্ফালবুদি থাগৎচরন্নু মহৈ ফংজনি। মরৌ য়াম্না চাউই হায়নবনি।'

'মখোয়সু মীনি কৈদৌরগে?'

'এ! এ! ৱাসিদি য়ৌসিল্লক্লেনা।'

'মসি অঙাংসি ...।' মমানা চৈহৎলি, 'ননেসি ঙাক্তা ইংনা পোৎথাহল্লু। লমসাং লাকপগী ৱারল্লনি। লাকও।'

'তল্লি। নেনেগা লৈহৌখিগে.'

ইমা চংলকই। ইনম্মনা করি পাউ তন্নম্বনো খঙদে। পাখৎপা অমা য়াওবা মাল্লি। পুন্সিগী মিৎকুপ কাংদনা থোকপা থৌদোকপু মসি থোক্লক্কনি হায়দুনা চপ চানা হায়বা ঙম্বা কনা য়াওখ্রবগে? কৈদৌনুংদা তম্বা ঙমদে। ভাবনা সাজিন্দুনা তুংগী পুন্সি অমা সাগৎতুনা, মদুদা কন্না থাজজবা থম্বনা অতোপ্পা অমনি।

'ইবেম্মা, নঙগীসি সেংলব্রা?' ঐ খুমদ্রে। ইমাগী ৱাহৈসি পাউখুম খঙলগা হংলকপদা নৎতনা ৱাহংসিনা ঐগী থম্মোয়বুসু হন্না ওৎপগুম তৌই। ইমাসু মসি খঙব্রা খঙদে, 'নসা নসা উনদুনা অরোইবা অমা লেপনরক্লবা নৎত্র?'

'ঐ মাগদি উনরক্তে।'

'ই! অদুদি কৈগী?'

'ঐ পামদ্রে হায়দুনা অতোপ্পা অমা পুরক্লবা মহাক্ক ঐগা করি অমুক ৱারী সান্ননীংঙাই লৈরিবগে। মাসু মাগী মপুন্সি নুংঙাইজনবা মওং অমদা হোৎনজবনি। ঐসু ঐগী পুন্সি মওং অমদা নীং-তম্না নুংঙাইজনবা হোৎনবা তাই। পামজবা হায়বসে মপান্দগী ইনসল্লুদনা, খঙহৌদনা থোরকপা পোৎসক্নি। মসিদা অমুক ঐগী মীগী লামসিন্দুনা চয়েৎনহনবা পামদে। মাগী পুন্সি মাগীনি। ঐগী পুন্সিসু ঐগীনি। মাগী ঐগী অপুনবা পুন্সি করিসু লৈতে। পূনসিনবা মান্না য়েংসিল্লুবগী ৱানি। পূনসিনবা য়াদবা পোৎসকসিংসিদি খাইদোক্লবনা খ্বাইদগী ফৈ।'

'ঙাংলিবদু করিনো? মাবু নঙগী নুপা নৎতে হায়বা য়াখিগদ্রা?'

'চুম্মী, মহাক ঐগী ইপুরোইবা ওইরম্মী। মীওইবগী মরী হায়বসি পিথোক পিসিন্নি। করিগুম্বা ইমাবু ঐগী ইমা ওইবা তারগদি ইমাদসু ঐসে ইমাগী নচা ওইগদবনি। করিগুম্বা মহাক্না ঐগী ইপুরোইবা ওইবা তারগদি, ঐসিসু মাগী লোইনবি ওইগদবনি। মহাক্না ঐগী ইপুরোইবদং ওইবা অদুগা ঐবুনা মাগী লম্নানবি ওইরবদি ঐসে মহাক্কী কনাসু ওইদ্রবনি। খোঙলৌবতা ওইরগদবনি। মনীংতম্বসিংনা মনীং তম্না থাদোক্কুনা মদুদগী ফংহৌবা লৌসিংনা মসা মসাগী অসেংবা লৌসিং ওইনা হিংবদুসু হিংবগী মখল অমনি।'

'অদুবু নঙগী পুন্সিদুদি চাংয়েং মখল অমদি নৎতে।'

'চুম্মী। পুন্সিসি চাংয়েং মখল অমদি নৎতে। অদুবু চাংয়েংদি মথং মথং লেপ্তুনা অসুম তৌদুনা সিবা ঙাইবসিবুনি পুন্সি হায়রিবসি। মসি নৎতবা করম্বা পুন্সি অমমুক লৈরিবগে?'

'নখোয় লাইরিক হৈবিগী ৱাতাসে ঐখোয়না খঙজ লাকচপোৎ নৎতে। মীনা ঙাংনবা

ঙম্বা মরৈ নৎতে। মতুংদদি ইসু নিঙোল অমৎতা লাইরিক তমহল্লোই। অহল লমনসু অমৎতা লৈত্রে।' ইমা সাউরমাল্লে। ফেৎ হায়দোক্তুনা ইমুং চংখ্রে।

ইখঙ খঙহৌদনা নোংমা খুন্দোন্দা মেম্মা থেংনৈ। কৌরুই, 'ই! মেম্! কমদৌরি কৈদৌবা লাকপনো? কুইরেদা উনখিদবা।

'ঐগীদি লায়রি। নঙদুম কৈদৌরম্লিবনো?'

'নঙসিদি মতা অমনি। ঐদি ইপামদা হল্লক্তুনা লৈবা য়াম্না কুইরে। নঙবু কৈদৌবা লাকপনো?'

'নঙবু অসেংব্রা? ঐবুদি ইমা মসা ঙমদে হায়দুনা লাকপনি।'

'ঐনা হায়বসে থাজদ্রব্রা?'

'থম্বাল নঙসে ...।'

'কৈদৌরবা?'

'ঐখোয়না খল্লি, নঙদি নুংঙাইরমগনি। ইম্ফালদা ওংবনি। মদুই মথক্তা ইকাইখুম্নরবা ইমুং অমগী মৌ ওইখ্রবনি। য়াম্না থাজদে। তৌবগীদি নঙ অমদি তামোনা মরী লৈনরকপদা নঙসে মানা লৌবিগনি হায়বা ঐখোয় কৈদৌঙৈ থাজখিদে। অদুবু য়াম্না পুকচেল চাউনা লৌবিখি। নখোয়নীগী মরীদু কৈদৌঙৈ অমুক থদৎপা ঙম্নরোইদবগুম উখি। মখোয় ইম্ফালসি মওং অমদা নৎত্রগা মওং অমদা হেক্তা মরৌ তৌরম্মী। নুপীবু সান্নপোৎলা লৌনীংলগা হেক লৌবা য়াবা, পাল্লকত্রগা হেক হুন্দোকপা য়াবা সান্নপোৎলা? ঐখোয়দি ঙহানরাই নখোয়নী নুংসিনরিঙৈদসু অসুম্মক হায়খিবদুনি। মখোয়সে মরৌ য়াম্না তৌবা মীনি। কৈদৌঙৈদা মখোয়না খুনগী সিংজা পুবিবু পামদবনি। পামদ পামদ অপাম সাদুনা নকসিন্ননবা লাক্লবিরে। অদুগসু নকসিন্নরে। মসি অতৈ কৈসু নৎতে। ঐখোয়গী চমজরবা পুন্সিবু মাংহনগদবগী লাক্লরিবনি।'

'ফরে, মেম্মা। ঐনা লানবা ওইবসু য়াই।'

'করি? ফবা য়াব্রা? লানবা হায়ববু করিনো? মীওইববু লান্নদবা য়াওব্রা? মসে পুন্সিগী ৱানি। মিৎকুপ অমগী নৎত্রগা থৌদোক মচা অমগী থোক্লগা লোয়সনখিগদবা মফমদু নৎতে। পুন্সিসিদা মৈখাক লৈহৌদুনা চারোল সুরোল ফাওবা য়েৎলবা য়াবা পোৎসক্কি। মসি লায়না লৌবা চুমদে। নৎতে, মানা করি হায়রিবনো?'

'মাদি কৈসু হায়দে।'

'করিসু হায়দ্রগা ... নঙ নয়ুমদা করিগী লাক্কি।'

'মদু ঐগী ৱানি।'

'নঙ ঐঙোন্দা য়াম্না হায়দোক্লীংদ্রমাল্লে। ৱাহংসিনা নঙ ঐবু য়াম্না ৱারৌরম্লগনি। ঐ হংফমসু থোক্তবনি। ঐসু ইকাই। ইচম চম্না সুম হায়বগী ৱানি। য়ুমদসু চঙলুদ্রি চংথোক্লুখিগে। মসিমদি ঐহাক খঙলে। নঙসে য়াম্না ওল্লল্লে।' ৱাহৈসিংসি হায়রম্লগা মহাক য়াম্না থুনা চংখ্রে। ঐনা হন্না কৌবদা মহাক হন্না য়েংলমদ্রে। মাগী অসাউবা থাক লোয়বমাল্লে। চুম্মী। সাউফম থোকই। মীরোল য়ামজদবা খুলসিদা, অচুম্বা, অসেংবা থম্মোয়না অমগা অমগা মনুং মপান হোদোকন্দুনা মীরোল মীরোল হিংলকপনি। অমনা অমবু মীনম্বা মাল্লক্লবা অমদি

অমনা অমবু থাজনদবগী ঈথিল উরক্লবদি, থম্মোয় সেংজবা কনাদি ৱাবৌবা হায়বসি হৌনসানি। অনৌবা নৎতে। মতমদুদসু খুলগী পাখং লৈসাবী অয়াম্বনা মহাকপু য়াখিদে। মসিমক ওইদ্রগসু মহাকপু থাজদে হায়বা অসিমদি সেংলবনি। সহরদগী লাকপা মীসিংনা খুঙ্গংগী মীসিংবু নাকল অমদা নৎত্রগা নাকল অমদা হেক হেক য়েংঙী। মসিনা খুঙ্গংগী মীওইসিংনা সহরগী মীওইসিংবু থাজবা ঙমহন্দে। নাকল অমরোমদনা সহরগী মীসিংনসু খুঙ্গংগী মীওইসিংবু হেক হেক থাজবা মাংহল্লি। মসিননি অনীসিগী মরক্তা ঙসিসু চাউরবা অহোবা অমা অসুম লৈরিবা। মেম্মদি মতমদুদগী ৱারৌবা হৌখ্রবনি। ঙসিদি হেন্নদুম ৱারৌবা হেল্লম্লগনি। অদুবু মসিদা ৱারিবসি মাগী পুন্সি নৎতে। ঐগীনি। ঐদি মপুম ফানসু মাবু সাউজবা ঙমদ্রি। পুন্সিদা খেন্নবা কয়া অমগী মমি অমা ওইনা উই। মীওইবা হায়বসি মা মাগী তোঙাল্লবা মিৎয়েং অমমম লৈনবা ঙাক্তনি। ঐনা কৈদৌঙৈদা অতোপ্পা অমা ওইরুবা য়ারোই। মসিনা মীওইবদা থাজবা লৈরগদি মদুদা লুপসিন্দুনা ঐখোয় ঐখোয়গী পুন্সিসি লুপসিনদুনা হিংবা অৱাবা নৎতে। ঐসু মী ওইবদা থাজবা লৈ। তোম্বীসু সাউদবা য়াই। মাগীসু মী ওইনা থাজবা লৈ। মী খুদিংমক্তা মসি লৈতে। থাজরুদ্রগদি মদুদা অসা লৈত্রে। হিংবদবু অসা চংদবা য়াব্রা? মসিদা মীনম্লুবা য়ারোই। ইসানা ইসাবু মীনম্বা ঙম্বা হৌনদে।

ঐসু মীনি। পুন্সি অমা লৈ। লুহোংবা হায়বসি পুন্সি পীথোকখিবা হায়বা নৎতে। হোই! য়ান্নবা অমদা পুনসিন্দুনা অমনা অমগী অসোয়বা মেনসন্নবদি কায়দে। ইমুং অমা ওইনসু লৌনরিবনি। পুন্সি অমৎতং ওইনা লৌবদি ঐ কৈদৌঙৈ য়াবা ঙম্লোই। মসিদি য়ানবা য়ানদবা অনীনা খল অমৎতদা পুনসিনবা নৎতে। সুপ্নদগী অনীসিনা য়ানবা মফম অমা সেম্লুবতনি। হৌজিক অমুক ঐহাক মাগা উনদুনা মফমসি সেম্বা ঙমগনি হায়বা ঐহাক থাজদ্রে। মঙোন্দা লৈরম্বা ঐগী থাজবা পুম্বা মাংখ্রে। থাজবা মাংহখ্রবা মঙোন্দা হন্না অমুক থাজবা থম্লুবগী অর্থ থোক্লিব্রা? নোংমা অনৌবা মঙালগা লোইননা চাউনা লাকখিবা অসা, ঙসিদি ঙম্নমক অহাংবা মালংদা তিল্লরে। পুন্সি হায়বসি ৱাহংতনা থল্লবা পোৎসক অমগুম ইফমদা উৎলরে। ঐনা চংখিবদা ইমা ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। তহা তহা নংহৌররোইদবা মতাগুম,'ইবেম্মা নঙ হল্লক্র ব্রা?' ৱাহংসিমক হংলকই।

'ইমা, নঙবু কৈদৌরবগে? অদুক ঙাইঙমদনা ... কৈদৌরবগে।'

'কৈসু তৌদে। ইবুংঙো লাক্লম্বনি। নঙবু কুইনা ঙাইরম্মী।'

'মাদি কৈদৌবা লাক্লিবা।'

'ননেমদু কন্না ঙমদ্রে হায়। মতা চাদ্রবদি নঙ মাবু উনহৌদবা য়াই। ঐসু অনাবা হংলুগে হায়দুনা থৌরাং তৌরম্লিবনি। নঙবুসু থিনবিরগে।'

'ইমা ঐবু ...।'

'হৌজিক মরৈগী মতম নৎত্রে। নঙ চৎতবা য়াদ্রবনি।'

'উম! ঐ চৎপদি চৎখ্রগে।'

'কদায়দা?' নুংসা থিনা হংলকই।

'ইমা; নঙ ঐবু হৌজিক ফাওবা মপুম ফানা খঙবা ঙমদ্রিব্রা?'

'খঙলে। নুপা ময়ুমদনি।' ইমানা নোকসিন্নদুনা মখা তারকই।

চান্দিগর
২০/৭/'৯৪

# অচম্বা দাইরি অমা

মতমদুদসু মহাক ঐবু অসুম্মক নক্না খন্‌খিমাল্লে। করিসু ইহোং হোংদবা মওংদা অসুম্মক তৌরম্মী। চহি তরামুকতুনা মাবু করিসু থোইনা হোংহল্লমদে। নকসিন্ননা উহল্লি। ঐমক্তি নাইতোম তাবগুম তরক তরক লেনখিবা কুইরবনি। অসাসু তৌরুদ্রে। মহাক চৎখিবা মতমদুদা ফনদি হাংখি।

'সে, মসি পায়সিনবিয়ু।'

'করিনো' দুবো?'

'ঐগী মনি বেগনি। কাওরমগনি। চৎলমদায়দা পীবিরকউ।

'ঐবু য়াম্না হেক কাওগনব্রা?'

'কাওগল্লিবদি ঐনি। পোৎ মচা মচাসিং হেক হেক চিৎথরম্বগী তৎতনা হন্দোক হনজিন চৎনৈ। ঐঙোন্দা য়াম্না ৱাহল্লি। গারি সোসিসু ...।'

মহৌসাদগী হৌনা ঐখোয়নী চৎমীন্নবা খূদিংগী হেক হেক মাগী অপীকপা পোৎ মচা খূদিংমক ঐবু পায়হনখি। চহী ১০ মুকসিনা মসি কাওহনবা ঙমদ্রমাল্লে। ঙসিসু ঐঙোন্দা পীরকই। য়াম্না নকসিন্ননা লৈরম্বগুম তৌই। নক্করম্বা কয়াদু অমৎতা কায়দনা লীদুনা থম্লম্বগুম লৈরম্লী। থম্মোয়দা থৱায় অনীগী অমৎতা ওইখিবা মিৎকুপসিং কোয়না সন্দোরকই। হৈনখিদবা মতাংসু ফন্না লৈখি। পুন্সিদা অচেৎ অকোম লোয়না খঙনৈ। হায়দোকপা য়াখিদবা য়াম্না লনাই ওইবা মতাংসু ফন্না য়াম্না য়াওখ্রে।

'কদায়দনো য়েংলিবদু?'

'হুম, খঙদে।'

'সেংনা হায়য়ু।'

'নঙদি কৈদৌনা অদুক য়াম্না কোৎথোকপা ফুরিৎ লিৎলগা করিগী ইমাংদা নোম্থরক্লি?'

নীংসিংহল্লি। থৌদোক মচা মচা কয়াদা য়ুমফম থোন্দুনা সান্নখিবা মথোল কারক্লিঙৈ পুন্সি। অসা অমৎতদা মা-ঐগী চাউরবা অসা। পুন্নমকসি পুন্সিগী য়ুখল কয়ানা তৎতনা খাখ্রবসু ঐবুদি কৈদৌঙৈ কাওবা ঙমহন্দে। নীংসিংবতনা অসুম হেন্দুনতা লৈরগদবা ৱারী সিংবুলসিংনি। কাওবা ঙমহন্দে। নুমিৎতুদা থম্লম্বা দাইরিদু করি ইরিবগে য়েংনীংলকই। ময়াই ফাক্তোক্তুনা পারুই।

... মসি মীওইবগী লমচৎ নৎতে। ফনা নক্লদুনসু মসিবু হায়বা ওইথোকপ্রা? 'ইচা অমতংদি ...।' মীওইবগী চৎন লোলচৎ খঙলকপদা ঐহাক মসি য়াওনা তল্লক্তে। মসিমক ওইরগসু ফম্বী কংলবা, মপাঙ্গন য়াওদ্রবা মহাক্নি। ঐনা নীংজরিবসি কৈদৌঙৈদা ওইথোক্লরোই। করিগুম্বা ঐনা মমা ওইনীংবা তারগদি উপায় অমদি তৌবা তাই। ঐহাক মসিমসু খঙই। নহাক কনানো? ঐগা করিদা মরী লৈনৈ? তসেংনা হেক হায়রবদি, ঐহাক মমা ওইবা পাম্মী। য়ুম পানবগী ফংবা য়াবা পূন্নমক ঐহাক ফংবা পাম্মী। মসিবু য়াম্না হেক লাল্লগদ্রা ?

নোংমতসু পাগে খল্লুদে। মানা ক্কাতরসি হেক থাদোকখিবা নুমিৎতগী লৈরক্লবনি। মাগী পোৎ মচা মচা চিৎথগনবদুগা হায়রুরগদি মসিসু চিৎথরম্বা মাল্লি। অমুকসু মান্দে। অতম্লনা থল্লম্বা মাল্লি। নোংমদি পীথোক্লুরগে লেপ্লুরবনি। মামক্কা হেক হংলকপা নৎতবদুগা, মাবু অমুক উননীংদবগা অনীসি পাদুনা তোক্লবনি। কল্লকই। মতমদো, অমৎতা ওইবা মানখি। (নহা ওইবগী লোম্বা নাইরোইদবা অত্মা অনীনা অমৎতা ওইনা ফাদুনা থম্বগুম উরম্মী।) তসেংনা হেক হায়রবদা ঐখোয়নীগী অপাম্বা য়াম্না মান্নখি। ৱারী সান্নে। য়াম্না তোইনা মণিপুরি জগোইগী মরমদা তৌবা সেমিনার য়াওমিন্নে। জগোয় য়েংমিন্নে। মানা খরা হেন্না পাম্বদি গোষ্ঠ লীলা, রাস লীলানি। মসিগী মরমদা তৎতনা মরৈ য়েৎন্নে। লানবা চুম্বা, ফজবা-ফজদবা পুন্সিগী তৎন-থান য়াদ্রবা মর্ত্তিসিংগী মরক্তা মাগী ঐগী মান্নবা মান্নদবা মিৎয়েংসিংনা ঐখোয়নীবু মতম চুপ্পদা ফাদুনা থম্মী। অমনা অমদা য়াম্না নক্লবা মরী অমনা চিংসিনবী। থাদোক্লবা ঙমহন্দে। অদুবু মসি পুম্বা অরেম্বা তাখি। মা ঐ ৱাইথুংনৌ হায়না ওল্লমদ্রমাল্লে। মহাক কনাগুম্বা অমগা লুহোংখি। লুহোংলমদাইদদি য়াম্না কপ্লম্মী। ঐঙোন্দা খাঙবা ঙমহন্দে। থেম্নীংলুই। লৈজবা পাঙ্গল পূম্বা পুথোক্লুনা থেম্লবা হোৎনরুই। মদুদি মহাক য়াখিদে। অদুক থবায় সোক্লা কপ্লিবা মহাক্লা মদু পামখিদে। মাগী পুন্সিগী ওইবা ৱা নৎতবেদা, মাবু পোকপিরক্লবা মমা মপাগী য়াথং ইনবা মহাক পাম্মী। মসি মাগী তৌফম থোকপনি হায়না খনখি।

ঐদি তসেংনা এথিক্স মোরেল হায়বসি করিনো খঙদে। য়াম্না হেন্না খঙনীংলুদে। ঐনা হায়রিবসি লান্নদি লৌগনু। মীওইবনা পুন্সি হায়নরিবসি অহিংবা পোৎসিংদা সিজিন্নবা ৱাহৈনি। পাম্বে ওইনা সিজিন্নগদবা নৎতে। পম্বুংদুগী কান্নবসিংদুনা মাগী সরুক ওইরুগদৌরিবনি। মসিনা পাম্বেদগী নম্থোক্লুনা পম্বুংদুগীদমক খন্থবা হায়বসি মসানা তারবা ৱাফম্নি। মসিদা অসা চংঙী। অসা থাদোকপা য়াদে। হিংলগদি অসা অমা নৎত্রগা অমা লৈবা তাই। মসিদি ঐ ঐগা খ্বাইদগী নক্লরিবা মহাক অদুগা পান্দমফম অমৎতদা চৎমিন্নরগদি হেন্ন ফৈ। মরমদি ঐগী অকোয়বদগী নাম্থোক্লুনা ঐ অমা হিংলুবা য়াদে। মসিবু অতোপ্পা অমা সেম্লুবনা অতোপ্পা অমনি। ঐগী অকোয়বসিংদা সৈদাংদুনা হিংবা পুন্সিদা তুংগী চাউরবা অসা অমা লৈফম থোকই। নৎত্রদবু করিগী য়ুম পানজরুদগে। য়ুম পানবগী পান্দমফম করিনো? পান্দমফমসি ফংনীংবা হায়বসি নুপী ওইরুবগী হৌনসা নৎত্রা? মসিনা ঐবু মমা ওইবগী মিংথোল ফংনীংহল্লি। ঐ মমা ওইনীংঙী। য়ুম পাল্লগা মসিগী কান্নফম খঙহন্দনা সিখিবা ঐহাক পামদে। মসিমক ঐগী হৌজিক ওইরিবা ফিভমসিদা খ্বাইদগী চাউরবা অসানি।

ঐগীসু চাউরবা অসা কয়া লৈরম্মী। পূম্নমক কায়খি। হিংবদা তিনসনখি। পামজবতা ওইহনবা য়াদবা পুন্সিগী খোংচৎ অমদা ঐবু চেন্থুদুনা পুবিখি। পূম্নমক নাম্থোক্তুনা চিংগী ঈং তপ্পবা পুন্সি অমদা লৈতানা হিংজবা ঙমজরে। কয়াদা নুংঙাইরবা। মফমসিদদি অচৌবা য়ুম অমদা পুন্না লৈমীন্নবগুম অমগা অমগা ইখঙ খঙনৈ। অৱা নুংঙাই হোদোক্লে। মাগী মাগী ওইবা পুন্সি মওং অমমমদা অপুনবগী সক্তম্না কোনসিল্লি। থৌদোক মচা অমদা ইখঙ খঙনৈ। ইতা তানৈ। খুনগী ওইবা অহোংবা লাকপদা নুংঙাইনদে। হন্দক্তি ওজা তোনমৈ অতোপ্পা মফম অমদা অমুক পেস্টিং চৎখ্রগনি। নুংঙাইনদে। তৌবগীদি মহুৎ অমদি লাক্কনি।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা ওজা অনৌবা লাকপগী পাউ তাররে। নুপীনি। ঙাংবী কৌই। মসক ফজে। ৱাং-চাউই। পাউসি তাবদা ঐ পুক্নিংগী নীংকোক নীংকোক তৌই। থরক হুল্লি। মথুম মরাং হৌহনখি। খুদক্তা থুনা উননীংলকই। থম্মোয়দা চৈনা লৈরিবগুম খোঙ থাংবা থোকখিদে। উননীং উননীংনা উননীংখিদে। খরা লৈরগদি খঙলে। ঐনা খল্লিবদুমক চুম্লম্মী। অপীকপা লম, বাজার অমৎতদা পুন্না কৈথেল কাম্মীন্নবনিনা অয়াম্বা মতমদা উনৈ। হেন্না হেন্না নুংঙাইহন্দে। মানদি করিসু খল্লমদবা য়াই। হকথেংননা উনবা অমদা ইনাক্তো চংলকই। ঐসু খঙহৌদনা হংখি। 'ঙাংবী নুংঙাইরিদনা।'

'নুংঙাইরি হায়বা তারে।'

'হায়বগী ৱাদ্রা?' ৱাহংসিদা মহাক নোকফেৎ তৌখি।

তসেংনা হায়রবদি মঙোন্দগী কুইনা চেল্লক্লবা ঐনি। অদুবু নকসিন্ননা ৱারী সান্নরুবদা ইসাসে খঙচিং চিংসনখিবগুম তৌই। হায়দোকফম খঙদে। নুংঙাইহল্লি। অদুম ওইনমক মাগী পাউখুমদুমক্তি ঐ পামখিদে। ৱাহন্নীংবদি নৎতে। মাগী ঐগী ওইবা ইঙ্গিৎ অমদি অমসুম্মক ঐগী থম্মোয়দা মতম চুপ্পগী ওইনা ঙাইবগুম তৌরি।

খেন্নবদি লৈ। খেন্নফমসু থোকই। মসিদি ঐহাক করিসু খল্লদে। মমা ওইবা হায়র্বসি মমিং মান্নরিবগী মতিক পূকচেল মান্নগনি হায়বা করিসু লৈতে। অদুগা অমরোমদা য়েংলগদি, নুপা নুপীগী মরীসি য়াম্না কাম্না য়েংবা, নৎত্রগা কাম্না সিজিন্নবা কাংবুসিংদদি অসুম্মক কাম্না লৈগনি। তসেংবদি মসি ইন্দ্রিগী নুংঙাইবখক তানবা পোৎসক নৎতে। মসিদি মীওইবগী মরু হুন্ননবা মফম্নি। য়াম্না লায়বা লোন্দা হায়বা তারগদি মরীসিদা নৎত্রা অখঙ অহৈ, মাইব দাক্তর তান্নদুনা তুংগী মীরোল মথং মথং সমথহৌনবা মীওইবনা হোৎরিবনি। পিক্লিবা অঙাংসিংগীদমক সংসারগী চাওখৎখ্রবা, চাওখৎলক্লিবা, অমসুং চাওখৎলাকখিগদবা লৈবাক কয়াসিংনা সেল চংল চংলবা থবক কয়া তৌনরিবনি। মসে অরেম্বা নৎতে। তুংগী চাউরবা অসাদা পুম্নমক্কী ফরক্কনি খন্দুনা তৌনরিবা ঙাক্তনি।

মসিবু চুম্না? মাবু মীওইবগী লৈনরিবা মরীসি ঙাক্না চৎখিব্রা? মসি ঐ খঙখিদে। কৌবদি কৌনৈ। অপীকপা কৈথেলদুদা তৎতনা কৌনৈ। মদু খুনগী খুন্দিনফম্নি। অরৈ-লৈত পূম্নমক্কী ৱারী সাফম্নি। ৱারেপ্নফম্নি।

'নঙ নথন্তা অসুক কুইনা লৈথোক্লিবসিবু, মাদি কমদৌরি?'

'নঙ করি মৎতা খঙদ্রা?'

'করিবো? খঙদেনা।'

'কুইরে ঐখোয়নী লৈমিন্নদবা। সিনসু ফরেদা।'

'অঙাং ...?'

'মাগী ওইনদি লৈররোই। লৈরম্লগদি ঐহাক হৌজিক লৈরিবা অসুম্না লৈবা কৈসু ঙম্লন্লোয়।'

'মাদি কৈদৌরি?

'খঙদে। খঙননবসু হোৎনরুদ্রে। '

'মদুবু হেক য়াব্রা?' মাগী মওংদুদা নুংঙাইতবা সানা হায়রুই। নুংঙাইতবদি থোইনা ফাওদে।

'মদুদা ঐ হন্না অমুক খন্থনীংদ্রে। পৃম্নমকসিনা পুন্সিনি হায়বা অমদি ঐঙোন্দা হেক হেক খলহল্লি।'

'নোংমদি নঙ নীংঙম্লক্তবা য়াই। ৱারেপ অমা লেপথোকনবদি ফবনি।

'মদুঙম্বা অমা লাকপা তারগদি ঙহান্না লাক্লগদবনি। মসি কুইরবা ৱাফম্নি। ঐ করিসু খল্লরোই।' ঙসিদি মাগী নুংঙাইরবা মাল্লবা মায়থোংদা অৱাবগী সক্রোন অমা লোৎসিন্দুনা লৈ হায়বসে ঐহাক খঙলে। মসিনা ঐঙোন্দা লোন্না নুংঙাইবগুম থোকহল্লি। থম্মোয়বু থিংবা ঙমদনা 'কুইরেকো অসুম্না ঐখোয়নী ফম্মীন্নখিদবা।' ইখঙ খঙহৌদনা হায়দোকখি।

'সিদৈদি লৈমান্নববনিনা তোয়না ফম্মীন্নবা হাযবদুনি।' মাসু খুম্লকই। ইঙক ঙকখি। কাওনরমদাইদা মহাক ঐগী ৱাতব হংলকই। খঙলমগদবদি মাল্লি। খুলসিদবু খঙনদবা ৱারি অরোনবা অমা লৈরিবগে?

সংসার হায়বা অমা লৈববনিনা অফবা ফৎতবা কয়া থায়দোক্লি। তৌহৈবা তৌহৈদবা চৎনবীগী অথিংবা কয়া লৈরি। মসিনসু সমাজ হায়বদা পক্রিবনি। নৎত্রগদি সমাজ হায়বা অমা লৈবমদবা য়াই। সমাজগী মনুংদনি মীওইবগী মরী। অদুবুনে ঐনা হায়নীংবদি. মসিদা তেন্ন মক ওইরিবসি পূক্নীংগী ঈথিলসি নৎতে। মসিদি নাকল অমরোমদা য়াম্না লান্না চৎকনবা পোৎসক্লি। মসিদগী নাম্থোক্তুনা মরম চাবদা সিজিন্নবনা চুমগনি। মা ওইবদা ঐগী মীগী নাইদনা পূম্নমক্কী ফজনবা তৌবা হায়বসি য়াম্না মকনি। লুরিবদি, পীক্লিডদগী তম্বীরক্লবা ঐগী মীগী নাইবা চৎনবীনা সংসারসি মপুম ফাহনগদবগী লাক্লরিবসি ওইথোক্তবা মঙ মঙবগা চপ মান্নে। মসিনদি মীওইববু ওইজবা তানবদগী নাম্থোকহনবা ঙম্নোয়। পূক্নীংগী ঈথিলসু মীহৌবদা সোয়দনা ওল্লক্কনি।

মাবু মসি থাজরমগদ্রা? ঐদি থাজবা ঙমদে। ঙম্নিসু নীংদে। খঙদেকো পুন্সিসিদি। থাজদবা থৌদোকসু অসুম্মক থোকখি। নোংমসু ...। নুমিদাংৱাইরম্নি। য়াম্না থাজবনা ঐগী থোঙ থীল্লকখি। কনা ওইরমগদবা? ৱাখলনা লাম্বা ফংদে। ইথা থাজদনা মহাক ওইরম্মী। মুন্না য়েংলুই। ফিজোলদু মঙোন্দা য়াম্না চুসিন্নে। মতম অমদা য়াম্না পামজনা মাবু তৎতনা সেৎলক ইল্লরুবা হায়খিবা. ৱাক্লে মচুগী ইন্নফি মমা ইল্লদুনা মহাক থোঙজিন্দা লেপ্লম্মী।

'ঙাংবী চংলকউ। কৈদৌরে?'

'চুন্না সুম লাকপনি।'

'ঙাল্লিঙৈদা লাকপা য়াদ্রা? নুমিদাংৱাইরমসিদা ...।' ঐসু থাজদবা উৎতুনা পাউখুম পীরুই। করি খল্লবনো খঙদে। মহাক তুমিন লৈখি। 'অমুক লেপ্তুনা লৈরবদি কৈদৌরে? চংলো লাকও।' ৱাহৈসিদা লকক্ তৌনা চংলকই। 'নসা ঙমদ্রব্রা?'

'কৈসু তৌদে।'

'কৈনো মদি ...?'

'পুন্সিদা মফম মতম হায়বসি খ্বাইদগী নাইনা সিজিন্নগদবনি হায়বসে ঐহাক খঙলুদ্রে। মীওইবনা মসিদগী নাম্থোক্তুনা হিংবা য়াদে। মানদি মীওইববু পুন্দুনা থল্লমদবা য়াই। মীওইবনসু মাগী হিংলিবা মহিংদা মদুদগী নাম্থোক্লনবা হোৎনরম্বা য়াই। অদুবু মানদি মতম খূদিংদা পুনসিন্দুনা থম্মী। মসে ঐহাক কাওথোক্লুরে। নীংসিংনবসু হোৎনরুদ্রে।' মহাক ঐগী বাহৈসিংদু করিসু তাদবগুম য়াম্না ৱারৌবা মানবা পাউখুম অমা পীরকই। ঐঙোন্দা নুংঙাইহন্দে।

'নঙ সাউরব্রা?' ঐসু হংলুই।

'অচুম্বা হায়বদা সাউনীংঙাই করিবু লৈরি?'

'চুম্মী, চুমদে হায়বদি কনানা লেপ্পী?'

'নঙগী ৱাতাদুনা লেপ্পী।' ফৎ হায়দোক্লবা মওংদা খুল্লকই।

'ইহ! অদুদি ঐ লাল্লে।'

'লানবা নৎতে। মদুদি মীওইবগী সক্তম্না তৌসিন্নবগী মওংনি। মদু ঐ য়ানীংদে। মদুই মহুৎ "পূংফমসিদা নহাক লাকপা ঐহাক কিজে" হায়য়ু। ঐহাক য়াগে।'

'নঙ ঐবু য়াম্না লান্না ...।'

'লানবা লানদবগী ৱা নৎতে। নৎত্রগদি ঙসি ঐ মসিদগী সুহন হল্লবোই।' সাউরিব্রা খঙদে ৱাহৈসিমক হায়রকই। ঐহাক ৱাহৈসিংদু মপুম ফানা তারমদনা কিচন্দা কোফি লোনবা চংলে। হাইহাক লৈরগদি মাসু চংলকই। অতোপ্পা গ্যাস নাম্মা থাগৎতুনা চাক থোংননবা হোৎনরকই। মতমসি মম্লে। মহৌসানা নিংথমথাদদি খরা ঙন্না মমগল্লি। খল্লি। ঐবু অমুক মাবু থিল্লুবা তারিব্রা? ইংবনা চিক চিক লাউরবা নুমিদাংসিদা ঐ মপাল থোকপা য়াম্না তল্লক্লে।

'য়াম্না থেংলমাল্লে। নঙবু ...?' নঙোন্দা করিসু থীনবীয়ু হায়জরোই। ঙসি য়ুমদগা অমৎতা হল্লোই খঙগনি।

'ক্বাতরসিদদি ফম্মুংসু অমৎতনি।'

'অদু ওইরগা নঙ থারগা হিপচরেদনা। ঐদি অতিথিনি। ফম্মুংদা তুমগনি।' মাগী হায়নি হায়রোই খঙদবা মহৌসাগী মওংদু ঙসিসু ঙল্লমদ্রি।

পূন্নমকসিদা ঐনা হায়নীংলিবদি, ফবা-ফৎতবা এথিক্স মোরেল হায়বসি ঐখোয়না লৌনরিবা মমলসিগী ৱাংমদা তোঙাল্লবা মমল অমসু লৈরম্বা য়ারি। মসিদি মাগী তৌরিবা থবক অমদি পান্দমফমদুগী মিৎয়েংদা নৈনবনা চুমগনি। মসি নৎতদুনা হান্নগী লৈরম্লিবা মমল মরেপ্তুদা অসুম্মক লেপ্পা তারগদি অরানবা অমা সোয়দনা লৈগনি। পুন্সি হায়বসিদি পুন্সিদুখক্লা লোয়গদবা পোৎসক নৎতে। পুন্সিদুনা লৌরিবা ফিরেপ্তা পুন্সি কয়া অমগীসু য়াওরিবনি। মরী লৈনহল্লিবনি। অমনা অমদা ঙাক্লৌ ওইদুনা থল্লিবনি। মসিনদি মীওইবনা মীওইবা অমবু তমথিবা সা ওল্লকপদা মীয়াম্না কিনরিবা অমদি মদুদগী নম্থোকননবা হোৎনরিবা।

পূন্নমকসি ফনা লৈদুনসু মীওইবগী মমল লেপ্পা হায়বসিদি মী মীদুগী তৌরিবা থবক্কী মতুং ইন্না পান্দমফস য়েংদুনা মমল লেপ্পনা চুমগনি। মমল লেপ্পা হায়বসি হান্নগী মমলদা অসুম্মক চৎনহনবদু নৎতে।

**দাইরিসি পাবা লোয়সিল্লকপদা খঙলে। মসিদা পুন্সিগী অথুপ্পা খরা লোৎসিন্দুনা ইরি। থম্মোয়দা থোকপা ঙমদনা কিপ্রবা কিসি অমগী লংজিন ইরাই লায়না থোরক্রি।**

'সোমদা অমুক্তদি লৈসিল্লকউ।'

'কৈদৌগে হায়রিবনো?'

'নংগী হকচাংসে য়াম্না থোৎলি।'

'অচ্চা! তুক্কচদ্রা?'

'মাগদি অসুম্না অমুক্তা তুমিন্নখিদ্রা?'

'মাদি পাঙ্গল লৈত্রবা মীনি। মসিগী অসাসু মহাক তৌরমগনি থাজদে।'

'মতমদদা নঙ য়াম্না নুংঙাইরম্লোই।'

'নাকল অমরোমদদি মহাক মীবু কয়ামুক য়াম্না মীনুংসিগা লোইননা য়েংবগে হায়বদু ঐহাক খঙ্ডৗ। মসিনা মাবু মীগীদমক হিংবা ওইনা তৌই। মাগী মী মসক খঙ্বীবদুনা মাবু কাউবা ঙমহন্দে। ওৎতনা লোইননীংঙৗ। কাউবা ঙমহন্দে। মতম চুপ্পদা অসুম্মক নীংসিংদুনা লৈরগনি।'

'ঐনুদি ...।'

'হৌজিকসু লৈমীন্নবিবসিদি ...।'

'লৈমীন্নবদ্রা?'

'লৈমীন্নবা হায়বসে নুপা নুপী অনী লোন্দিন্নবগী অরোয়বা ঙমখৈদ্রনি। মসিদগী হেন্না নকসিন্নবনু কারি অমমুক লৈরিবগে? মদুতা নৎতনা নঙগী ইবুঙ্গো খা অহুমগী অঙাং অমসু য়াওরবনি। মনা হায়রবসু অঙাংসিগী মপাদি নহাক্কা সোয়দনা ওইবগদবনি। অদুগা অমুকসু মমা ওইবগী চাউখোকচবদি মপুরোইবগী মপান তংবগা লোইন লোইননা মচা ওইবগী খ্বাইদগী চাউবা দইক্ত অমা লৌসিনবদুনি।'

'নঙ ঐদি লাহোংদ্রিদনা।'

'লুহোংবা হাযবনু করিনো? মপাম্বোংগী কুয়োম্না য়োমসিল্লিবা তৌসিন্নবগী কুরাংপানসি নৎতে। মাদি নুংগী ওইবা অকনবা মরী অমা সেমদুনা থম্বদুনি। মরীদুদি হৌজিকসু ঐঙোন্দা লৈরি। মাংদ্রি। মাংবা য়াররোই। মমা ওইবীগী হক লৈরবা ঐনা মসিবু অমুক হন্না মাং-হনখিগদ্রা?' অসুম্না য়াম্না নুংঙাইনা থা অহুমরোম লৈমীন্নরে। পুন্সিদা খ্বাইদগী নুংঙাইখিবা পুন্সি মতেক অমা ওইখি। সংসারসি ইনৌতা নৌই। মথুম মরাং হৌহনখি। কুইনা খুইরুরবা যুম পানবগী অসাদু খঙতেক তেকখৎলকই। কনাসু করি থোক্লদবগুম হিংলক্লবা পুন্সিদা মরী কয়া কোনসিন্দুনা মপুম ফারবা পুন্সি অমা সাগৎলগে খল্লকই। ঙসিদি মতম কুইনা তক্লদুনা লাক্লবা ইমাগী নীংজবসু থুংলনি। পাউসিমক য়ুমদা চৎতুনা ইমাদা পীরুই। কয়াদা হরাওজখিবা মীৎতা সং সং উরকই। বস তোংলি হায়বা কাওথোক্লুই। ইমাগী ৱাহৈদো, 'ইচানা হেক পামজনা পুরক্লবা নুপীদু ইমাগীদি খ্বাইদগী মতিক চারবা ইমৌনুপীনি। নঙবু

সেংনা হেক পুরক্লগদ্রা?' তৎতনা নীংসিংহল্লি। কাওবা ঙমহন্দে। অসাগী মথক্তা অসানা মাংওইনরকখি। য়াম্না থুনা ক্বাতর য়ৌনীংলকই। হেক য়ৌবগা কোল্লিং বেল নম্লুই। য়াম্না থাজদনা মসক খঙনদবা নুপা অমনা থোঙ হাংদোরকই।

'কনা উনবিগদবা?' ঐগী ক্বাতরদা ঐবু লম্লানবা ওইনা ৱাহংসিমক হংলকই। ঐঙোন্দা য়াম্না ঙকহনখি। পাউখুম খুমগদবা খঙতন তষ্থে। অদুবু হংলুই 'ঙাংবী ...?'

'লেংসিনবীরকউ। কিচন্দা কোফি লোলমখিগনি।' য়াম্না ইংনা লৈবাক মচা তানা হায়রকই। মোং হাদে। নুপাদা নুপা মাল্লি।

'য়ানি হেক্তা চংসিনজখ্রগে।' হায়নরিঁঙেদা ঙাংবী কোফি কপ অনী পুথোরক্লুনা ঐখোনীদা অমমম পীনা পীনা মখা তারকই। 'সক খঙনরমখিরোই। পুন্সিদা ঙসিনা অহানবা উনবা ওইরম্বসু য়াই। মহাক ঐগী ইপুরোইবনি। হৌজিক ঐবু লৌবা লাক্লিবনি। করিগুম্বা ঐনা ঙসি চৎখিবা তারগদি নঙ য়াম্না নুংঙাইহৌররোইদ্রা?' ঐঙোন্দা ৱাহংসিমক হংলকখি। ঐহাক মাগী ৱাহৈসিংদু লোয়না তাখিব্রা তাখিদব্রা খঙহৌদ্রে। তরং অমদা অসুম লেপ্পুনা লৈখি।

**ইম্ফাল**
**২২/৬/'৯৬**

# ৱায়েন চৎথরি

'হায়রিবসি চুম্রা ?' মনাক্তা লেপ্লিবা সন্ত্রিদুনা হংঙী।

'মসি অরানবা ৱাফম্লি। ঐ করিনো অমা ...।'

'নঙ তুমিন লৈগদবনি। নরাল লৈরবা মীনি।'

'চুম্মী। নঙ তুমীন তাফম থোকই।' মী অমনসু হায়রকই।

'মসিদা ৱাকৎপা য়াদে। নঙ সিবগী দন্দি পামদ্রগদি তুমিন লৈগদবনি। ৱায়েনসি পামদ্রগদি অতোপ্পা মওং অমদা চৎথবা য়াই। মসিগী ৱায়েনসিদা লানবা চুম্বা মুন্না থিরগা অচুম্বা রাই তাফম থোকপদু তাগনি, মীয়াম পুম্বা খঙহনগনি। নঙোন্দা করিসু মীনপ্লোই। মীনম্বা কনানসু পাম্নদে। অরোন-অথুপ য়াবা মফম নৎতে। বিচারপতি হায়বসিদি লাইদগীসু হেন্না সেংলিবনি। পূকচেল সেংনা চৎথগদৌরিবনি।'

'কনাগী বিচারনো চৎথবীগদৌরিবসি ?'

'নঙগীনি।'

'অদুবু ঐগী ৱাদি তাবি ...?'

'নঙ নসাগী য়েংদুনা তুমিন তুমিন লৈয়ু। মফমসিদা নসাগী ৱা ঙাংবা য়াদে। ঐখোয় নঙ কনানো হায়বা মুন্না খঙ্ঙী। নঙগী বিচারনি ঐখোয়না চৎথগজৌরিবসি। মদুগীসু মথক্তা নসানা নসাগী ৱা ঙাঙ্বা হায়বদি পাপনি। নঙনা মফমসিদা হায়বা পাম্লিবসি নসাগী নরাল লৈতে হায়বা নৎত্রা ? অদুবু করিগী ৱায়েলসং লিংলিবনো নহাক খঙলব্রা ? মী হাৎকে তুপকে হায়বগী নৎতে। মরাল লৈরবা মী খুদিংদা মরাল পুম্বা পুথোক্কুনা, মসানা তৌরুরিবা থবকসিংদুগী মপুকচেল ফাথবা ঙম্লনবা কৈসুমসং লিংলিবনি। ৱায়েলসংদা ৱায়েললিবনি। কৈসুমসং থল্লিবসি চাবা থাক্লিবনি। সেল তিংলিবনি। সমাজগীবু ফরবদি হায়দুনা সেল তিংবমখৈ লিংখৎলিবনি। নঙগুম্বনবু নসানা নসাগী নরাল পীজবা নতিক্লা ? নঙগুম্লবা মী মচাদি থম্বু থমখো মহাপুরুষ কয়া ফাওবা মবুংঙো মঙোন্দা চংজরমদাইদা মমিৎতা মপি তাসিন্নদুনা মচিল পৈরিবনি। মসি ঐখোয় খঙ্ঙী। নঙনসু মতৌ করম্না নসাগী নরাল থৈদোক্কদবগী লাক্লরিবনো ঐখোয় উই।'

'অদুবু ঐ ইসাগী ইরালতদি খঙজবা য়াগদ্রা?'

'ঙসাইদগী ঙাংলক্লিবসি নঙ তাদ্রা? মসিদা নঙনা চুম্বগী ৱাফম অমৎতা য়াওদ্রি। মসিদগী হেনবা নঙ করি খঙনীংলি?'

ঐবু হৌজিক কৈসুমসঙসিদা পুন্সি চুপ্পা লেল্লগদ্রা? নৎত্রগা মখা তাবা উপায় অমা থিদুনা মসিদগী নাম্থোক্লনবা হোৎনখিগদ্রা? করিগুম্বা ঐবু অমুক কৈসুমসঙসিদগী থাদোকপীরকপা তারগদি ঐ অমুক হন্না ফৎতবা থবক অমৎতা তৌররোই। মতম খুদিংদা ফবা ঐহাক তন্ননি। মসিদা লুরিবদি, ঐহাক করিনা ফবা ফৎতবা ঐহাক খঙদে। ফবা ফৎতবগী বিচার ঐহাক ফজনা তৌবা ঙমদ্রি। নৎত্রগদি ঐবু করিদা ফৎতবা থবক তৌখিদুনা মফমসিদা ফাদুনা থম্বীরিবনো? ঐ মফমসিদা ফাদুনা থম্বগী মরম খঙদ্রি। ঐ মরম খঙবা পাম্মী।

'ঐ মরম খঙবা পাম্মী।'

'কৈদৌরে। অদুক কন্না লাউরিবা করিগীনো? নঙ পান্নবসি ঐঙোন্দা য়াম্না ৱাহনগদৌরি।'

'ঐবু করি মরমগী মফমসিদা ফাজিন্দুনা থম্বীরিবনো?'

'মদু হান্না মখোয়না নঙোন্দা হায়দ্রা?'

'হায়খিদে। হংবা ফাওবা য়াহনখিদে।'

'ঐসু মদুগী মরমদুদি খঙদে। রাই অমদি লৈখিবদায়। ঐগী ইথৌদি নঙবু পান্নবনি। করিগুম্বা নঙনা ঐঙোন্দা হেন্না অৱাবা পীরগদি ঐসু মখোয়দা চুন্না ৱাকৎলুগনি। নঙগী লম হেনবা পূন্নমক মপুদা তাক্কনি। মসি ঐগী তৌদ্রবা য়াদ্রবা ইথৌনি। লম হেনগলু। ঐসু মখোয়না পীরকবা য়াথং খুদিংমক পাংথোকপা হায়বসে ঐগী ইথৌনি। নঙদি লম হেলহনবা য়াদে। খুৎতা পায়রিবসি খুৎলাইনি। নঙ উরব্রা?'

'ঐবু নীং-তম্না ৱা ঙাংজবা ফাওবা য়াদ্রব্রা?'

'ঙাংলিবদু নীং-তম্বগী ৱাহন নৎত্রব্রা?'

'মসি নৎতবা। ঐনা ঐগীদমক ...।'

'মদুদি অচম্বা ৱা নৎতে। চম্না হাইয়ু। ঙম্নমক য়াই। ৱাকৎপদি য়াদে। মরমদুদদি ৱাখল খন্থবগী সক্তিসু কৈসুমসঙসিদা লৈরিমখৈ নখোয়দগী ঐখোয়না মৎলবনি। সিবা তারগসু নরাল খুদিংমক য়াজগদবনি। মদুদা ওইদবা অমৎতা য়াওদে। তসেং তসেংনা নমাং ইমাংদা থোকখিবা থৌদোক ঙাক্তনি।'

'করম্না?'

'হৌজিকসু অমুক ৱাকৎলি।'

'মসিদি ইরালদুগা মরী লৈনদে।'

'অদুবু হৌজিক নখোয় ঐখোয়না ঙাংনরিবা পূম্বসি বিচারদুগী মনুং চল্লি। মসি হৌজিক হৌজিক ফোং ফোং সানা থোক্লিবা থৌদোক ঙাক্তনি। নঙনা হৌজিক লেঙ ওৎতুনা লাউ খোংলিবসি কৈসুমসঙ থুগাইনবা লম্বী থিরিবা নৎত্রা? কৈসুমসং থুগাইবা য়াম্না চাউবা নরালনি। মসিদসু অমুক হন্না নরাল লৈতে হায়খিগদ্রা?'

'ই! মসি ঐ য়াম্না কিরক্লে।'

'করিনো কিরিববু?'

'হিংবসি।'

'মদুদি সিজরগেরা?'

'ইমা! মদু ঐ ...।'

'নঙ সিবনদি হেন্না কিরি। নরালদুবুদি নসানা য়াজরগসু নঙ নতেং পাংবীনবা মী অমমুক হন্না কৌরি।'

'ঐবু ...। কদায়বা কৌরিবা?'

'হিংবা কিজরে হায়বদি সিজরগে হায়বনি। নরালদুগীদমক সিজবা য়াজরে হায়বা নৎত্রা? কৌরিবা "ইমা" হায়রিবা খোঙ্খোক্তুদি পীসক পীক্লিগৈঙদগী নতেং পাংবীরক্লবা মহাক্তু ঙসিসু নতেং পাংবীরকখিগদবগুম নীংসিংলী তাকপনি। মফমসিদা লৈরিবা মীসিংসি কনাসু অপংবা য়াওদে। লোয়নমক ইখঙ খঙনরবা ঙাক্তনি। অদুক য়াম্না মীনম্বা পামগনু হেন্না চাউবা দন্দি অমা ফংলকপা য়াই।'

ঐ তুমিন লৈরগে। ৱা ঙাংবা য়াদ্রে। কিরে। মসিসু ৱাখল খল্লি হায়রক্কদ্রা? ঐ কমদৌনা মফমসিদা লৈনি। উতুপ তাবগুম তাদুনা লৈগদ্রা? ঐ কিরে। মখোয়না অসিবা মীদগী হকচাংগী সরুক লৌথোক্তুনা সান্নবগুম অহিংবা মীগী সেন্তিমেন্ট পায়দুনা সান্নে। ঐখোয়সু অহিংবা মীনি হায়বসি মখোয় কাউথোকপীরমাল্লে। মখোয়সু লমসিগী মীনি। ঐসু লমসিগী মীনি। লৈবাক্কী রুহিবু কন্না ইকাই খুম্নবা পামজে। অদুবু ঐ লমসিদা লৈনা লৈনা. লমসিগী ৱাখল খন্না খন্না কদায়দনো অহোবা অমা অসুম্মক লৈরমাল্লে। ঐঙোন্দ্রা? মখোয়দ্রা? ঐ খঙদে। মসিদা ঐ করি তৌবা তাই? ঐ তুমিন্না লৈরগদ্রা? ইরাল পূম্বা ইসানা তৌরুবা তৌরুদবা থীদনা য়াজবগদ্রা? মসি ওইবা তারগদি হৌজিক হৌজিকমক ঐনা ঐগী পুন্সিসি লোয়নমক মপুম ফানা উবা ফংজরে। মসিদগী অহেনবা অমমুক লৈররোই। করিসু তাররোই। মসিমক তসেংনা মপুম ফারবা মওংনি। মসিনা ঐঙোন্দা করিবু কান্নহল্লি? সিখিবনা ফরব্রা? মসি ওইরগদি ঐ. ঐগী লৈবাক্কেবু অমুক্তং উনবা পাম্মী।

কুইরে খঙনরপপা। লাইফম কয়াদা চৎতুনা ৱাসক্লখ্রে, 'নঙ-ঐ পুন্সি ৱাইথুংনসি। মপোক মপোক খূদিংদা পুন্সি লৈপুন ওইমিন্নসি।' ইবুধৌ থাংজিং খুরুমখি। অকনবা থাঙজুম থকমিন্নখি। মাদি মমাংদসু নুপা অমগদি ময়েক সেংনা নুংসিনরম্মী। মহাক মসানা মখোয়নী ৱায়থুংনবগী মরমদদি ৱাসক্লখিদে হায়। মহাক বাসক্লবদি মতমদুদসু য়াম্না পামজখি। নুপাদুনা য়াখিদে। নুপাদুসু ৱাসক্লবদি পাম্মী। অদুম ওইনমক থুংনহৌদ্রগা নুপাদদি কায়দে নুপীদদি য়াম্না ফৎতে হায়দুনা য়াখিদে। করিগুম্বা অঙাং পোকপা হায়দুনা অমা লৈরমদ্রগদি মহাক ৱাসক্লবদু সোয়দনা য়ারমগনি। মসি লাই য়াম্না থাজবা ধর্ম্ম লৈবগী ৱানি।

মতম খরা য়াম্না নুংঙাইনা লেল্লে।

'নঙসে তসেংনা নোংম-নোংমগী ফজবা অসুম হেনগৎলক্লে'

'নঙনা য়েংনীংনবা হায়দুনা ঐ য়াম্না কেরে।'

'অসেংব্রানে?'

'অসেংবনি। মসিদা নঙনা অমুক য়েংবীদ্রবদি ঐ সিখিবনা হেন্না ফরে।'

'অদুদি, সে অমুক্তা নকসিল্লকউ।'

'অদো .. চিকপদি চিক্লক্কনু। ঐ য়াম্না নাই হায়বা।'

মদু নুমিৎ কয়ানিগী পুন্সিনো? ঐ খঙহৌদ্রে। খঙননবসু লাক্করুদ্রে। ঙসিদি খঙনীংলকই। মদুমক মহাও য়াওদ্রবা হাওখি হায়বদি খঙলবা পোৎকী মগুন্নি। ঙসিসু থম্মোয়দা য়াক্তুনা লৈরি। লৈরাং মসিং থীরি। কে-কু লোৎপীদু অমুক হল্লকখিগদ্রা ঙাইরি। কনানা লোৎপনো কনানা ফোঙবনো? ৱাহং হংলি।

নোংমা সোম্থাংনবা মওংদা পাউনিলখোল অমদি তাখি। ময়েক্তি সেংখিদে। মহাক কনাগনো অমা তৎতনা চৎমীন্নরে। নুপারা? নুপীরা? খঙখিদে। মসিগী খঙ্গনীংবা পুম্বা ঐঙোন্দগী চেনখ্রে। অমুকসু তাই। মদু মদোমচানা সিনবীবনি। করিগীনো তানীংদ্রবা ঐঙোন্দা পাউসি হনজিন হনজিন তম্লরিবা? মহাকসু মহাক ঐহাক্কী ৱাসক্তু কাওখ্রবজাৎলা? ঐদি ঙসিসু নীংসিংলি। কাওবা ঙমদে। পুন্সিদা পামজনা খনখিবা অপাম্বা মিৎকুপ্পু তরাই তরাইনা কাওবা ঙম্রা?

নোংমসু উখি। য়াম্না কে। মাবু ঐ য়াওদ্রবসু কেরিদ্রা? মানদি ঐনা য়েংননবা কেবনি হায়খিবনি। মতমদু মহাক ঐহাক উন্নবা কয়া সংখিদে। তৌবগীদি তাইবংদা ঐগা উনদ্রগসু মঙদা উনবা য়াই খন্দুনা কেরম্বা য়াই।

'লৈবাক্লে, কদায় চৎলুই।'

'ঐনা চৎপদা পান্নরিবা নহাক ঐগী কনানো? করি মরী থোক্লে।'

'মরী থোক্লদ্রগদি ৱাহংসি হংবা য়াদব্রা?'

'নঙ মী খৃদিংদা ৱাহংসি হেক হেক হংব্রা?'

'ঐ খঙলে। হৌজিক নহাক ঐগা ৱারী সান্নবা পামদ্রে।'

'ঙাইখো। নঙ করিনো অমদি খঙখো। তসেংবদি ঐ নঙগা ৱারী সান্নবা য়াম্না পাম্মী। সান্নবনসু ঐঙোন্দা নুংঙাইহল্লি। নঙ লৈরগা ঐগী থম্মোয় ইংথবগুম খল্লি। ঐসে নঙনা চিংখ্রব্রা খন্দবা ঙমহন্দে। অদুম ওইনমক নঙ ঐখোয় ইন্দোমচানা য়াদে। নঙগা ৱারী সান্নবদা য়াম্মা চৈ। নঙসু নুপী নহা অতৈগা য়াম্না ঙাউসিন্নে হায়।'

'নঙ অতৈ অতৈ হায়রবসু মদুদি হায়গনু। ঐ ঙাউসিন্নদে।'

'ঐ ঐগী ইন্দোমচা থাজবমুক নঙ থাজবা ঙমদে। মসিনা ঐ ইন্দোমচাগী মৱা লৌফম থোকই। মতম অমা ঐহাক নঙগী মরৈ পুবা ঙমদবী নুপী ওইরম্বদু ঐ হৌজিক ওইদ্রে। ঐহাক পূকচেল য়াম্না চাউথোক্লে। নঙসু খরা চাউথোকপা তম্মু। ঐ চৎলগে।'

মহাক চৎখ্রে। নুমিদাং ওইরক্লে।

হৌজিক ঐহাক পূক্লীং য়াম্না নুংসিরক্লে। ইসানা ইসাবু পূক্লীং নুংসিজনা য়েঙ্‌ঙী। মহাক ঐঙোন্দগী চৎনীংলগদি অসুম্মক চৎচখো? ঐবু মাগী কনানো? ঐ ৱাহংসিসু য়াবা ঙম্মী। করিগী ঐঙোন্দা ইরাল সিজিল্লিবনো? ঐ মসি য়াবা ঙমদে। অৱাবা ওইহল্লি। ঐনা তম্লকপা হৌন লোনচৎ, চৎনলোন্দ ঐ মসি তম্লক্তে।

মল্লে। থাসি ওইরম্বা য়াই। মঙাল অমদি পাম্মী। নোং মংব্রা? মংদে। ঈসিং খরদি তারক্লি। কাচিনসিদা অসুম ফম্লগে। মোমবটি মচা অমৎতং ওইরবসু ঐহাক পাম্মী। মঙাল মচা অমা ফংননবা। ঐবু কৈসুমসঙসিদা পুন্সিসি অসুম লোয়সিল্লগদ্রা? মসিদি হান্না সিরবনি। মসিদা হিংলি হায়না খনবা তারগসু মীয়াম্না লৌনরিবা হিংবগী অর্থদুগা চপ মান্ননা হনবা য়ারোই। মসিনা অতোপ্পা অর্থ অমা পুবা তাই। মসিগী মহিংসিদি তুংগী খুদম অমৎতা য়াওদ্রবা

পুন্সি মহিংদুনি। চুম্মী। ঐ লেং-ওৎপা ঙম্নী। মসিনা হিংলি হায়বা তাক্লি। ঐগী ওইরিবা হকচাংগী ফিভমসিনা চহি কয়া পুন্সিরক্লে হায়বগী প্রামান চপ চানা তৌরে। অঙাং ওইরিঙৈগী নীংতম্লবা, মথোল কারকপগী পুন্সিদু লোয়খিদুনা ঐবু করিগী অসুম্না কৈসুমসংসিদা লৈহনবীরিবনো? ঐ খঙদে। মসিনা ঐবু ঐগী ইরালদু কন্না খঙনীংহল্লি।

ব্বাখলসি খল্লুবদা ঐঙোন্দা য়াম্না সাউনীংহল্লি। মখোয়গুম খুৎলাই পায়দুনা লানসিংবগী ব্বাখল খল্লকই। ঐসু ঙসি মখোয়দৌনা খুৎলাই পায়রম্লবা, মখোয়না ফন্না মী মসিং য়ামজরগসু ঐ মখোয়গা সোয়দনা লাম্থেংনগনি। অঙম অঙম হাৎতোক্লগনি। ঐগী খুৎলাই ফৎতবা য়াই। মী হাৎপা য়াবা খুৎলাই অমা পায়রগা লোয়রে। মখোয়গীসিমক য়ৌদ্রগসু, খরা হেন্না মান্নবদি ফৈ। গনতন্ত্রগী লৈবাক্লি হায়বা খঙ্ননবা। অউবা মী খূদিমদা মান্নবা হক পীরি হায়ননবা। ঐ মখোয়গা ফোংনা নৎত্রগা লোন্না অনীমক্তা লাম্থেংনবা ঙম্মী। লান্দা সিবসু মায় পাকপনি। কিবীদে। অঙম অঙম হাৎনখি।

'অঙম অঙস হাৎনসি।'

'কৈদৌরে অহিংসিদা। হৌজিকসু তুমদ্রিব্রা?'

'তুম্লুরবনি।'

'অদুগা কৈদৌরবা? কন্না অমমুক হাৎপা পাল্লিবা?'

'ঐ খঙদ্রে।'

'মঙ মঙখিব্রা?' ব্বাহংসি হংলকপদা ঐহাক খংকি কিরকখি।

'মঙখিদে। ঐ কৈদৌঙৈদা মঙ মঙখিদে।' মসি মহাক খঙহনবা য়াদে। কৈসুমসংসিদা ঐগী ফিভম হেন্না লুসিল্লক্কনি। মহাকসি ঐহাক্কী কনানো খঙদ্রি। মাবু ঐ ঙাক্লিব্রা? নৎত্রগা ঐবু তপ্না তপ্না হাৎননবা সিল্লিব্রা? ঐ মসি মুন্না খঙদ্রিঙৈদা মাগা ব্বারী মুন্না সান্নবা য়াদে। মসি ঐগী মাংজবনি।

'মঙ মঙদ্রগদি নঙনা হৌজিক হায়খিবদু তাইবং ওইবা তারিব্রা?'

'ঐ করিসু হায়খিদে।'

'নঙ হায়দবা সেংলব্রা?'

'ঐ তুম্নীংলে। ঐবু ঙাইহাক্তা তুমহল্লু।'

'ফরে। মিৎকপ অমুক থোক্লকপদা ব্বারীসি সান্নরসি।'

'ঐ মদুসু পামদে।'

'বন্দিদি অপাম পামদ খনবা য়াদে। অদুবু নহাক তুমজরো। ঐসু ঙাইহাক পোৎথ নবা।'

ঐ তুমথরগে। তুম্বা য়াদ্রে। মহাক ব্বাফমসি হয়েং অমুক হন্না হৌদোরকখিগদ্রা? ঐ জেল মনুংসিদা অসুম সিবা তারে। মসিগী মনুংসিদা পুন্সি লেনবা পামদে। ঐগী খ্বাইদগী নীং-তম্বা পুন্সি অমা খল্লু হায়রগদি, মসিদগী নাম্থোকপনি। অতৈ নৎতে। মীওই কয়াদা তোঙান তোঙানবা নীং-তম্বগী ব্বাহন কয়া লৈরম্বা য়াই। মখোয়সিংদু ঐগী নাকোংনা তানীংদে। ঐদি সুপ্নতগী মফমসিদগী নাম্থোকপা পাম্মী। মসিনা পৃথিবীগী হেক লৈরিবা নীং-তম্বা পূম্নমক্কী মকোক নীং-তম্বানি। মসি ঐ পাম্মী। ঐ করিগী মসি অমুক খল্লুরিবনো? ব্বাখল খল্লি হায়দুনা অমুক ...? কিরে।

"... 'ঙাইখো।'

'ঙাইররোই। লোয়না পুথোরকউ।' কৈসুমসংসিগী মপান্দা ঙাংনবা তাবগুম তৌই।

'হৌজিক হৌজিকমক লোয়না হেক হাৎতোকপদি ফৎতে।' মখোয় মসেন মরৈ কন্না য়েৎনরক্লে। ঐবুসু হাৎকদবগী ঙমথং (মখোয়গী মকোক অচৌবদুগী হেক মখাদু) মখুৎতা নোংমৈ সিংদুনা লাক্লে।

'ঐ মখোয়বু মফমসিদা কুইনা থম্বা পামদে। মখোয় সেন্নবদা ঐখোয়গী হান্না চিন্দুনা লৈরবা থবকসি অমুক্ক হেন্না চিলহল্লি। মসিনা ঐখোয়গী পাঙ্গল ময়েং তাহল্লি। হৌজিক ঐখোয় পাঙ্গল কন্না লৈগদবা মতম্নি। ময়েং তাহনবা য়াদে। মখোয় হৌজিক লোয়না হাৎতোকপগী চপ চারবা মতম্নি।'

'নঙ ঐগী ব্বা তাররোইদ্রা?'

'হৌজিক মদুগী মতম নৎত্রে।'

'নঙ নঙগী নথক থোংবা মীবুদি ইকাই খুম্নফম থোকই।'

'অদুবু ঐহাক খুসিন থৌরাং সোইরকপা মীবুদি ইকাইখুম্নবা ঙমদে। মসিনা ঐথোয়গী ব্বাখললোন্দা অকায়বা পীরক্কনি।'

'মসি ফাও। পুল্ল।' মখোয়গী মকোক্তু সাউরমাল্লে।

'ফৈ। নঙসু নঙনা ঙম্বা সক্তি সিজিন্নরেদনা। ঐসু ঐনা ঙম্বা সক্তি সিজিন্নবা তারে।' মখুৎতা পায়রিবা, লুম লুম লাউবা মাল্লবা ফরবা খুৎলাইদু সিজিন্নদুনা মমাংদা লৈরিবা মী মথং মথং কাপখাইরক্লে। নোংমৈ মরুন্না পাল্লবা মখোয় মথং মথং লৈমায়দা তুথখি। মখোয় মসেন মফম খঙদনা মীপায়নবগা লোইননা নোংমৈ পংকাপ্পা কাপ্পে। ইনাক্তা নোংমৈ মরু হুম্না হুম্না চৎখি। মী কয়া সিখ্রে। ঐ মফমসিদা মফম খঙদনা সিরগদ্রা? ইথন্তা পাখৎলি। খঙহৌদবা নোংমৈ মরু অমনা থব্রায় মাঙবগী অকিবদুনা ঐহাক ফক্লাংদা তপ্না নপসিন্দুনা খাংলি। মপান্দা নোংমৈ কাপ্নবগী মখোল লেপ্পুনা তাই। তানজাসিদা কনাগুম্বা অমনা ঐগী থোঙ হাংখিবগী সহুম ফংঙী। কৈসুমসংসিদা ঐহাক হাৎপা লাক্লমাল্লে। ঐবু কিহল্লি। থোঙ মরুমদা লোৎতুনা খাংঙী। থোঙ খংহাং হাংদোরকই। ঐহাক থব্রায় কঞ্জনবা মঙোন্দা চোংসিন্দুনা নোংমৈ মুল্লুই। ইঙক ঙক্লা, চঙরুন্না মহাক ঐঙোন্দা য়েংলকই। ঐসু ঐগী লৈজবী থাদুনা তিগর চিংখি। মখুল ফনা য়াম্না, চফু ৎ চফুৎ মফম খঙদনা ঈ চেম্থরকই। উবদা থুক লাউই। ইথক থক্কৎলি। মপান্দা নোংমৈ কাপ্ন বগী মখোল মসিং খঙদনা তাই। ঐসু কৈসুম-সংদগী চেম্থোরক্তুনা ইমাংদা সিদুনা লৈরিবা মখোয় কয়াদগী নোংমৈ মরুসিং লৌথোক্তুনা, মমাং মমাং ওনসিন্নদুনা নোংমৈ কাপ্নরিবা মখোয়গী মতুং অমদগী নোংমৈ লেপ্পুনা কাপসিল্লি। ইতৌদুদা চঙরুবা অমগী মতৌগুম ঐঙোন্দা য়েংলকপগী তানজা অমদা মায়য়োক্লরিবা মখোয়না অকনবা লান তৌসিল্লকই। মফম খঙদনা ঙম্না হাৎখি। ঙমথংগী মী লোয়না সিখ্রবদা, মখোয় লোয়না ইনাক্তা চংলক্তুনা ঐগী খুৎ পায়দুনা হন্না হন্না চিংলৈ। কোল্লে। মখোয়না ঐবুদি জেল মনুংদগী থাদোকপীরে। ঐ অর্থ লৈনা নোকই। পুন্সিদা খ্বাইদগী নুংঙাইবা মিৎকুপ ওইখি।

কদোমদগীনো খঙহৌদনা লৈবাক্লে লাকই। ঐগী নুংঙাইরবা মিৎকুপসিদা মহাক য়ৌরক্লে। হেন্না নুংঙাইরে।

'লৈবাক্লে, নঙ কৈদৌবা লাকপনো?'

'নঙ উনগদবগী ...।'

'উনরসিদি।'

'মসি নৎতে। মহৌসাগুম য়াম্না নক্না উনগদবনি।'

'ঐগা উনৈ হায়দুনা নখোয় ইন্দোমচানা সাউররোইদ্রা?'

'ই! নঙদি মদুদা য়াম্না লুনা খল্লুরব্রা? ঐনা ফাগী তৌরগা। নঙগী নওং য়েংবনি। য়ুম পাল্লবা মতুমদা নীং-তম্বা কয়াম পীবা ঙমগদগে খঙদোক্লবা লাকনবনি। ঐসে নঙগীনি। নঙগা হেক লাপ্নবদা ঐ সিগদৌরিবনি।'

'নঙ ঐবু চাননা হেক নুংসিব্রা?'

'নুংসিবা নৎতে, ঐমক্কি খনবনি। খাইদোক্লবা য়াররোই।'

ৱাহৈসিগা লোইননা ইনাক্তা চংসিল্লক্লুনা ঐঙোন্দা ঙাথরকই।

'অদুদি নঙ অমুক চৎখ্রনু। ঐসু কৈসুমসংসিদগী থাদোক্লে। য়েক্লবা অমৎতা লৈত্রে। হৌজিক্তি নীং-তম্লে।' ..."

'মখোয় লোয়না হাৎখ্রে। হৌজিক্তি নীং-তম্লে।'

'কনা হাৎখ্রবা? কনানা নীং তম্লবা?'

'ঐ করিসু হায়খিদে। নোং ঙানবা ঙীরিবনি? নোং ঙাল্লব্রা?'

'ঙানদ্রি। মন্নি। মৈ ঙান্না থাল্লিবনি। নঙবু হন্না নৈনরিবনি।
হৌজিক্তি রাই লাক্লনি। ৱারুরনু। সিবা চংবা ফজনা খঙলনি। নাম্থোকপা য়াররোই। নুংঙাইনা লৈথোক্লো।'

'ঐ ইরালদি লৈতবনি।'

'হৌজিকসু ৱাকৎ কৎলিব্রা? বিচারদি লোয়গদৌরে।'

'ফলদি কদায়নো?'

'লাক্লনি। নঙনা খঙগদবা অমনা মসিসু বিচারসিদা য়াওরিবনি। নঙ মসি হেক হেক কাওথোকপগুম তৌই। কাওথোক্কনু। কাওথোপা ফৎতে। মসিদা অসোয়বা য়াওরগদি হেন্না চাউবা দন্দি সোয়দনা ফংগনি।'

'হৌজিক হৌজিক চৎথরিবা শ্রী চাউবগী বিচারগী ফল হৌজিক তাবিরসি মহাক ...।'

'মহাক কৈদৌরবা? ঐবু কৈদৌরবা?'

'নঙ হৌজিক লাঙগনু। রাই হায়দোক্লিবসি মুন্না তাউ। লৈবাক মপুদা চঙজৌ। চঙজরক্লবা মীবু কৈদৌনা কনবীদনা তোক্তে। ৱাকৎলনু। পেন্দবগী সক্তম মীয়ামদা উহনবগী, মরাল কয়া সিজিনবগী নঙবু হেন্না অৱাফমদা তাবা য়াই। হৌজিক্তি বিচার লোয়রে। নঙোন্দা পাউতাক পীননবা হক ঐগী লৈরে। সোইরবতদা সিংগৎলকপা মীওইবগী হৈনবী অমা লৈদুনসু, হেন্না সিংগৎনবা অসোইবা ঙাইবগী মতমদু নৎত্রে। সোইখিবসিংদা মুন্না য়েংসিন্দুনা হন্না অমুক হন্না সোইদনবা হোৎনবগী মতমদু লাক্লবনি। মুন্না খল্লু। ৱায়েন মপুগা খৎনরুনু। খুদোংথিবগা মায়য়োক্লগে খল্লুনু। হেন্না ফবা লম্বেল অমা থিদুনা নম্থোক্লনবা হোৎনৌ। নঙদি

চৎথ্রগনি। ঐদি নঙগুম্বা কয়া কয়া উখ্রবনি। উখিগনি। নখোয়না সিঙম-নাঙমদনা সিখিবগী, ওৎ নৈবীবগী নাহেখোল ময়ামদু ঐহাক তাবা পামদে। মদুনা ঐগী থম্মোয়সে য়াম্না সোকহল্লি। চন্না হিংঙু। চন্না চংজৌ।'

... মহাক অসি মপুকচেল চুমদবা, লৈবাক মপুবু নারোলদগী লুমদুনা লৈবাক নীংথৌ সেমগে থৌরাংবা মীওইনি। মসি মাগী অরোইবা মঙদগী খুদমগা কোন্ননা খঙবা ঙম্মী। মঙ হায়বসি তাইবংগী অনীসুবা মমিনি। মসিনা লোন্না থুপ্না খল্লম্বা মসাগী ফিভমবু মফম খঙদনা হৌদোকই। মসিনা মহাক্কী খ্বাইদগী চাউরবা মরালদুনি।

মাগী হৌন খঙদবা, ৱাকৎপনা মাঙ থাবা পুন্সিসিনা নাগরিক অমদা সম্বিধান্না পীরিবা অয়াবগী ৱাংমদা মথৌ তৌরকই। মসিনা য়ুল্লোন্নবা য়েক্লবসিংদা ইমুং মনুংগী পেন্নদবা কয়া উৎথোক্তুনা খুদোংচাবা পী। মসিনা লৈবাক্কী নীং-তম্বদা য়াম্না অকায়বা থোকহল্লি। নীং-তম্ববু মচেৎ মচেৎ য়েঙ্থোক্কদবগী লাক্নে। খ্বাইনা খঙ্ভী মদুদি মসি মচেৎ মচেৎ চেঙ্থোকপা য়াদবা পোৎসক্নি। লৈবাক মনুংগী ওইবা থৌইনসিবু ফোংদোকপা হায়বসি য়াম্না চাউবা মরালনি।

মানা খ্বাইদগী চাউনা ঐখোয়বু ইরাল সিবদি, মাবু নীং-তম্না ৱা ঙাংহন্দে হায়বসিনি। হায়রিবা ৱাফমসিমক লাল্লি হায়বসি চৎথরিবা ৱায়েন অসিগী অচুম্বা খোঙচৎতু উরগা খঙবিগনি। মসিদা মহাক্না ঐখোয়গী অরানবা কয়া উৎননবা হোৎনরি। মসিমক মহাক মসাগী নীং-তম্বগী হকপু ঐখোয়না মৎলম্বা থোক্লবদি ৱাফমসিংসি মহাক্না কৈদৌঙে হায়বা ঙম্লল্লোই। মসিতা নৎতনা মসাগী মরাল য়াজদুনা সিনীংবগী ৱাখল খল্লুরবনি। হিংবগী নুংঙাইবা কাওঙমদবনা হিংজখিগে হায়রকপদা হরাওনা অয়াবা পীখ্রবা ঐখোয়নি। মসিদা নৎতনা মাগী নীংলক নীংলকপা তৌবা মওংসিনা ঐখোয়গী ৱাখললোন্দা সাথিনা অকায়বা পী। মরমসিমক্না মাগী মতিক চাবা দন্দিদি সিদ্রিফাওবা থৌরি য়ানবনি।

'করি হায়বা?'

'অহকপা দন্দি, সিবগী ...।'

'ঐ মসি য়াবা ঙল্লোয়। ঐ মসি য়াবা ঙল্লোয়।' মপি তানা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা হন্না হন্না কন্না লাওই। মসিবু মখোয় অখিব্রা? খঙদে। কদোমদগীনো খঙদে 'লৈবাক্কী আইন্ হায়বসি নঙগী অয়া য়াদদু নৎতে। চৎন পথাপ্তুনি।'

'মসি ঐ য়ানীংদে। মসিদা ঐনা হান্না তৌখিবা ফৎতবা থবক অমৎতা য়াওদে। সিরিবা ইরাল খূদিংমক ৱায়েন মনুংগী নাকল নাম্মতা য়েংবা মিৎয়েংদুনি।'

'নঙগীদুসু নাকনা অমতগী মিৎয়েংনি? মদুই মথক্তা নঙগী পুন্সিদা তৌখিবা ফৎতবা থবসিংদি ঐখোয় নঙগা নক্লরুদবনিনা কৈদৌঙেদা উখিদে। মদুদা ঐখোয়না ৱায়েনবা ঙমদে। ঐখোয়দি ঐখোয়না খঙবা উবা অদুতমক ৱায়েনবা ঙম্মী। মসিদি অচুম্বা ঙাক্তনি। মসিদা অমুক নঙনা য়ানীংবা য়ানীংদবা কয়া অমসু য়াওবা য়াই। ঐখোয়গী ৱায়েন মনুংদা নঙগী য়ানীংবা য়ানীংদবা নৈননবা হক য়াওদে। অদুমকপু ঐখোয়গী ৱায়েসিদা মপুং ওইরিবা থৌদোকসিংসি থোকখিদে হায়বদি য়ারোই। মসিদি তসেং তসেংনা থোকখ্রবা ঙাক্তনি। মসিগী খুদম পীবা ঙম্বা ঐখোয়গী সন্ত্রি অমদি মঙখিবা মঙসিংদুগী লীদুনা থম্বা খুৎলাই

লৈরি। য়েংনীং তানীংবা লৈরগসু পূন্নমক খঙবা য়াগনি। মসিদি নহাক য়ানিংব্রা?'

'মদুদি ঐ য়াই।'

'অদুনদি ঐখোয়না সিরিবা নরাল খূদিংমক নহাক য়াজবা তাই। মসি য়াদে হায়বা তারগদি নসাবু ওন্ন-তৈনবা মী ওইনা নসানা উহল্লগনি।'

'মদুদি করম্না?'

'নরাল খূদিংমক নসানা য়াজরবা থৌদোকসিংদুদা য়ুম্ফম ওইখিবা ঙাক্তনি। মসিদা করিসু অহেনবা য়াওদে। নসানা থোকখিবা থৌদোকসিংদু য়াজবা তারগদি নরালদুসু নসানা য়াফম থোকই। মসি য়াদ্রগদি ওন্ন-তৈনবা মী নসানা ওইজরে।'

'মসিবু ঐ ...?'

'য়াবা তাবনি। পামদ্রগসু পামদ পামদনা নসানা তৌজরুবা নরালদুগীদমক দন্দিসি য়াবা তাবনি।'

'অদুবু, চুম্মী, ঐ ৱাখলসু খল্লুরে। মঙসু মঙলুরে। ঐ মসিদা মরী লৈনবা থবক্তি কৈদৌঙৈদা তৌরুদে।'

'ঐখোয় হান্নসু হায়খ্রে। হৌজিকসু হায়রি। নঙগী পুন্সিদা তৌখিবা থবক খূদিংমক লোয়না খঙবা মী লৈতে। পুন্সি চুপ্পা নঙগা সুংথা থানখিদবা মীবু লৈব্রা। মদুনা ঐখোয় মদুদা ৱায়েনবা ঙমদে। অদুগা মঙ হায়বসি নঙনা তাইবংদা অথিংবা কয়া লৈবদগী নংত্রগা ওইথোক্তবা খরদগী তৌখিদ্রবা থবকসিংদুনি। মসিদি নহাক্না থম্মোয় সেংনা পামজরবা কয়াদুনি। মসিনা মসিদগী ৱায়েন চৎথবা হায়বসি খ্বাইদগী চুন্নবা ৱায়েন অদুনি.'

'অদুবু রাহং অমখক্তি ...।

'করি? করম্বা ...?'

'ঐগী ইরালসিংদু খঙদ্রিঙৈদা করিগী নখোয়না ঐবু ফাবীরি? মদুনা নখোয়গী নীং-তম্বগী খুদম্না?'

'মদুদি চিংনবননি।'

'চিংনবনবু ...?'

'মসি ঐখোয়গী ইরাল নৎতে। ইরাংসিনা ঐখোয়বু থাজদবা তম্বী। মী কয়াবু থাজবা ঙমহন্দে।'

মসিবু ঐ য়ারগদ্রা? মখোয়গী ৱায়েনসিবু পুন্সিসিগা কয়াম য়াম্না সন্নরবগে? হিংবা হায়বসিগী অপিকপা সরুক অমদা নৈনবা বিচারসি ঐ য়ারগদ্রা? অদুবু ঐ য়াই, মখোয়না মীওইবগী খ্বাইদগী নীং-তম্বা সরুক্তা বিচার তৌই হায়সিদি। অদুম ওইনমক বিচারসিমক্তি ঐহাক য়ানীংদে। ঐ মসিবু য়ারগদ্রা?

চান্দিগর
১৫/৯/'৯৫



